# মণিপুরী মুসলিমগী চৎনবী অমসুং হরাও-কুম্মৌ

অইবা

এম. এম. অহমদ



রাইটর্স য়ুনিয়ন, মণিপুর

মসজিদ রোড, ইম্ফাল

# MANIPURI MUSLIMGEE CHATNABI AMASUNG HARAO-KUMMEI

(THE CUSTOMS AND FESTIVALS OF MANIPURI MUSLIM )

writen by **M.M. Ahmed**



অফোঙবা ঃ

**রাইটর্স য়ুনিয়ন মণিপুরগীদমক মুহম্মদ রশিদ অলিনা ফোঙদোকপা**

অহানবা খুৎনম ঃ

**ওক্টোবর ২, ২০১১ ইং**






লাইবিক মশীং ঃ

৬০০

মখুম ঃ কলেক্সন

মখুম শেম -শাবাঃ

শাকুংবম মনবমন সিংহ

মমল ঃ

লুপা ১০০/-

---



নম্ফম ঃ

**পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১**

# অফোঙবগী ৱারোল

সমাজদা সাহিত্যগী থৌদাং চাওবতা নত্তুনা সমাজ অমগী নৎত্রেগা খুন্নাইগী ফজববা শক্তম অমা শাগৎপদা অফবা, ফিদম্মীংঙাই ওইবা সাহিত্যগী পোথোক মবাং কাযহনবা চঙই। হাযনবা লৈ সাহিত্যনা সমাজ নৎত্রেগা খুন্নাই অমবু পুনিংবা মাযকৈদা হুমদুনা পুবা ঙম্মী। মসিমক্না সাহিত্যবু সমাজগী মিংশেলনি হার্যবিবনি। অফবা সাহিত্যদা অফবা সমাজগী মমি তাবা মশানা তাবনি।

হীবমশোমদা মীৎযেং থমজবগা লোইননা 'রাইটর্স যুনিযন, মণিপুর'না মখল মথেলগী লাইবিকশিং ফোঙদুনা পুথোক্লবা হোৎনজবকপগী শক্তক অমা ওইনা এম.এম. অহমদনা ইবা মুসলিম খুন্নাইগী সোসিও কলচর অর্মাদ ত্রেদিসন্দা মীৎযেং থম্না লাইবিক **মণিপুরী মুসলিমগী চৎনবী অমসুং হবাও কুম্মৈ** অসিমসু পুথোকচবি। অইবগী লাইবিক অসিনা মুসলিম খুন্নাইগী চৎন-লোনচৎ, ধর্ম্ম কর্ম্মগী ওইবা থবক থৌরমশিং নৈনবদা খবমখৈদি মতেং ওইবগনি হাযনা থম্মী। পারিবিবশিংনা নৈনবীবগা লাইবিক অসিগী মরমদা তাকপীবকপা খুদিংমক যানযননা তবাম্না লৌজগনি।

অবোইবদা লাইবিক অসিবু পুথোকপদা মক ওইবা থৌদাং লৌবিখিবা পূম্নমকপু 'রাইটর্স যুনিযন, মণিপুর'না তৌবিমন্ন খঙবা উৎচবগা লোযন্না থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

ইম্ফাল,

তাং ২০।৯।২০১১

মুহম্মদ রশিদ অলি

# রামাঙ ওইবা ৱারোল

জাতি অমগী ৱাবা, চৎনবোল অমসুং হবাও কুম্মৈ – অসিনচিংবা, লাইবিক্তগী খঙবা ঙম্মি। মণিপুরগী মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম) শিংগী মবক্তা অইবা মী ৱাৎপনা মবম ওইদুনা লৈফম থোকপা লাইবিকশিং পুথোকপা ঙমদনা লৈবক্নি। মবম অসিনা মৈতৈ পাঙলগী মবমদা খঙনীংবা অমদি রিসার্চ তৌবা মীনা অৱাবা কয়া মাযোক্লবি।

হন্দক ইকাইখুম্নজববা এম.এম. অহমদ না **মণিপুরী মুসলিমগী চৎনবী অমসুং হবাও কুম্মৈ** কৌবা লাইবিক অমা মতম চঙনা থিজিনবিদুনা, অবাৎপদু খবদা ওইববসু, মেনশিন্নবা পুথোকপিববকপা যাম্মক থাগৎনিঙাইনি। লাইবিকসিদা নৈনবিবশিং পাঙল খুন্নাইগী পুন্সিগী চৎনবোল অমসুং হবাও কুম্মৈগী মওং চাউবাক্লা উৎপতনি। মসি উবগা, ইবমসিদা থিজিনবিবশিংগী পৃক্রিংদা তেঙ্না মখা তানা থিজিন্নিংবগী বাখল পোকহনগনি খঞ্জে। মদনা পাঙল খুন্নাইগী হান্নদগা লৈবক্লবা চৎনবোল অমদি হবাও কুম্মৈগী মতাং খবদা অথোংবা লৈবকপগী মওংদুসু থেংনহল্লগনি। ইবমসিদদি লাইবিকসিনা অহানবনি। রিসার্চ তৌবশিংনা মসিদগা হেন্না মপুংফাবা লাইবিক পুথোবকখিগনি হাযবগী থাজবা থমজবি।

কৈশম্পু,
১৭ সেপ্তেম্বর, ২০১১

মুহম্মদ অব্দুর রহমান

# হায়নিংবা ৱারোল

মণিপুরী মুস্লিম লমদম অসিগী থাদোক্লবা যাদ্রবা ফুরুপ অমা ওইদুনা লৈবির্বনি। জাতি অসিগী নাট, সংস্কৃতি, কলচব মবাং কায়না লৈজবিবনি। অসিগুম্বা নাট, কলচব অসি লৈমিন্নবিবা অতৈ ফুরুপশিংনা মুন্না খঙদে। খঙহন্নবসু তোঃনদে। মসি খঙহনবা মথৌ তাই। মবক মবক্তা লৈম্নিবিবা অচৌবা ফুরুপ-হাযবদি মৈতৈনা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙলগী) গী মবমদা ঙাংলকপা, ইবকপা ৱাবেং, শৈবেং, নোভোলনচিংবশিংদা পাঙলগী ৱাহৈ ৱাতা, নাটকী চৎনবী লোল, অরবী, ফার্সি, উর্দু ৱাহৈশিং হেক হেক লান্না ইশিল্লকপা থেংনৈ। মসি ফুরুপ অসিগী নাট, কলচব মমুৎ তানা খঙবা যৌদবদগীনি হাযনা লৌই।

মণিপুরী মুসলিম ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মবম্না ধর্ম্ম অসিগী অশেংবা লাইবিক কুরআন অমসুং মসিগা মরী লৈনবা অতৈ লাইবিকশিং (হদিসশিং) অরবিক লোলনা ইর্বনি। মসিগী তোপ তোপ্পা লোলগী খোম্লোক লৈর্জবির্বনি। মদু লৈমিন্নবিবা অতৈ ফুরুপশিংনা খঙদে অদূনা শেংনা হাযদোকপদা অৱাবা অমা ওইবি।

লাইবক অসি পুথোকচবগী মবর্মদি জাতি/ফুরুপ অসিগী সমাজদা ঙসি ঙসি শিজিন্নবিবা ৱাহৈ-ৱাতা, নাট, সংস্কৃতি খরতা ওইববসু লৈমিন্নবিবা অতৈ ফুরুপশিংদা খঙহনবা ঙম্নবা হোৎনজবনি।

হন্দক পুথোকচবিবা লাইবিকসি নৈনবিবা হীবমসিগী মতাংদা অহানবনি। মসি মপূং ফাবে হাযবা অদু ওইদ্রি। মসি মপূং ফাহন্নবগীদমক অৱাৎ-অপা অমদি হেন্দোক হোঞ্জিন যাওবা, অখঙ-অহৈশিংনা তাকপীনকপা পাউতাক, পীবকপা মতেং, লাইবিক অসি মপূং ফাহনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি খঞ্জে, তবাম্না লৌশিঞ্জগনি।

মণিপুরী মুসলিমগী অঙনবা মতমদগী হৌনা ফিজেৎ লৈতেংদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক লৈতে। মক ওইনা বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা, পি ঐচ. ইবোতোন শর্ম্মা অমসুং টি.সি. হদসনগী লাইবিকশিংদগী মতেং লৌজবগা ফিজেৎ লৈতেংগী মতাংসি হাপচিঞ্জবনি। মক ওইনা খঙহেনবা মুহম্মদ অব্দুর রহমানদগী মমল যাম্লবা পাউতাক লৌজৈ, অমসুং ফংজৈ। মসিগাদমক শিংঙমলোদবা লমন তোনশিঞ্জবে।

লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাঙলকপা মকপশিং এস. এম. শৈখ, মুহম্মদ সলিম, বসিদ অলী, এম. এ. হশিম অমসুং পদ্মা প্রিন্টর্সকী থৌ পুবশিংবুসু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

ইম্ফাল, তাং ৫।৯।২০১১

**এম. এম. অহমদ**

# য়াওফম তাকপা


| | |
|---|---|
| মুসলিম কষ্টম অমসুং কলচর | ১ |
| মুসলিম অমা ওইবদা চঙবা গুণশিং | ৫ |
| মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল ) | |
| ওইরকখিবগী শন্নপ্পা ৱারী | ১০ |
| মণিপুবী মুসলিমগী নাট অমসুং সংস্কৃতি (কলচর) | ১৪ |
| মণিপুরী মুসলিমগী হরাও-কুম্মৌশিং | ২৪ |
| অঙাং পোকপগী মমাঙ অমসুং মতুংদা তৌগদবা থৌরমশিং | ৪৮ |
| লুহোংবা (নিকাহ) | ৫৬ |
| নুপী খায়নবা (তলাক) | ৭২ |
| অশি-অনাগী থৌরমশিং | ৮০ |
| মণিপুরী মুসলিমগী ফিজেৎ লৈতেং | ৯১ |

# মুসলিম কষ্টম অমসুং কলচর

অঙনবা মতমদগী হৌনা মীওইবগী পুন্সিগা কষ্টমগা লোযনদুনা লাকই। অদুবু মসি হাযবর্দদি যাম্না লুনা থোকই মদুদি কষ্টম অসি কদাযদগী অমসুং কবম্না ওইবকখি হাযবসি। সমাজ অমগী অওনবা লাকপদা কষ্টম (নাট) অসিসু অদুমক মতোমতা চাউখৎলকই। মীওইবনা মসি অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা, অতৈ থবক থৌবম কযাদা কষ্টম অসি লোযনবকই। কষ্টমনা পুন্সি অসি নুংঙাইহল্লি অমসুং ফিবেপ চানা লৈহল্লি। মথং মথং ওইনা পোকপদগী শিবা ফাওবদা কষ্টমনা ধর্ম্ম-কর্মগা নক্কনা চৎলি।

কষ্টম (নাট) অসি ভৌগলিক (লমিৎ- তুমিৎ ) কী মতুং ইন্না মফম অমগা অতোপ্পা মফম অমগা খেন্নবা লৈ। কষ্টম অসি হৱা-নুংশিৎকী খোঙচৎকসু যাম্না মবী লৈনৈ। চীংদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মীওইশিংগী চৎনবী, মওং মতৌ তমদা লৈবা মীওইশিংগা মান্নদে , খেন্নবা লৈ। অইংবা লমদা লৈবা মীগা অশাবা লমদা লৈবা মীগা ফিজেৎ-লৈতেং, লোনচৎ খেন্নবা তাবনি।

নাট অমসুং হবাও-কুম্মৈ হাযবাস ধর্ম্মগা যাম্না নক্না চৎলি। অদুনা চৎনবী অযাম্বদি ধর্ম্মগী যাথং মখাদা হিংই। মণিপুৰী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) গী নাট অমসুং সংস্কৃতি পুম্নমক ইসলাম ধর্ম্মগা যাম্না নর্কশিন্নৈ। ধর্ম্ম অসিনা মযায তাংবলদা ফমদুনা ৱাযেল থৌদাংগী থবক পাযখৎলি। ইসলামগী অশেংবা পাউতাকশিংদি কুবআন অমসুং হদিসনা ওইবি। অনীশুবা চৎনবিবা মকওইবা অমনা শবিঅৎ অসিনি।

মৈতৈ পাঙল সমাজদা চৎনবিবা নাট, সংস্কৃতি, কলচব অসিগা পৃথিবগী তোঙান তোঙানবা মফমদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবিবা মুসলিমশিং অসিগা অযাম্বা শকক মান্নৈ। মান মানা লৈকবা মফম অদুগী লৌমন্নকবা অতৈ ফুকপশিংগী ঈথিল মখোযদা চঙখি। মদুনা মখোযগী নাট(কষ্টম) ওইখি। মণিপুৰী মুসলিমশিংসু মৈতৈগা নক্কনা লৈকবা মবম্না মৈতৈগী চৎন লোনচৎ খবদি অদুম্মক মণিপুৰী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) দসু যাওববনি। অসম্না জাপান্দা লৈবা মুসলিম অমগা নৎত্রগা বাসিযাদা লৈবা মুসলিম অমগা নৎত্রগা অমেবিকাদা লৈবা মুসলিম অমগা মান মানা লৈকবা মফমগী মতুং ইন্না চৎনবী নাট লৌখিবনা খেন্নবসি লৈবনি।

মৈতৈ পাঙল অমা ওইনা অমসুং ইসলাম ধর্ম্মনা মশাগী লাইনিং লম্বী ওইকবনা যাম্না লুনা খনবগা লোযননা থার্জবিবদি মীওইবনা তাইবংপান অসিদা লৈবিবাস মতম খবগীনি। মসিদি মপূনা মাগী মাগী থৌদাং পাঙথোক্কবা থাবকপনি। হুবানবগী,

ম্রাহাংপগী, অথবা তৌবগী মনা (প্রাইজ) অদুদি শিববা মতুংদা ওইবক্কদবা অনৌবা পুন্সি অদুগী মাঙওইননা মাগী-মাগী মবালগী মতুং ইন্না দণ্ডি ফংগনি নৎত্রগা নুংঙাইবা পুন্সি লেনগনি। তুংদা লাক্কদবা লোম্বা নাইদবা অনৌবা পুন্সি অদুনি মুসলিমশিংনা ঙাইবিবা। অদুনা দুনযা অখিবতগী লৌউফম/লৌবোকফমনি হাযনবিবা। মথক্কী ৱাফম অসি পাঙল খুঁদিংমক্কী ৱাখল্দা লাপথোক্লদে।

ঐখোযনা লেংদনা লৈবা কষ্টম (নাট) অমত্তা উবা ফংদে। মফম মতম্না অওনবা কযা পুবকই। মসিনা মবম ওইদুনা মীওইবগী পুন্সিদা অনেম-অৱাং কযা তত্তনা থোকই। অঙনবা মতমগী মীওইশিংগী পুন্সি মবেলগা হৌজিক মতমগী মীওইশিংগী লীচৎ-শাজৎ পুন্সি মবেল অসি থেন্নবা উবা ফংলিবা অসিনি। ❑



ববুপাডা মসজিদ, ইম্ফাল

# কলচর

কলচর হায়বসিদা মীওইবা জাতিগী লমচৎ শাজৎ, মখোযগী ৱাখল শেংনা মমি তাই। মসিদা সমাজ অমগী মওং-মতৌ, মগুণ, থাজনবা চৎকদবা নিযম, রাজনিতী অমসুং মখোযগী শেল -থুমগী ফিভম পুম্নমক যাওরি। মসি মওং অমা ওইনা যুগ অমদগী অমদা মথং-মথং চত্থরকই। ঐখোযনা সমাজ অসিদা লৈবা মী অমা ওইনা থবক তৌই অমসুং খল্লি। অদুনা পুন্না হিংমিন্নবা পুক্স অসিদা ঐখোযনা ফংলিরবসি কলচরনি। শম্না হাযববদা অত্থা নত্তবা মহৌশাগী ওইবা বিজ্ঞান অমসুং শিন শাবোল (Science & Technology) গা মরী লৈনবদগী ফংলকপা অসিবু চাউখৎপা সভ্যতা (civiliza-tion) নি হাযনা লৌনৈ। অদুগা অত্থাগা মরী লৈনবাঅবাংবা থাক্কী পুন্সি মরেল- হাযবদি কলা, ঈশৈ-নোংমাই, চাউখৎপা হাযবসি সমাজ অমগী কলচরগী হৌবকফম মর্কনি। মাস লৈবিবা সমাজ অদুগী যুমলে কৈবে মখোযগা নাট (custom) অদুগী মতুং ইনর্বনি।

কলচর হাযর্বসি মখল অনী থোক্লা খাযদোকপা যাই। অহানবগী অসিনা অত্থা নত্তবা মহৌশাগা ওইবা (material culture) অদুনি। খুদম ওইনা শিনশাবোল, খুৎশু খুৎলাই, মান থকনাব পোৎচৈ অসিনচিংবগা মরী লৈনৈ। অনীশুবা মখল অসিনা মত্থাগা মরা লৈনবা (non-material) কলচর্বনি। সাহিত্য, ধর্ম্ম, কলা, থাজবা অসিনাচিংবা মহৌশাদগী চৎনবক্লবা মগাম মসি যাওই। অত্থাগা মরী লৈনবা অমসুং মরী লৈনদবা অনীমক মহৌশানা তোঙান তোঙান মনিং তম্না লৈবকই।

মুসলিম কলচরগী হৌবকফমদি ইসলাম ধর্ম্মদা যুম্ফম ওইবান। মসিগা মনুংদা লৌনবা কুঅবান, দীন অমসুং শাবঅৎ পুন্নমক অসিনা যোমদুনা থম্মী। যাম্না মরু ওইবা ধর্ম্মগী থাজবোল অনা লৈ মদুদি

(ক) অল্লাহ লৈ হাযবা থাজবা,

(খ) অল্লাহগা মাওইবগা লৈনব মশা,

মীওইবনা হিংদুনা লৈবদা চঙবা মখোযগী আধকাব মথৌ, মনম চানা পাওথোক্লনা অমগ অমগা নুংশিননা সমাজ অসিদা লৈমন্নবা অদু মপুং ফানা উৎাল।

পৃথিবী অসি কবিস্ নত্তে, মতম খবগী ওইনা পোত্থানবা শেম্বা মফম অমনি। মফম অসিদা লৈবগা মীওইবনা অল্লাহ নীংজনবা খুদোংচবা অদু ফংজবান/পীবর্বনি। ওইবংপানগী অচৌবা বিচাব নুমিৎ (যৌমুদ্দিন) অদু লাকপদা মান মানা তৌখিবা অমবা,

॰ ৎনা পশুমক অদুগা নংঙাইবা নৎত্রগা অনাবা যংগদনা, অদুগী মহৈ পীগদবা মতম ঙদনি।

অদুগা পৃথিবী অসিদা মীওইবা জাতিনা হিংদুনা লৈবিঙৈ মতম অসি যাম্না মক ওই। মা অমগী অফ ফত্তগী হৌবকফম্নি। মী অদুনা মায পাকপা অফবা ব্রাখলগী মক হুল্লগা অফবা মহৈ ফংবা, মদুগী নুংঙাইবদু মশানা ফংজবা অদুনি। অদুনা পৃথিবী অসি লাক্কদবা লোম্না নাইদবা নুংঙাইবা পুন্সি অদুগী লৌউফম্নি, মহৈ লোকফম্নি। মথক্তা পীাখ্রিবা মবম মযাম অসিনা খুদম ওইবগা পৃথিবী অসি "farming-ground for the world to come" হায়না খঙনৈ। মুসলিম কলচবদদি অল্লাহদা থাজবা থম্বা, মহাক্না যাবিনবা মঙোন্দা হাযজবা, চঙজবা অসিনা ওই। ইসলাম ধর্ম্মদদি মী খুদিংমক হকথেংননা অল্লাহগা মবা লৈনহল্লি। মহাক্কী মনাক্তা চঙনবা/যৌনবা হোৎনবদা বানোম থৌনোম্বগী ব্রাফম লৈতে। ❑

গ্লোস্যাবী

| | |
|---|---|
| দনযা | ওাইবংপান |
| অখিতব | শিববা তুংগী পুন্স |
| কুবআন | ইসলাম ধর্ম্মগী অশেংবা লাইবক |
| দীন | ধর্ম্ম |
| শাবঅৎ | ধর্ম্মগী পাইন |
| যৌমুদ্দন | অচৌবা বিচাব নুমিৎ |

মতেং লৌখিবা লাইবিকশিং ঃ

1 **The National culture of India (1992)**
*by - S Abid Husain*

2 **India and world culture (2009)**
*by - V K Gokak*

3 **Indian Muslim Festivals & customs ( 1988)**
*by - Dr Majda Asad*

4 **Structure of Indian society, (NCERT Book), 2003**
*Author - Amit kumar Sharma*

# মুসলিম অমা ওইবদা চঙবা গুণশিং

পৃথিবীদা লৈরিবা মীওই কাংলূপশিং মাগী মাগী থাজনবগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম চৎলি। কাংলূপ খরনা খৃষ্টান, খরনা ইসলাম, বুদ্ধ অমসুং হিন্দু ধর্ম্ম চৎলি। ইসলম ধর্ম্ম চৎপা কাংলূপপু মুসলিম হায়রগা খঙনৈ। ইসলামগী অর্থদি তাইবংপান শেম্বা মপূ অল্লাহদা মপূং ফানা চঙজবা অমসুং মহাক্কী ব্রায়েল, য়াথং চিংনবা লৈতনা য়াবা হায়বনি। ইসলাম ধর্ম্মবু য়ারিবা মী কাংলুপপু মুসলিম কৌই। মুসলিম হায়বগী অর্থদি ব্রায়েল য়াথং য়াবা অমসুং নোঞ্জবা হায়বনি। ইসলাম ধর্ম্মদা যুম্বী মঙা লৈ। মখোয়শিং অদুদি -

১। কলিমা/ইমান, ২। নমাজ, ৩। রোজা, ৪। জকাট অমসুং ৫। হজ্জ অসিনি।

মুসলিম অমা ওইবদা মথক্কী যুম্বী মঙাসি খঙনা চৎকদবনি অমসুং মসিগী মতুং ইন্না হিংবা তঙাইফদবা অমনি। মুসলিম অশেংবা ওইরবদি কনানসু মহাকপু চোপহনবা, তোম্বহনবা ঙম্মোই। মহাকপু শেম্বীবিবা মপূদা চিংনবা লৈতনা থাজবা অমসুং ইবুংঙো মাঙোন্দা পূমকৎ-কখোকচবা মুসলিমগী অশেংবা লীচৎনি। মুসলিম অমনা মখাগী ব্রারম ৭(তরেৎ) অসি থাজে।

১। অল্লাহবু থাজৈ।

২। ফরিস্তাশিংবু থাজে।

৩। অল্লাহনা থাবিরকপা কিতাব (লাইরিক) শিংবু থাজে।

৪। অল্লাহগী রসুল (পাউজেল পুবা)শিংবু থাজে।

৫। মপূগী নোংদমবু থাজে।

৬। অবোইবা নুমিৎ অমসুং

৭। শিববা মতুংগী পুন্সিবু থাজে।

**কলিমা অমসুং ইমান** - কলিমা হায়বসি অরবিক ব্রাহৈনি। মসিগী অর্থনা ব্রাহৈ, চঙদবা য়াদ্রবা ধর্ম্মমত হায়বনি। অদুগা ইমানগী অর্থনা খঙবা অমসুং থাজবা হায়বনি। অদুদি থাজগদবা পোৎসি করিবুনো? মপূ অমা লৈ হায়বা থাজবা,মুহম্মদ (সল্লললাহু অলৈহি ব্রসল্লম) অসি মপূ (অল্লাহ) না থাবিরকপা অশেংবা রসুল (পাউজেল পুবা) নি হায়না থাজবা, শিরবা মতুংদা অমুক অল্লাহগী মমাঙদা হৌগৎর্কনি হায়না থাজবা, লোয়ননা মান-মানা তৌখিবা অফবা অমসুং ফত্তবা থবক খুদিংমক্কী মহৈ (ফল) ফংগনি হায়না থাজবা অসিনচিংবনি।

ইসলাম ধর্ম্মদা খ্বাইদগী ব্রাংবা থাজবোলদি "লা ইলাহা ইল্লললাহু" হায়বসিনি।

মসিগী অর্থাদ " লাৎপদা মতিক চাবা অল্লাহ নত্তনা কনাসু লৈতে" হায়বনি। উদবদা থাজবা (ইমান) থম্বগী মতাংদা অল্লাহগী ব্রাখলনা খ্বাইদগী ব্রাংবা মফমদা লৈহল্লি। থাজবনা ইসলামগী নিতী পূন্নমক্কী হৌফম্লি অমসুং লোইফমনি। থাজববু লৈত্রবদি ইসলাম লৈতবগা পাঙখক্কি। মুসলিমশিংনা উদবদা থাজবসি অহানবদা অল্লাহনি। অল্লাহগা মান্নবা অমত্তা লেমদে। অনীশুবা থাজবনা ফবিস্তা (এঞ্জেল)শিংনি। অল্লাহগী খূৎশেমগী মনুংদা ফবিস্তাশিংসু অমনি। মীওইবনা ফবিস্তাশিংবু উবা ঙমদে। মুসলিমশিংনা মূর্তি লাৎতে অমসুং ফবিস্তাশিংবুসু লাৎতে।

মুসলিমশিংনা অল্লাহগী অশেংবা পাউজেল ইবা লাইবিকশিং থাজে। মদুগী মনুংদা কুরআননা অথোইবনি অমসুং অবোইবনি। কুরআন মশাগী মবোন্দা লৈবি অমসুং লৈবগনি। "কুরআন অসি মাঙদগী নৎত্রগা তুংদগী কবিগুম্বা অবানবা অমত্তনা আক্রমন তৌবা ঙমলোই" (কুরআন ৪১ঃ৪২)। মুসলিম অমনা চৎকদবা অমসুং চৎলোইদবা, চাগদবা অমসুং চাবোইদবা, তৌগদবা অমসুং তৌবোইদবা, অশেং অমাংনচিংবা ইসলামনা তাকপী। মসিগী মপাল লাননা চৎলবদি মহাক মুসলিম নত্ত্রে।

**নমাজ** ইসলামগী অনীশুবা যুম্বীদি নমাজনি। নমাজ হায়বা বাহৈসি উর্দু/ফার্সি লোলনি। অরবিক লোন্দা নমাজবু 'সলাট' হায়না খঙনৈ। অল্লাহদা নিজবা, হায়জবগী থবাক্নি। নোংমদা নমাজ মতম মঙা পাঙথোকই। মতম মঙা অদুদি ১। ফজর (অয়ুক অঙনবা), ২। জুহর (নুমিৎ যুংবা মতুং), ৩। অসর (নুমিৎ, তাদ্রিঙৈ মমাঙ নুমিদাং বাইরম) ৪। মগরিব (নুমিৎ তাবা মতুং) অমসুং ৫। এশা (নুমিদাং) অসিনি।



নমাজ শোন্নবগীদমক হকচাং শেংবা তঙাইফদবনি। হকচাংগী অকক্কুবা শরুক খবা চাম্বাবু বজু তৌবা কোই। বজুগী অর্থাদি শেংদোকপা হায়বনি। নিয়ৎ (নীংবা)কা লোয়ননা খূৎ অনীমক খূজেং ফাওবা অহুম্লক চাম্বা, চীন অহুম্লক তেংবা, নাতোন অহুম্লক তেংবা, মায় অহুম্লক তাথোকপা, খূৎ অনীমক খূনিংগী শরুক যৌনা অহুম্লক/ অহুম্লক চাম্বা, কোক্কী শরুক মখৈ অমুক্তং মসহ (নানবা) তৌবা, খূৎকী খূজাশিং লোনশিন্নবগা তকথোক নাম্থোকপা, ঙক মসহ অমুক্তং তৌবা অমসুং খোঙ খূবোম ফাওবা অহুম্লক/অহুম্লক চাম্বা অসিবু বজু তৌবা হায়না খঙনৈ।

নমাজ শোন্নবগীদমক মীশক অমনা মখাগী হীবমশিং অসি পাঙথোকপা যাম্নমক মথৌ তাই।

১। মহাক হকচাং শেংবা চঙই।

২। মহাক্না শেৎলি-ইল্লিবা ফিবোল শেংবা চঙই।

৩। মহাক্না নমাজ শোনগদৌবিবা মফমদু অশেংবা ওইগদবনি।

৪। সতব ঔবত খুম্বা( হাযবদি শেৎলি-ইল্লিবা ফি-বোল অদু নুপানা খোযদগী খৃকউ ফাওবা খুম্বা, নুপীনা মায়, খোঙ অমসুং খৃৎ নত্তনা হকচাংগী শরুকমখৈ খুম্বা)।

৫। মায কিবলা (Direction) ওনবা (নোংচুপলোমদা ওনবা)।

৬। নমাজগী মতম খঙবা।

৭। নিযৎ তৌবা (পূক্লিংদা নীংবা)।

মতম মঙাগী নমাজ অসি নত্তবা অতৈ নমাজ মখল কযামুক লৈবি। মদুসু মতম মতমগী শোনগদবনি।

**রোজা** - ইসলামগী অহুমশুবা যুম্বীদি রোজানি। রোজাবু অরবী লোলদা 'সৌম' কৌই অর্থদি 'থিংজিনবা' হাযবনি। মসি রমজান থাদা পাঙথোকই। রমজান অরবী রাহৌন 'রমুজ' দগী থৈথবকপনি অর্থনা 'চাকথোকপা' হাযবনি। রোজাগী মতম থা অমনি। মুসলিম নুপা নুপী খুদিংমক্লা রমজান থা অমা চবা হেন্দুনা মপূ নীংজবগী থবক তৌই। চবা হেনবগী মতমদি অযুক অঙনবদগী হৌবগা নুমিৎ তাবা ফাওবনি। থা অসিদা অযুক অঙনবদগী নুমিৎ তাবা মতম ফাওবা চাবা-থকপা, হবাও কুম্মৈ, নুপা নুপী ফমাদনবা অমদি ফত্তবা থবক খুদিংদগী থাপ্পা লৈ।

মুসলিম নুপা অমসুং নুপীনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা চবা হেল্লি। মসিনা মপূগা মনাইগা অনীগী মবক্তা লৈবা মরী অদু নর্কাশন্নহল্লি। মুসলিম অমনা চবা হেনবা অল্লাহনা যাবিনবগীদমক্তনি। চবা হেল্লবঙৈ মনুংদা ঐখোযগী অকোইবদা অহাও অহাওবা অচা অথক যাম্না লৈ, চাকসু লাম্লে। মদু চাবদা কনানসু উবা খঙবা নত্তে, অদুবু অল্লাহদি ঐখোযগী মনাক্তা লৈ। মহাক্তি ঐখোযনা তৌবা খুদিংমক উই। ঐখোযনা কির্বিবদি মীওইবব্ নত্তে, অল্লাহবুনি। রোজাগী পান্দর্মদি মীওইবনা মশানা মশাবু ৱাবকচবা অফবগী মাযকৈদা মশা কথোকপা ঙম্বগী থৌনা পোকহনবনি। মসিনা মী অমবু অচুম্বা লমসুং অফবা থবক তৌহল্লি, অবানবা অমসুং ফত্তবা থবক্তগী থাপ্পা লৈহল্লি।

রমজান থাদা এশা (নুমিদাং) গী নমাজ লোযশিল্লকপা মতমদা শোনবা নমাজবু তরাৱী কৌই। তরাৱীগী অর্থদি 'পোত্থাবা' (রেষ্ট) হাযবনি। তরাৱী নমাজ অসি রমজানগী অহানবা থা হেক উবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদগী শোনবা হৌই। তরাৱী নমাজ রকাট ২০ না ওই। থা অসিদা কুরআন মপূম শোনবা (খতম তৌবা) চৎনৈ। অখঙ-অহৈশিংনা

মক ওইনা হফিজ তম্লকপশিংনা অহিং অমদা কুরআন মপূম লোযনবা পাথোকই।
মসিবু 'সবিনা' শোনবা হাযনা খঙনৈ।

চাকহেন থা মন্নুংদা নাদুনা লৈবা মী নৎত্রগা অহল ওইবদগী চবা হেনবদা অৱাবা ওইববা মীওইশিংদাদি হেন্দবা যাদে হাযবগী অকক্লবা লৈতে, অদুবু মখোয়না নাবা ফবগা ঙম্বা মতমদা অমুক বাৎহৌবা নুমিৎশিং অদু হেনগদবনি। নুমিৎ তাবা মতমদা উহৈ, সেবৈ অথুম অহাওন' চাবা হৌই। মসিবু ইফতার হাযবগা খঙনৈ। নুমিদাংদা নমাজ তবারী পাঙথোকই।

**জকাত** ইসলামগী মৰিশুবা যুম্বীনি। কুরআন্দা তত্তনা পল্লিবা ৱাফমদি নমাজ অমসুং জকাতনি। জকাতগী অর্থদি 'শেংদোকপা' হাযবনি। থবকশুবা ঙমদ্রবা, লাইববা মীশকশিংদা ইনাক খুনবা, শেল পাযবা মীনা মতেং পীবনি। মবম অহুমদা জকাত পীবা তঙাইযদে মদুদি সনা, লুপা অমসুং কানবাবগী পোৎ-চৈদা। শেৎন ইন্নবা ফিবোল, চাননবা ফৌ চেং অমদি শিঞ্জিন্নবিবা গাড়ী অসিনচিংবদা জকাত পীবা মথৌ তাদে (ফবজ ওইদে)।

জকাত পীবসিসু মপূ নীংজবগী থৱক্লি। মীওই অমগী মশাগী চঙদবা যাদবা শেনফম অমসুং মীগী অতোনবা শেনফম পীথোকখ্রগা অবেম্বা শেনফম অদুনা চান্দি ৫২ ৫ গী মমল ওইববা নৎত্রগা হেল্লবা লোযননা পোৎ অদু লৈবকপা চহীসু ফাববদি চাদা লুপা ২ ৫০ গী চাংদা জকাত পীগনি।

কনা কনাদা জকাত পীবা যাই অমসুং কনা কনানা জকাত ফংবা যাই হাযবদু মখাদা পীবি

১। জকাত পীবিবা মীশব অদুগী খাইদগী নক্লবা মবী মতাশিং,

২। খবা থাপথোকনা লৈবা মবী মতোশিং (far relatives),

৩। যুমলোন্নবশিং,

৪। মকপ মপাংশিং অমসুং শকখঙ মাযখঙনবশিং অসিনাচিংবা।

মীঙোন্দা লৌখবা, তোনখিবা শেনফম অদ জকাততা শক্লবা যাদে। জকাতপু টেক্স অমা ওইনা লৌবসু চুমদে।

**হজ্জ** হজ্জ ইসলামগী মঙাশুবা যুম্বীনি। হজ্জগী অর্থদি অশেংবা মফমদা চৎকে লেপ্পনি। পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিমশিংনা কা'বা (অববতা লৈবা অশেংবা মফম)দা চৎকে লেপ্পী। মসিবু হজ্জ চৎপা হাযনা খঙনৈ। শেল লৈবা অমসুং মপাঙ্গল কল্লিবা মীওইশিংদা হজ্জ ফর্জ (ওবলিগেটরী) ওই। হজ্জ পাঙথোকপনা মীওইবনা অল্লাহগী মনাক নকশিনবা ঙমহল্লি। অসি শুম্বা মপূ নীংজবগী থবক অসি কা'বা শবিফদতা পাঙথোকই অমসুং মসি চহীদা অমুক্তং পাঙথোকপা থৌবমনি।

হজ্জ চৎপা হাযবসি অনৌবা নত্তে। মসি চহী খুদিংগী জিলহজ্জ থাদা পাঙথোকপা অচৌবা থৌবম অমনি। হজ্জ চৎকে হাযনা মপূক্লিংদা নীংখ্রবা অমসুং থৌবাং তৌববদি মীগী শেন্দোন লৈবা খুদিংমক শিংদোকলমগদবনি। লন্দোন পুবগা চৎপা হজ্জ




অদুদি উতোং অহোবদা ঈশিং হৈবদা শিং নান্না চেল্লোকখিবা অদুগুম ইহো হোবা থৌদৌনি।

মুসলিম অমনা হজ্জ চৎপা তাইবংগী ওইবা অপাম্বা ফংননবা চৎপা নত্তে। মমিং তাংবা মীদা হজ্জ চৎপা তৌদবা যাদবা অমা ওইদে অদুবু শেল থুম মবাং কাইনা লৈবা ওইববদি চৎপা যাই। হজ্জগী মতমদা মী খুদিংমক মশানা মশাবু ব্রাবকচৈ। হজ্জ চৎপদা শেংকদবা ফিজোল তোঙাল্লি। হজ্জ মনুংদা তৌগদবা থবক থৌবম যাম্না লৈখ্রে মদু পুম্নমক মতাংসিদা নৈনজদ্রে।

মথক্তা পীজবিবা মবম মঙা অসিদা মুসলিম অমগী মপূ নীংজবগী অবোইবা মবম নত্তে। মসি নত্তবা তৌদ-যাদবা কযামুক লৈবি। পৃং ২৪ অসি মহাক অল্লাহবু কাউথোকপা যাদে। মহাক অল্লাহদা থৱায হকচাং যাওনা চঙজবা তাই। ইসলামদা অফবা থবক তৌবা মী অমনা মশাগী ওইবা থবক তৌজবা অল্লাহবু নীংজবগী মনুং চাল্লে। ❑

গ্লোস্যাবী

| | |
|---|---|
| কলিমা | রাহৈ, ধর্ম্মমত |
| ইমান | খঙবা অমসুং থাজবা |
| নমাজ | মপূ খকম্বা |
| রোজা | থিংজিনবা |
| জকাট | শেংদোকপা |
| হজ্জ | অশেংবা মফমদা চৎকে লেপ্পা |
| রসুল | অল্লাহগী পাউজেল পুবকপা অমসুং শন্দোকপা মী |
| কা'বা | মক্কাদা লৈবা মুসলিমশিংগী খ্বাইদগী অশেংবা মসজিদ |
| ফরিস্তা | স্বর্গ দুত |
| সলাট | মপূ খুকম্বা (অবরিক রাহৈনি) |
| মসহ | নানবা |
| রুকু | যাম্না তোযনা হাংদোকপা হকচাংগী শকর্শিং চামথোকপা |
| কিবলা | মপূ নীংজবগী মায ওনফম |

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিংঃ-


1 **Dictionary of Islam (2003)**
by - T P Hughes

2 **Indian Muslim Festivals & customs (1988)**
by - Dr Majda Asad

3 **Introduction to Islam (1992)**
by - Hikmat Illahi Faryad

4 **ইসালমগী শিক্ষা (২০০৪)**
অইবা - জিযাউদ্দিন ওইনাম

# মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল ) ওইরকখিবগী শন্নপ্পা ৱারী

মণিপুৰী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) হায়রগা খঙনরিবা ফুরুপ(জাতি) অসি খৃঃ ১৬০৬ তগী খুম্হোরক্লুনা মণিপুরদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরবা মুসলমানশিংবু খঙনৈ। 'পংঙল' হায়বা ৱাহৈ অসি 'বাঙাল' হায়বা ৱাহৈদগী থোকখিবনি হায়না লৌনৈ। পাংঙল হায়রম্বদগী হৌজিক্তি পাঙল হায়না খঙনরে। মতৌ করম্না পাঙলশিংসি মণিপুরদা লাকখি অমসুং খুন্দাখি হায়বদু শন্নপ্না মখাদা নৈনজরি।

মৈতৈগী অঙনবা মতমদগী চৎনরক্লুবা 'হিয়াঙ্গৈ কুমজনবা' কৌবা ঈরাৎ থৌনিবা নুমিৎসিদা মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং মনাও ইবুংঙো য়াইমা চীংশোম্বা অনী হিয়াং তান্নসি হায়না লেপ্লবম্মী। হিযাং তান্নবদা তোংনবা হি লৈতবদগী মনাউ নুপা শানোংবগী হি চীংশোম্বনা ৱাইবম্মী। হিয়াং তান্নবদা থেংজিন্নদুনা মনাউ নুপা শানোংবগী হিরুদা মচেৎ খবা কায়রম্মী। চীংশোম্বনা লাক্লুনা মনাউ নুপাদা পাউ পীবম্মী। হি অদু মচেৎ খরা কায়রে মদু শেমজিল্লগা পীরগে হাযবদা শানোংবনা য়ানিংদ্রে। অহনবা ওইনা পীরগে হায়বদসু মহাক্কী হি অদুতমক পীয়ু হায়না নীংঙাই তৌরম্মী। ঙাংনবদা য়াবা কৌবা লৈত্রবনা ৱাফম অসি মযাম্বুং মৈদিংঙু খাগেম্বদা ৱাকৎলুবে। নিংথৌ খাগেম্বনসু হায়বা য়াবা হায়রে, থেম্বা যাবা থেম্লে, অদুবু শিখাং-খাঙদুনা মহাক্না হাযবা অদুতা তৌগদবনি হায়না লেংদনা লৈরে। মমৈদা নিংথৌ খাগেম্বনা মহাক্কী ৱা তাদে, হায়বা ইন্দে হাযদুনা মণিপুর থাদোক্লুনা চৎখিনবা অকনবা ৱা হায়রম্মী। শানোংবসু শাউদুনা মমা ইবেম্মা চাংবোম্বী অদুগা অতৈ মীওই মরি/মঙা লোইনদুনা মচন নুপী লৌরিবা কাছাড় নিংথৌ প্রথফিনাগী মফমদা চঙজদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দনবা হায়জখি। শানোংবগী ৱা তারগা কাছাড় নিংথৌনা মৈদিংঙু খাগেম্বা তাম্হোক্কনি হাযনা লাম্মী তেঙ্গোল কয়া থারম্মী। লান্দা কাছাড় নিংথৌগী লাম্মীশিং অমসুং শানোংবা মায়থিবা ফংলম্মী। মখোয় হন্দুনা কাছাড়দা চেল্লকখি।

মার্যথবা ফংলবা মতুং অসিদসু অমুক হন্না লান তানিংবগী ৱাখলদি থাদোক্লমদে। শানোংবা অমসুং চাংবোম্বী মমা মচানা অমুক হন্না কাছাড় নিংথৌদা হায়জবদগী মহাকসু য়ারম্মী। অদুম ওইমক মহাক্কী লৈজবা লাম্মী তেঙ্গোলনা মৈতৈ নিংথৌবু মায়থিবা পীবা ঙম্লোই খঙবদগী তরফ লৈবাক (হৌজিক্কী বাংলাদেশকী মনুং চন্না লৈবা শ্রীহট্ট (শিলহেট) গী নৱাব মুহম্মদ নজিরগী মতেং লৌরম্মী। মুহম্মদ নজিরনা কাছাড নিংথৌগী মতেং পাংনবা মুহম্মদ সানিবু সেনাপতি লাঞ্জিংলেন ওইহল্লগা মহাক্কী মখাদা লানজিংবা

১৬ য়াওনা লাম্মী ১০০৭ লোইনদুনা খৃঃ ১৬০৫ মেরা থাগী থানিল নিংথৌকাবা নুমিত্তা তরফ লৈবাক থাদোক্লগা কাছাড় নিংথৌগী কোনুংদা লাক্লম্মী।

নাকল অমদনা কাছাড় নিংথৌনা লান অসিগীদমক তেঙ্গোল অনীথোক্লা শেল্লম্মী। অমনা মুসলিম লাম্মী তেঙ্গোল অদুগা অতোপ্পা অমদুনা ময়াং লাম্মীগী তেঙ্গোলনি। লাম্মী তেঙ্গোল অনীমক কাছাড় নিংথৌগী কোনুংদগী খোঙশাল্লম্মী। তেঙ্গোল অনীমক মণিপুর তম্পাক য়ৌরক্নুনা য়াঙ্গোই তুরেল মপান্দা লানশঙ শাদুনা অমনা অমগী খুদোংচাবা লৌনবা ঙাইদুনা লৈনরম্মী। ময়াং তেঙ্গোলশিংদি খরা ব্রাংখৎপা চীংদোন্দা লৈরম্মী। মরকসিদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী লানগী থৌরাং উবদা কাছাড় লাম্মীগী লুচিংবশিংনা তম্পাক্তা লানবল শাদুনা লৈখ্রবা মুসলমানশিংবু পাউ অমত্তা পীবমদনা লোন্না লান তৌদনা হনখ্রে। ময়াংশিংগী লান পাংবা লাক্লগা মখোয়বু হুন্দোক্লম্লগা চেনখিবা অদুদা মুসলমানশিং অদু য়াম্না শাউরম্মী। অদুবু মৈতৈ লাম্মীগা লান শোক্লগনি হায়না লাক্লবনিনা লান তৌদবা য়াদে খন্দুনা লান শোক্লরম্মী। লান অদুদা অমনা অমবু মায়থিবা পীবা ঙমদ্রবদা মৈদিংঙু খাগেম্বা, মনাউ ইবুংঙো খুরাইলাকপা, নোংশমৈ অতৈ মৈতৈ লুচিংবশিং যাওনা ব্রা তানরবা মতুংদা লৌশিংনা মখোয়বু ফানবা থৌরাং তৌরম্মী। থোংনাং মরোল খঙবা নোংশমৈনা অথোৎপা ব্রাহৈনা মুসলমানশিংদা অসুন্না পাউ পীবম্মী-

" হে প্রসেনা লানচিংলেন ! পোইরৈ ঐখোয়সুং হলব্রাইরকে।
থোংনাং নখোয়সুং নিংনা তেনা হলব্রাইখিরো সনা লৈবাক
অনিমা ব্রারম লাকলেন তাইনসে থোংনাং নখোয়সু খৃৎলাই
থমলমব্রো। পোইবৈ ঐখোয়সু থমলকে" (নোংসমৈ লমায় ২৮)।

পাউ অসি মুসলমানশিংনা তারবা তুংদা মসিবু থাজসিরা থাজরোইসিরা হায়বা পূক্লিংদা চিংনবা অমা ফাওরম্মী। মখোয় মখোয়না পায়রিবা খৃৎশু-খৃৎলাই অমত্তা য়াওনদনা ফজবা মওংদা ব্রারী শানরগা ব্রাবোইশিন ওইসি হায়বসিদা থাজরদুনা খৃৎশু-খৃৎলাই অমত্তা য়াওদনা/পায়নদনা মুসলমান লুচিংবা ১৬ অদু য়াওনা মৈদিংঙু খাগেম্বা অমসুং মহাক্কী অঙম্বা ফম্নাইবশিং য়াওনা ব্রাবী শানবা হৌরম্মী। ব্রারী শানবিবা মফম অদু মৈতৈ লাম্মী তেঙ্গোলনা লোৎনা কোইশিন্দুনা থল্লম্মী। খুদোংচাবদু লৌরগা মখোয় ১৬ অদু ফাবা ঙম্লম্মী। মুসলমান লাম্মী লুচিংবা ১৬ ফাবে হায়বা পাউ ফংবদা লানবন্দা লৈরিবা মুসলমান লাম্মীশিং মহৈ মহৈ পাখৎপগা লোয়ননা কায়দুনা চেন্নরম্মী। মৈদিংঙু খাগেম্বনা ফারবা মুসলমান লাঞ্জিংলেন ১৬ অদু য়াওনা লাম্মী ১০০০ অদু মণিপুবদা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈহন্নখি। ফারবা লাম্মীশিং অদু মবৈবাক্তা হন্নখিনবগী খুদোংচাবদু মৈতৈ নিথৌনা পীরমদে। মুসলমানশিং অদুনা পুবকপা খৃৎশু-খৃৎলাই কয়া মৈতৈ নিংথৌদা খুদোল পোৎ ওইনা কৎখি।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লাকখিবা মুসলমানশিং অদু নুপী লোযনদুনা লাকখিবা অমত্তা নত্তে। মখোযদি মযাং তেঙ্গোলগী মতেং পাংলগা মণিপুব জয় তৌনবা হোৎনখিবনি। লান মতুংদা মণিপুবদা খুন্দাদুনা লৈখিবা মুসলমানশিং অদুগী তাল্লোইশিং নিংথৌনা মৈতৈ নুপী পীদুনা যুম্নান-কৈবান্দুনা লৈহনখি। লৈবাক অদুদা হান্নদগী চৎনদুনা লৈবিবা ধর্ম্ম লাইনিং লাইশোন্দা ওন্থোক্লবা নৌনা লাক্লিবা মুসলমানশিংদা নিংথৌনা যাথং পাখিদে। মুসলমানশিং অদুগী লাপ্লংপুবেল মুহম্মদ সানিদা কাজী ফম লান্থোক্লুনা মুসলিমশিং অদুগী ধর্ম্ম, চৎনবী, লাইনিং-লাচৎ অমত্তা কাযদনা লৈহনখি, চৎহনখি। মৈতৈ নুপা লৌবা মতমদা 'নিকাহ' শোনখি, মদুগী শাক্ষী মৈদিংঙু খাগেম্বনা ওইখি। মুসলমানশিং অদুগা মৈতৈ নিঙোলশিং অদুগা যুম্বান্দুনা লৈববা মতুংদা তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা লাক্লুনা পাঙল সমাজ অমা লৈবক্লবা মতমদদি পাঙলতগী ওইবা চৎন-লোনচৎ, ফিজেৎ লৈতেং, পুন্সি মবেল মশা মতোমতা থোকচবকখি।

লোন তিন্নদবা নুপা নুপী যুম্বানমিন্নবদা ভাব তানদবা অৱাবা খবদি মাযোক্লখি। নুপীনা নুপাগী মবোল, উর্দু ,ফার্সি খঙদবনা নুপানা কবি হাযবি হাযবদা খঙবা ঙমদবা লোযননা নুপানা নুপীগী মবোল মৈতৈলোন তৈতবনা নুপাশিংসু অৱাবা ওইখি। তপ্প তপ্পা মখোযগী ফাউন লোন মৈতৈলোননা ওইবকখি। মৈদিংঙু খুঞ্জা ওবগী (খৃঃ ১৬৫২ ১৬৬৬) মতমদদি মুসলমানশিং অদু মৈতৈলোন ফজনা ঙাঙবা ঙমখ্রবনি। ঙসি ঙসিমক মৈতৈ পাঙল (মণিপুবী মুসলিম) শিংনা ঙাঙনবিবা লোল অসি মৈতৈগী অবিবা লোন অদুগী মখা শমথবকপনি। অমবোমদা মুসলিম ইপা-ইপুশিং অদুনা ইসলাম ধর্ম্মগী নিযমনিতী নিংথিজনা ইমা ইবেলশিং অদুদা তম্বীদুনা খঙহল্লম্মী লোযননা মুসলিম অমা ওইবদা চঙবা খবক থৌবম খুদিংমক মখোযনা তাকপী-তম্বীদুনা খঙহল হৈহল্লম্মী।

লৈবাক নিংথৌনা যুম্নাক শাগে পীদনা লৈববা 'পাঙল' হাযনা খঙনবদা ফুকপ অসি মশাগী তোপ-তোপ্পা কলা, সংস্কৃতি ৱাত্তনা লৈজে। ঙাংথোক শক্রোবকপা মতমদা উর্দু, ফার্সিগী ৱাহৈ ৱাতা হৌজিকসু শিজিন্নবি। মৈতৈ লোলনা মমা লোল ওইববা মতুংসিদা মণিপুবী মুসলিমশিংনা মৈতৈগী ঈশৈ শৈশক শৈঙং, শৈথাবোলগী মওং, লুহোংবদা পাঙথোকপা জগোইগী থৌবম অসিনচিংবা কযা মৈতৈদগী লৌশিল্লকপা ঙাক্তনি । খুদম ওইনা -

"তমগী খুনু মায়ঙৌবা
ইবনগী লৌচি লৌযাদা
চেক্লা চাক্তাবিবনু।"
"তেবা খাদা লৌঙাকপী
ঐনা তাগে তাববা,
নিংঙোল-শম্লাংনা লৌবগী তাবনি।"

পাঙল নুপীশিংনা শিজিন্নবিবা ফনেক অসিসু মৈতৈদগী পুশিল্লকপনি। ফিজেৎকী মতাংদদি ইসলামগী আইননা নুপা অমসুং নুপীনা হকচাং কয়াৎশিং কদায়ফাওবা কুপ্না ফি শেৎকদগে হায়বদু তাকই। মদু ইনবা অমসুং মপুং ফানা চৎহনবা হায়বসি মখোয়গী মথৌনি। ❑

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ**

১। **চৈথারোল কুম্বাবা**, (১৯৬৭)
সম্পাদকশিং - এল. ইবুংঙোহল সিংহ, এন. খেলচন্দ্র সিংহ

২। **নোংসামৈ (পুয়া)** ১৯৭৬
সম্পাদকশিং শ্রীভোগেশ্বর সিংহ, এম. এ. জনাব খাঁ

৩। **পাঙল থোরকপা** (১৯৮৯)
সম্পাদক- রাজকুমার ম্নাহল সিংহ,

৪। **পাঙলগী খুনুং ঈশৈ**, (১৯৮৩)
সম্পাদকশিং - মুহম্মদ অব্দুর রহমান, মুহম্মদ কয়ামুদ্দিন

৫। **খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরম্বা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুস্লিম)গী ফিভম** (২০১০)
ঐইবা বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা



হফিজ হত্তা মসজিদ, ইম্ফাল

# মণিপুরী মুসলিমগী নাট অমসুং সংস্কৃতি (কলচর)

পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিম খুদিংমক মান-মানা লৈকৃবা মফম অদুগী চৎন-লীচৎ, লমিৎ-তুমিৎ, হৱা- নুংশিৎ খেন্নবগী মতুং ইন্না থৌদোক-ৱাথোক নিযমনিতী মান্নদে। চাইনাদা লৈবা মুসলিম অমগী নাট, সংস্কৃতি অববতা লৈবা মুসলিম অমগা মবম অমা নংত্রগা অমদা খেন্নে, মান্নদে। মসি লৈক-লৈকৃবা মফম অদুগী নাট, সংস্কৃতি, লোনচৎ মুসলিমশিং অদুদা চঙশিনখিবদগীনি। মুসলিমশিংনা ইন্দিযাদা লাক্লবা/লৈববা মতুংদা মখোযগী মপা-মপুনা চৎনবম্বা লীচৎ-শাজৎ, নিযমনিতীদগী খবা থৈদোবক্লগা ইন্দিযাগী নাট, সংস্কৃতি যাওশিনখিবনি। মতৌ অদুগুম্না মৈতৈ পাঙলনা মমা মবোল মৈতৈলোন ওইখিবা অসিসু লমদম অসিগী সংস্কৃতি, নাটকী ঈথিল ফজনা চঙখিবননি। অপিকপা ফুকুপ ওইজববসু মৈতৈ পাঙল মশাগী ওইবা নাট, সংস্কৃতি (কলচব) চৎন লোনচৎ মবাং কাইনা লৈজে। ফুকুপ অসিগী লাইনিং লাইশোন্দি ইসলাম ধর্ম্মনা ওই। মক ওইবা চৎনবী (নাট) খবা মখাদা পীজবি।

**পর্দা**– বাহৈ অসি উর্দুনি, অববিক লোলদা হিজাব কৌই। মসিগী অর্থদি মাযখুম নংত্রগা যখল হাযবনি পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিমশিংনা পর্দা শিজিন্নে। মমিং লৈববা মোলাব নাসিরুদ্দিন অল অলবানিগী মোত মতুং ইন্না নুপীনা মখুৎ অমসুং মমায হাংদোকপা যাই। হিজাবকী ৱাবী অসিদি কুরআনগী সুরা ২৪ঃ৩১দা যাওব' হিজাব শিজিন্নবদা হকচাং কযাৎ চোংথোকনা উবা, ফুবিৎ লিৎপদা হকচা তঙ্খায উবা, ইসলাম থাজদবশিংনা চৎপা মওং মতৌ ফিজেৎ পুশিন্লোইদবনি হাযনা নসিরুদ্দিন অল অলবানিনা ফোঙদোক্লি।

পর্দা হাযবগা মাযাম্না লৌনালবা অর্থ অসি নুপীশিংনা মপান থোকপা যাদবা, ইমুং মনুংদগা হেন্দোক তবা নুপা নুপী শুকউ উনবা যাদবা অসিনচিংবা কযানি। নোংচপ লোমগী লাইবিক-লাইশুগী মঙাল ফংলবা ইমুংশিংদদি মসিগী মমি বাখল তাবা বাৎলি। অঙনবা মতমদদি নুপীশিংনা শগোল গাড়ী, দোলাইনচিংবা তোংদুনা চৎপদা ফি অপাকপা অমনা গাড়ী নংত্রগা দোলাইগী অকোইবদা পুনশিল্লি।

**অতিথি সেবা**– মুসলিম অমগী ইমুংদা কনাগুম্না মেহমান(অতোপ্পা মফমদগী থুংলবা মী) লাকপসি ইকাইখুম্নবগা লোযননা লৈফম পীবা, পীজ পীথক তৌবা চৎনৈ। লাক্লিবা মীশক অদুনা নুংঙাইনা লৈনবা, মহাক্লা পেনবিনবা হোৎনৈ। ক্বা, চুরুট, চা পুথোক্লুনা মেহমান্দা পীজে। হিদাক হাল্লগা হিদাকফুদা পী। হিদাক থকপসি তৌজিক মতমদদি চাং যাম্না হস্থখ্রে। ইনাক কৈবাক খুনবা ইমুংশিংদদি মেহমান অদুনা চৎখিবা

মতমদা ক্কা তপ্লগা লম্বীদা চানবা পী নৎত্রগা চীন্দা উম্বা যাবা পোৎশিং পী। মণিপুরদদি মেহমান সেবা অসি খবা কোমথোকপগুম উবা ফংই। পাঙলশিংনা খুন্দাবা অসামগী মফমশিং, ত্রিপুরা, বাংলাদেশনচিংবদা মসি মযেক শেংনা উবা ফংই।

**কুরআন তিলাৱৎ**-মৈতৈ পাঙল যুমথোং খুদিংদা কুরআন-শরিফ অমদি শুকশোই শোযদনা থম্লে। মসিগী মরমদি পাঙলশিং ইসলাম ধর্ম্ম চৎলি। লাইরিক অসিনা পীরিবা পাউজেল কাযদনা ইন্নবা/চৎনবা হোৎনৈ। ধর্ম্ম অসিগী অশেংবা বা পাউ যাওবদি কুরআন না ওই। ধর্ম্মগী লাইরিক অসি পাযবা, পাবনচিংবা তৌনবগীদমক হকচাং শেংবা তঙাইফদে হাযবদি ৱজু (এবলুসন) তৌনগা কুরআন পাযগদবনি, পাগদবনি। অপিকপা অঙাংশিং (নুপামচা, নুপীমচা) দা কুরআন পাবা তম্বী, অযুক নুমিদাংদা কুরআন পানৈ। মসিবু কুরআন তিলাৱৎ তৌবা হাযনা খঙনৈ। কুরআন পাবা, শোনবা মতমদা মশাগী অশেংবা খোন্থোক্তা পানৈ, শোন্নে।

**অজান** – মসজিদ খুদিংমক্তা নমাজ শোনবগী মমাঙদা অজান লাউই। অজানগী অর্থাদ কৌববু খঙনৈ। মসি নমাজগী কৌন বাহৈনি। অজানগী মবোলদ



= অল্লাহু অকবর (৪ বক হাযগদবা)

(পূম্নমক্কগী চাউবদি অল্লাহতনি)

= অশহদু অন লা-ই-লাহা ইল্লল্লাহ (২বক)

(অল্লাহদগী হেনবা মপূ কনা অমত্তা লৈতে হাযনা শাক্ষী পীজবি।)

= অশহদু অন্না মুহম্মদুর রসূলুল্লাহ (২বক)

(মুহম্মদ অল্লাহগী রসুলনি হাযনা ঐনা শাক্ষী পীজবি)

= হৈযা অলস সলাহ (২বক)

(নমাজকী মাযকৈবোমদা লেঙশির্নবিবক্লো)

= হৈয়া অলল ফলাহ (২বক)

(লেংবিবক্লো হিংনবা মঙাল থিবসি)

= অল্লাহু অকবব (২বক)

(পুন্নমক্তুগী চাউবদি অল্লাহতনি)

= লা ই-লাহা ইল্লল্লাহ (অমুক্তমক)

(অল্লাহদগী হেনবা লাৎপদা মতিক চাবা কনাসু লৈতে)

অজানগী থবক অসি নমাজ মতম মঙাদা অমসুং ইবাই নুমিৎকী জুমা নমাজ মমাঙদা লাউগনি। ইদ অনী হায়বদি ইদুল ফিতব অমসুং ইদুল জুহাগী নমাজ শোনবদদি অজান লাউবোই।

**নমাজ** – নমাজ ইসলাম ধর্ম্মগী অনীশুবা যুন্থীনি। অল্লাহদা নিজবা, হাযজবগী থর্বাক্লি। নমাজ শোনবদা চঙবা নিযম খুদিংমক ফজনা খঙবা মথৌ তাই। নুপা ওইববসু নুপী ওইববসু নমাজগীদমক মখোয হকচাং শেংবা, ফি শেংবা তঙাইফদে। হকচাংগী অকক্লবা শক্ক খবা চামথোকপা হাযবদি খূৎ, চীন তেংবা, মায, খূৎ খূনিং ফাওবা চাম্না খোঙ চাম্না অসির্নচিংবা শেংদোক চামথোকপবু বজু (শেংদোকপা) কৌই। পুন্নমক অসি লোযবনা মতুংদা অনীংবা অমগা লোযননা অল্লাহদা হাযজ নিজনবু নমাজ শোনবা হাযনা খঙনৈ। মীযাম পুন্না নমাজ শোনবা মতমদা ইমাম অমনা লূচিংঙা।

**সলাম তৌবা**- মৈতে পাঙল (মণিপুবী মুসলিম) শিং নাটকী ওইবা সলাম (হবাও তযাম ওকপা) তৌবগী চৎনবী লৈজে। যুমদা ওইববসু, লম্বীদা ওইববসু মৌলবীশি, অহল লমনশিং, মকপ মপাংশিং উনবদা সলাম তৌই। চৎনবী অসিদি পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিম জাতি খুদিংমক্তা ইল্লি অমসুং চৎনৈ। মসিদি শকখঙ মাযখঙনবা খক্তদা হাযগদবনি হাযবগী বা লৈতে। মীওই অমনা অতোপ্পা মীওই অমা উনবা মতমদা "অস্‌সলামু অলৈকুম (নঙোন্দা শান্তি লৈবা ওইসনু) হাযবগা খূৎ শোক্লে, শোক্লদবসু যাওই। খূৎ শোক্লবা অসিবু 'মুসাফ' তৌবা হাযনা খঙনৈ। সলামগী পাউখুম ওইনা মাশক অদনসু 'বাঅলৈকুম সলাম' (নহাকপুসু শান্তি লৈহনবা ওইসনু) হাযবক্নি। বনা ঙম্বনা অদাব অর্জ নৎত্রগা 'তস্লিম' হাযনবসু যাওই।

**থবক শুবদা চালহাও থিদবা**– মণিপুবী মুসলিমশিং অসি থবক শুবদা চালহাও থিদে। মসিনা অতোপ্পা থর্বাক্লি, মাসনা লেমজবা থর্বাক্লি হাযবগী বাখল মখোযদা লৈতে। মান মানা ঙমগদবা মতম মতমগী থবকশিং শু নোম্মী। মপা মপুনা ওল্লিঙৈ মতমদগী তৌবকপা, শুবম্না থবকশিং কাইদনা চৎপসু লৈবম্মী। খুদম ওইনা ফন্দ্রে খেৎপা, চে শাবা অসির্নচিংবা পনবা যাই। অদুবু মতমগী নুংশিৎনা পুবকপনি হাযবা তাই। হৌজিক্তি

অওনবা অমা লাকখ্রে। মসি মেছিনগী থবক্তা খুমাঙ চাউশিল্লকপা হেনবননি হায়না লৌবস্ যাই। থবক শুবদা অমনা অমবু হস্তনা লৌনদে।

**পূন্না চামিন-থকমিন্নবা-** - মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) শিং অসি ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মবম্মা পূন্না চামিন থর্কামিন্নর্বাস চৎনৈ। মতাক অচৌবা জাৎনি, মহাক্না অতোনর্বানি হাযবা ব্রাখল লৈতে। ইনাক খুনবা লাইববগী



ব্রাফম লৈতে। পাঙলগী ইমুং- মনুংদা নৎত্রগা থবক থৌবম থোকপদা চাকচা ফিদা শিজিন্নৈ। চাকচা ফিদা মথক্তা পুখম, তেঙ্গোৎ, যেঞ্জাং তেঙ্গোৎর্নাচিংবা থল্লগা পূন্না চামিন থর্কামিন্নৈ। মীযাম তিনবা লুহোংবা, থৌ ঙমনর্চিংবদা নুপা ঙাক্তা হান্না চার্গনি। মদুগী মতুংদা নুপী ঙাক্তা অমূক পীজগনি। চাবা থকপা লোইবগা লেমহৌবা চাক যেঞ্জাং শুন্দোক্লদে। মদু মীঙোন্দা পীথোকপা নৎত্রগা মথংগী চবাগীদমক থম্বা চৎনৈ। মীঙোন্দা পীবদা মদু অবেমথাকনি হায়না লৌনদে। চাবা থকপদা লেমতনবা, হুন্দোকপা পূম্নমক যাম্না ফঙনা লৌই।

**ফিজেৎ লৈতেং** - অঙনবা মতম হাযবদি খৃঃ ১৬০৬ ইংদা লার্কাখবা মুর্সালমশিং অদু শোযদনা মপা মপুনা শিজিন্নবা ইন্দিযান, অফগান নৎত্রগা অর্ববিযান্নচিংবগী ফিজোল নৎত্রগা ফিজেৎশিং শিজিন্নবমগনি। মৈতৈ পাঙল নুপীনা শিজিন্নবিবা ফনেক, মৈতৈগী ঈথিলদগী ওইথখবা মওংনি। ঙল্লিঙৈ মতমদা পাঙল নুপাশিংসু ফৈজোম শেৎলর্ম্মী। মখোয ফনেক শেৎলবসু, ফৈজোমবু ওইববসু ইসলামগী নিযমনিতী মাঙহনাখদে। নুপীনা খুজেং অমসুং খুমিৎ যৌবা হকচাং পুম্না খুম্না ফিজোল শেৎকদর্বানি হাযবা অমা লৈবনিনা মদু মখোয কাযদনা চৎলমগনি থাজৈ। ফৈজোম শেৎলবদি ইনাবা যাবা ফি, খ্বাঙচেৎ নৎত্রগা কোকযেৎ যাওবা চৎনবম্মী। মতুং খবা চৎথবক্লগা হাযবদি খৃঃ ১৭৭৯/১৭৮০ অদুবাইদগী বেলবেট ফুবিৎ শিন্নবর্কখি। হৌজিক্তি সলবাব, কমিজ, ফনেক, লুংগী পাইজমা অসিনচিংবা ফিজোল শিজিন্নবে।

**যুমলৈ-কৈবৈ** মণিপুরী মুর্সালমশিংনা শাবা যুম মৈতৈনা শাবা যুমশাগা কযা খেন্নদে। থোঙজাও, থোঙনাও অমসুং শুমাঙ মওং তানা থর্ম্মী। ফুবপ অসি তক তন্নানা লৈবা পামজবা কাংলূপনি। মখোযনা তুম্বা মতমদা মকোক্না নোংচুপ ওনর্শিল্লি। মসিগী মবমদি অশেংবা ধর্ম্মগী মফম কা'বা (মক্কা সহবদা লৈবা) দা খোঙ ওনর্শিন্দবগী চৎনবী লৈবনানি। মক্কা সহবগী নোংচুপ্তা লৈখ্রিবা লৈবাকশিংদা লৈবা মুসলিমশিংসু মখোযনা তুম্বা মতমদা মকোক্না নোংপোক ওল্লর্ক্কনি-হাযবদি মক্কা লৈবা মফমদা কোক তাশিনবনি।

মণিপুরী মুসলিমগী যুমথোং খুদিংদা গুসলখানা (ইরুজফম) পাইখানা (খোঙহাম্ফম) অমসুং পেসাবখানা (য়ুংহানফম, মসিবু পাঙলগী লোন্দদা ঈশিং হুঞ্জেকপা হায়নসু খঙনৈ) অমমমদি শোয়দনা লৈরে। মসি হৌজিক মতমগী ৱাফম নত্তে, অঙনবা মতমদগী লৈরক্লবনি। ধর্ম্মগী ৱানি। হায়রিবা পাইখানা অমসুং পেসাবখানা অনী অসি শেম-শাবদা খরা হেন্না চেকশিন্নৈ। শারিবা পাইখানা অমসুং পেসাবখানা অদুগী মায়ওন মখা নৎত্রগা অৱাংলোমদা ওই। মসিগী মরমদি মীওই অদুনা ফম্বা মতমদা মহাক্কী মায়ওন খা নৎত্রগা অৱাংলোমদা ওল্লগা ফম্বা য়ানবা শেম্বনি। মসিসু মুসলিমগী অশেংবা মফম ওইরিবা কা'বাদা তুংওনশিন্দগী চৎনবী অদু থম্বনি।

মুসলিমগী অশেংবা ধর্ম্মগী লাইরিক কুরআন থম্নবা মচাং (ফুট ৪/৫ শাংবা, ফুট ১.৬" মুক পাকপা ৱাচেৎ নৎত্রগা পয়ানা লোল্লগা শেম্বা) শানৈ। মদু য়ুমগী মাঙ্গোলদা ওইববসু মফম চাবা য়েংলগা মচিন অনীদা থৌরি নৎত্রগা পয়ানা পুল্লগা ফক্লাং ময়াদা ফুট ৫ মুক ৱাংহল্লগা য়ান্দুনা থম্মী। হৌজিক্তি অওনবা খরা লাকপা উরে। অদুম ওইনমক মণিপুবগী মপান্দদি হায়রিবা অসি চৎনরি, উবা ফংলি।

য়ুমগী ফক্লাংদা অয়েকপা লাই(মরু ওইনা থৱায় পানবা জীবগী লাই) যান্দে, থেৎতে। মদুগী মহুত্তা কুরআনগী অয়াট (verse) শিং যান্দুনা থম্নৈ। পাঙলগী যুমথোং খুদিংদা রজু তৌবদা, পাইখানা, পেসাবখানা চঙবদা শিজিন্ননবা তোঙান- তোঙানবা বদনা (মচিন পানবা কোযদাবপ তৌবা পাত্রা মখল অমা) থম্নৈ।

**অল্লাহগী মিংদা** – মণিপুরী মুসলিমশিংনা অয়ুক নুমিদাংদা হাযবদি নুর্ংতগী শিজিন্নবা অরবিক ৱাহে-ৱাতা য়াম্না লৈ। ৱাহৈশিং অসি তাইবংপানবু শেম্বীবা মপৃবু থাগৎপা অমসুং নীংশিংবগী ৱাহৈনি। খোঙথাং খুদিংদা মপৃবু কাউদে হায়বদু তাকই। মসিসু জাতি অসিগী নাট অমসুং সংস্কৃতিনি। মখাদা পীরিবা ৱাহৈ খরসি য়েংশি-

১। **বিসমিল্লাহ** – মুসলিম অমনা মানা শুগদৌরিবা থবক অদু হৌবা মতমদা বিসমিল্লাহ (অল্লাহগী মিংদা) হায়বসি শোল্লি। মুসলিম অমনা তৌগদবা থবক খুদিংমক তঙাইফদনা অল্লাহগী মতেং লৌই অমসুং মহাক্কী মীনুংশিংনা হিংলিবনি হায়না চেৎনা থাজৈ।

২। **অল হমদু লিল্লাহ** – মসিগী অর্থদি থাগৎচরি অল্লাহবু' হায়বনি। কনাগুম্বা অমগী কান্নবা নৎত্রগা অফবা অমা লাকপা নৎত্রগা ফংবা মতমদা চীন্দা ফোঙদোকই। হকথী খনবা মতমদা মশানা ৱাহৈসি হায়জৈ।

৩। **ইনশা অল্লাহ** – ৱাহৈ অসিগী অর্থদি অল্লাহনা নীংবিরবদি নৎত্রগা চানবিরবদি হায়বনি। কনাগুম্বনা থবক অমা তৌগে হায়না পৃক্লিংদা চপ য়ুংনা নীংলবসু মদু অল্লাহনা তম্বনি, মহাক্কী পাঙ্গলতনা পাঙথোকপা ঙমগনি হায়না খনবা ৱাহৈনি। মুসলিম অমনা মহাক্কী থাজবদু অল্লাহদা থম্মী। মখোয়না তুংদা থোরক্কদবা থৌদোক খুদিংমক্কী ফল (মহৈ) অল্লাহগী খৃত্তগীনি হাযনা লৌই।

৪। **বিসমিল্লাহির রহমা নিরবহিম**- মুর্সালমগী চান্দগী লাপথোক্লবা যাদ্রবা ৱাহৈ পবেংনি। ধর্ম্মগী অশেংবা লাইবিক কুবআন শোনবা অমসুং পাবা মতমদা মসি শিজিন্নৈ। অর্থদি-"হৌর্জবি অল্লাহগী মিংদগী থৌজাল হৈবা অমসুং থৌজালবিবিবা" হায়বনি। থবক খুদিংমক্কী অহৌবদা-হায়বদি চাবা থকপদা, নমাজ শোনবদা, যুমদগী মপান থোকপদা, গাড়ী তোংবদা অসিনচিংবশিং অসিদা মুসলিম খুদিংমক্না নুংতিগী শিজিন্নবা ৱাহৈশিংনি।

৫। **সুবহানল্লাহ**— ৱাহৈ অসিগী অর্থদি অল্লাহদি অমকপা লৈতবা নৎত্রগা অৱাৎপা লৈতবা মপূং ফাবনি হায়বনি। মুসলিম অমনা মবাস লৈবে, অশোয অঙামদগী নাম্থোকপা ঙমদে হায়বসি ৱাহৈসিনা ফোঙদোকই। মসি খঙহৌদনা নুংঙাইবা পাউ অমা তাবদা শিজিন্নৈ।

৬। **মাশা অল্লাহ**— নুংঙাইবা থৌদোক অমা থোকপা, লাকপা নৎত্রগা কনাগুম্বগী হবাও-নুংঙাইবদা ৱাহৈসি শিজিন্নৈ। মসিগী অর্থদি অল্লাহনা চানবিবে, পীনবিবে হায়বনি।

৭। **ইন্না লিল্লাহি ৱইন্না ইলৈহি রাজিউন** - (অর্থ-ঐখোয পূম্না অল্লাহদগীনি অমসুং মহাক্কী মাযকৈদা হনগদবনি।) কুবআনগী বাহৈ অসি মী অমা শিবগী পাউ তাবদা নৎত্রগা অতোপ্পদা মাঙ-তাকপগী পাউ ফংবদা তাবিবা মীশক অদুনা মচীন্দা হাযদোকপা নুংঙাইতবা ফোঙদোকপদা শিজিন্নবা ৱাহৈনি। মুসলিম অমগী পুন্সিদা তৌবা থবক খুদিংদা অল্লাহবু কাউথোক্তবগী মমি অদু ৱাহৈশিং অসিদা তাই।

৮। **লা হৌল ৱলা কুৱতা ইল্লা বিল্লাহ**— বাহৈ পবেং অসিগী অর্থদি অল্লাহথক্কী মতেং নওনা কনাগীসু পাঙ্গল, শক্তি লৈতে। মীওইবদা অল্লাহনা পাঙ্গল অমসুং শক্তি পীদ্রবা মহাক্কী মতেং ফংদ্রবদি ফত্তবা থবক তৌকবশিং হন্দোবক্লনা অফবা থৌশিল চৎননবা পাঙ্গল শক্তি লৈবোই। অদুনা কনাগুম্বনা ৱা ঙাংবদা শোযখিবা, লানখিবা নৎত্রগা অৱাবা তাবকপা মতমদা, মহাক্লা ঙাকথোকপা ঙমলোইদবা থৌদোক বাথোক লাকপদা ৱাহৈসি শিজিন্নৈ।

৯। **অল্লাহু অকবর** — বাহৈ অসি মণিপুবী মুসলিম অমসুং পৃথিবীগী কাচিন কোযা থুংনা লৈবিবা ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মুর্সালমশিংনা অযুক নুমিদাং খাযদনা শিজিন্নবিবনি। মসিগী অর্থদি "অল্লাহনা খ্বাইদগী হেন্না চাউই" হাযবনি। বাহৈ পবেং অসি অজান লাউবা, নমাজ শোনবা, হবাওবা ফোঙদোকপা, নুংঙাইবা পাউ তাবা শা হাৎপা অসিনচিংবা কযাদা শিজিন্নৈ। মুসলিম অমগী পুন্সিদা বাবনসু নুংঙাইবনসু অল্লাহবু কাউদে, শাগোন্ননা থম্মী।

১০। **অসতগ ফিরুল্লাহ**— কবিগুম্বা অমা তৌবদা শোযখিবা লানখিবা যাওবকপদা অল্লাহদা ঙাকপীনবা হাযজবা ৱাহৈনি। মপূং ওইনা বাহৈ অসিগী অর্থদি "অল্লাহ ঐ লানখ্রে ঙাকপীযু" হাযবনি। মী অমগা মী অমগা বাবী শানবদা বাহৈ অসি শিজিন্নৈ।

কনাগুম্বা অমা মশাগী মবাল লৈতে, মহাক শোর্যখিদে হাযবদসু শিজিন্নৈ। নমাজ শোনবা লোমবগা বাহৈ অসি অহুম্লক হাযবা চৎনৈ।

১১। **লা ইলাহা ইলল্লাহ** – মসি যাম্না মব ওইবা ইসলামগী থাজবা (ক্রিদ) অমনি। ইসলামগী অহানবা যুম্বী ওইবিবা 'কলিমা' গী শরুক অমনি। মসিগী অর্থদি 'লাৎপদা মাতিক চাবা অল্লাহ নত্তনা লৈতে।' বাহৈ পবেং অসিগী মখা তাবকপদা 'মুহম্মদুর রসূলুল্লাহ' হায। অর্থদি 'মুহম্মদ অল্লাহগী পাউজেল পূবা মীনি'। বাহৈ পবেং অসিসু হৌদোক খুদিংদা মণিপুরী মুসলিমশিংনা শিজিন্নবতা নত্তনা পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিম প্রাতেনা শিজিন্নবিবনি।

১২। **সল্লল লাহু অলৈহি বসল্লম (স্ব)** - কনাগুম্বা মুসলিম অমনা মুহম্মদকী মমিং পনবা নৎত্রগা ইবা মতমদা মহাকপু ইকাইখুম্নবা উৎপা ওইনা বাহৈ পবেং অসি চান্দা শোল্লি। মসিগী অর্থদি "মঙোন্দা অল্লাহগী থৌজাল অমসুং শান্তি লৈহনবা ওইসনু" হায়বনি। অল্লাহগী যাথংনা মুসলিমশিংনা বাহৈশিং অসি হাযগদবনি নৎত্রগা শোনগদবনি হাযনা কুরআন্দা যাওব।

**মনম নুংশিবা থাও শিজিন্নবা** মনম নুংশিবা থাও শিজিন্নবা হাযবসি মুসলিম ইমুং খুদিংদা তৌই। মসিদি হসি ওবাংগী বা নত্তে অঙনবা মতমগী লৈববনি। হজরত মুহম্মাদ (স্ব) না মনম নুংশিবা তৈজুন থাও শিজিন্নবর্শ্মী। অটব হাযবা থাওসি মুসলিমশিংনা শুম্না শিজন্নৈ। মসি নত্তনা অতৈ মখল কযাগী মনম নুংশিবা থাওশিং শিজিন্নৈ। থবক থৌবম থোকপদা, ইবাই শ্নামৎকী নমাজ শোনবদা, ইদ অনীগা নমাজদা, মাযাম তিনবদা থাও মনম নুংশিবা শিজিন্নবা চৎনৈ।

**হলাল** - অল্লাহগা মাযকৈদগী চাবা থকপা, লৌন-লৈনবা, শিজিন্নবা যাগনি হাযনা যাথং পানবা অদুবু হলাল হাযনা খঙনে। শেল তানবদা হবাল লান্নদা তানবা নত্তবা, চাবা যাবা শা খুদংমক নিযম চুম্না জবহ তৌবগা (লেল্লগা) চাগদবনি। লেনবা মতমদা কুরআনগী অযাট (verse) শোনগনি। চাবা যাবা শা খবদি উট, ইবোই, ষন, হমেং শজি, যাও অসিনচিংবনি।

**হবাম** - অল্লাহগী মাযকৈদগা মসি তৌগনু, চাগনু হাযনা অথিংবা থমখ্রবা অদুবু হবাম কৌই। শা চাবিবনি হাযদুনা অযংবা শা হেক্তা চাবা যাদে। ওক, কৈ, হুই, হৌদোং, শগোল শামু অসিনচংবা শাশিং অসিগী মশা চাবা যাদে, অথিংবা লৈ। উচেকশিংগী মনুংদা শিবগা মখোঙ খুতুম তাশিনবশুম মখোঙ খুজাশিং কোনশিনবা অদুগা শা তানবদা শি না ফাবা শা, উচেকাশং চাবা যাদে হবাম ওই। উমাইবী, ধ্বাক, খুনুখ্রং, ইগল, বাহোং অসিনচিংবা চাবা যাদে। যেন, ঙানু, খুনু, উবোক অসিনচিংবা চাবা যাই। যু শিজিন্নবা হবামনি।

**লুহোংবা অমসুং নুপী খায়নবা** — মসিসু মণিপুরী মুসলিমগী কলচব অমনি। হীরম অনী অসিগা মরী লৈনবা তাঙ্কক য়াওরিবা অসিদা য়েংবিয়ু।

**চাবা থকপদা খূৎ য়েৎ শিজিন্নবা** - চাবা থকপা হৌদ্রিঙৈ মমাঙদা অল্লাহগী মমিং অথোইবা লৌদুনা শক-শোল্লবা মতুংদা খূৎ অনী হান্না চামথোক্লগা চাবা হৌগনি। চাবদা নৎত্রগা ঈশিং থকপদা ওইরবসু খূৎ য়েৎনা চাগনি অমসুং খূৎ য়েৎনা পায়রগা থক্কনি। চাক চারিঙৈ মনুংদদি খূৎ ওইনা পায়রগা পাত্র অদুগী মনিংদা খূৎ য়েৎকী খূৎনমদা পাত্র অদু থল্লগা ইনখৎকনি। অসিগুবা চৎনবী অসি হজরত মুহম্মদ (স্ব) না তৌদুনা য়ুমলোন্নবশিংদসু উহল্লম্মী। অদুনা রসুল (স্ব) না হায়বিরম্মী-নখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা চাবা মতমদা খূৎ য়েৎনা চাগদবনি অমসুং ঈশিং থকপা মতমদসু খূৎ য়েৎ শিজিন্নগদবনি।

**কোই, খুজিল অমসুং ফিনুংগী শম ককপা**— ইসলামগী অশেংবা পাউতাক্কি মদুদি হকচাং শেংনা লৈবা, কোই চাং অমদা থম্বা, মুচ তেন্না থম্বা. খুজিল মতম চানা ককপা অমসুং ফিনুংগী শম ককপা হায়বসি তৌদবা য়াদবা অমনি। খোই মখাগী শম, শেগ্রাক্কী শম অমসুং নাতোনগী শম নুমিৎ ৪০ গী মনুংদা শেংদোক্কদবনি। কোই য়াম্না শাংনা থাকউ হায়বা করিসু লৈতে। কোই অদু পায়বদা খূদুম অমদগী হেন্দোকপমখে ককপা য়াই। খুজিল, শম-বু ফজবা পোৎনি খন্দুনা কুইনা থম্বা য়াদে। মসিদি মুহম্মদ (স্ব) না মতম চানা- লৌথোক্কদবনি হায়না থৌনা হাপ্পীরম্মী।

**চীন-য়া শেংবা** — রসুল (স্ব) না মতম খুদিংদা মহাক্কী সহাবা (লোইনবা) শিংদা মশা মউ নান্না লৈনবা, চীন-য়া, মায়-মীৎ, ফিরোল নান্না লৈনবা পাউতাক পীরম্মী। মসিনা ধর্ম্ম অদুগী মগুণ ৱাংনা থাঙ্গৎপা অমসুং তৌরিবা থবক অদু চাউখৎহনবদা মতেং ওই। রসুল (স্ব) না - চীন-য়া শেংবা অমসুং নাতোন শেংবা লোইবগা ৱজু তৌরম্মী। মতৌ অসিগুম্না চীন শেংবনা চীন্দগী থোক্লকপা নমথিবা মনম কোকহল্লি যা লংহল্লী।

**অমাংবা শেংদোকপা**— খোঙহাম্বা অমসুং য়ুং হানবা অনীমক্তা চামথোকপা, শেংদোকপা হায়বসি তৌদবা য়াদবা অমনি। মণিপুরদা অমসুং মণিপুর মপান্দা লৈরিবা মণিপুরী মুসলিমশিং ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মরম্না মসিগী মখাদা খোঙ হামফম অমসুং য়ুং হানফম তোঙান-তোঙান শাদুনা য়ুম-য়ুম খুদিংগী থম্নে। মসিবু পাঙলশিংনা 'পাইখানা' অমসুং পেসাবখানা' হায়না খঙনৈ। অদুগা অরবিক ৱাহৈদা মসিবু 'ইসটিনজা' কৌই। য়ুং হানবদা শেংদোক্লবগী মরমশিং ঈশিংনা চাম্বা, লৈবাক অকংবনা নপথোকপা, ফি মচেৎ, লশিংনা নপথোকপা য়াই। খোঙ হাম্বা অমসুং য়ুং হানবদা ফম্লগা পাঙথোক্কনি। পাইখানা মনুংদা অমাংবা চাম্বা ওইগী খূৎনা লৈবাক্তা তক্লগা শেংদোকই। মদুবু খূৎ

যেঙবা কৌই। মথক্তা পীবিবা নিয়ম অসি নুপীদসু চপচনা তৌগনি, চৎনগনি; তৌবতবু মদ্ লোইবগা ঈশিনা শেংনা চন্না হাযবসি শোযফদবা অমা ওই।

**ফমদিন্নববা মতুংদা ঈকজবা**– মুসলিম অমা ওইববা অমসুং ইসলাম ধর্ম্ম চৎলিবা কাংবুশিংনা হকতিন্নবা নৎত্রগা ফমদিন্নববা মতুংদা ঈকজথোকপা হাযবসি থাদোকপা যাদবা অমনি। মসি তৌদবা হাযবসি থবক খুদিংমক্তা অমসুং ইসলাম ধর্ম্মনা পীবিবা নিযম অদুগী বাংমদা লৈববনি। নুপীগী থাগী খোঙকাপ (হযিজ) লাকপা, অঙাং পোকপগী ঈ (নিফাশ) লাকপা লোইবগা নিযমগী মতুং ইন্না ঈকজবা তঙাই ফদে। হকচাং শেংদোকত্রিঙৈদা নমাজ শোনবা, ধর্ম্মগী থবক থৌবম অমত্তা তৌবা যাদে। কনাগুম্বনা নিশা শিজিন্নবগা নৎত্রগা ফমদিন্নকবগা ঈকজদনা নমাজ শোনবা, কুরআন পাবা নৎত্রগা মসজিদ চঙলবদি মদু মশাদা চাউনা গুনাহ (পাপ) চেনবা অবানবা নিযমদা চঙশিল্লবনি। মতাং অসিদা মুহম্মদ (স্ব) না তাকপীবম্বা পাউতাক খবা মখাদা পীজবি-

১। খৃৎ অনী শেংনা চামথোকপা,

২। খৃৎ ওইনা হকচাং কযাৎশিং চামথোকপা,

৩। নমাজগীদমক রজু তৌথোকপা

৪। কোক তুমথোকপা (চামথোকপা)

৫। হকচাং থৃংনা চান্না, অমসুং

৬। খোঙ চান্না অসিনি।

**কোই খাকপা** – পৃথিবীদা লৈবিবা জাতি খুদিংমক্তা কোই খাকপা চৎনৈ। খাক্তবা কাংলূপসু লৈতবা নত্তে। মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) হাযবা কাংলূপ অসিসু কোই খাকই। ইসলাম ধর্ম্মনা পীবা নিযমগী মখাদা খাকপনি। কনাগুম্বনা কোই শাংনা খাক্লবসু নিযমগী মতুং ইন্না থমগদবদি খদাংগা তাইননা খৃৎশাশিংনা পাযশিনবদা ফংলিবা শকক অদুখক খাক্কদবনি। অহেনবা শকক অদু কক্কদবনি। নাতোন শুমাঙদা হৌবা কোই (মুচ)দি খাক্লদে। খাক্লবসু যাম্না তেন্না খাকপা যাই। ঈশিং থকপদা খাক্লিবা নাতোনগী কোই (মুচ) অদ ঈশিংদা লুপহল্লোইদবনি।

**টুপী শিজিন্নবা**– ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা কাংলূপ খুদিংমক অচৌ পীশক খাযদনা টুপী শিজিন্নৈ। মণিপুরদা লৈবিবা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) শিংসু টুপী শিজিন্নৈ। মসি ফজবগী নৎএগা অকে অমৌগী মবমদা নত্তে, ধর্ম্মগী শকক অমা ওইনা শিজিন্নবা শকতাক চে গুম্বনি। টুপী মখল যাম্না লৈ। মখল খুদিংমক মাগী মাগী লমগী চৎনবী মতুং ইন্না শিজিন্নবা ঙাক্তনি। টর্কী, অফগান, কাশ্মীরনাচিংবদা চৎনবীবা টুপীশিং মণিপুরদা



শিজিন্নদে। মসি শিজিন্নবা যাদে হাযবদি লৈতে। পৃথিবীগী মফম অমদা মুসলিম অমনা শিজিন্নবা টুপী হেক্তা উপ্পা যাই। উত্তর প্রদেশ, কোলকাতা, বাংলাদেশনচিংবদগী পুবকপা টুপীদি মণিপুবদা মবাং কাইনা ফংই অমসুং শিজিন্নৈ। ❑



## গ্লোস্যারী

| | | |
|---|---|---|
| পর্দা | উর্দু ৱাহৈনি | মাযখুম, যুখল |
| হিজাব | অববিক ৱাহৈনি | |

মেহমান - অতোপ্পা মফমদগী থুংলবা মী
তিলাৱৎ - পাবা
ৱজু তোযনা হাংদোকপা হকচাংগী শরুকশিং চামথোকপা
সলাম - হবাও তযাম্বা ৱাহৈনা বব পীবা
মুসাফা খুৎ শোক্লবা, পাযনবা
অজান - নমাজ শোন্নবা মী কৌবা
সলৱাব খ্বাং লাউবা, মবী-না শুপচিনবা খোঙগ্রাউ
কমিজ - ফুর্বিৎ
পাইজমা - জোম জোম লাউবা খোঙগ্রাউ
গুসল খানা - ইরুজফম
পাইখানা - খোঙ হাম্ফম
পেসাবখান যুং হানফম
বদনা ঈশিং হৈদোক-হৈজিন যাবা মচিন পানবা পাত্র
হলাল অল্লাহগী মাযকৈদগী শিজিন্নবা যাবগী যাথং
হবাম অল্লাহগী মাযকৈদগী শিজিন্নবা যাদে হাযবা যাথং
জবহ - লেনবা
ইসটিনজা যুং অমসুং থি শেংদোকপা
গুনাহ পাপ


**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং**

১। **Indian Muslim Festivals & customs (1988)**
by - Dr Majda Asad
২। **Dictionary of Islam (2003)**
by - T P Hughes
৩। **General Muslim Customs & Tradition (Artical) 4.6.2009**
by- Moiz Amjad
৪। **ইসলাম, (১৯৯৭)**
অইবা মুহম্মদ অব্দুব বহমান
৫। **অখিবতকী লম্বীদা (অহানবা শকক) ১৯৯৮**
অইবা এম এম. বহমান

# মণিপুরী মুসলিমগী হরাও-কুম্মৈশিং

জাতি ফুকপ খুদিংমক্তা মাগী মাগী মপা মপুনা তৌবম্বা, চৎলম্বা নিয়মনিতী কাযদনা চৎলি, পাঙথোকই। মৈতৈ পাঙলগী মপা মপু মুসলমান ওইবা জাতিনি। খৃঃ ১৬০৬ কী মতুংদা লার্কখিবা মুসলিমশিং অদুনা লমদম অসিগী নিংথৌগী অযাবা যাওনা মৈতৈ নুপী লৌদুনা যুম পান্নববা মতুংদা ওইবকখিবা ফুকুপ জাতিনি। মণিপুবী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) গী নাট, কলা সংস্কৃতিদা মৈতৈগী ঈথিল চাউনা লৈ। পাঙলনা ঙাংলিবা লোল মৈতৈদগী লৌবকপনি। লুহোংবগী নিযম, ফিজেৎ-লৈতেং যানশিল্লবা কলচবনি। মসি লৈক-লৈকুবা মফম, লমদম অদুগী লৈমিন্নবিবা ফুকুপ অচৌবশিংগী ঈথিল চঙবদগীনি। অবব লৈবাকশিংদদি মশাগী নাট, সংস্কৃতি কাযদনা যানশিন্নদনা চৎলি। মণিপুব অমসুং মসিগা থংননা লৈবিবা মফমশিংদা খুন্দাদুনা লৈবিবা মুসলিমশিংদি মখোযনা লৈকুবা মফম অদুগী লীচৎ-নাট, ফিজেৎ-চাকচা অসিনচিংবা কযা লৌশিল্লি।

মুসলিমগী হবাও-কুম্মৈ, উৎসব পূম্নমক হিজবী কেলণ্ডবগী মতুং ইন্না চৎনৈ। জাতি অসিগী চহী পার্বসি মুহম্মদ (স্ব) পোকপদগী ওইদে, মহাক্না মক্কা থাদোক্লুনা মদিনাদা চৎপা হৌবা খোঙচৎ অদুদগী মশিং থিবা হৌই (এ. দি. ৬২২ = এ.ঐচ.১)। থা অমা শাবদা নুমিৎ ২৯ নিনা ওইবা নৎত্রগা ৩০ নিনা শাবসু যাওই। মক ওইনা মুসলিমনা চৎনবিবা চহী পাবগী মওং অসি থাগী খোঙচৎতা ওইনা পায, নুমিৎকী খোঙচৎতা ওইদে। অদুনা চহী অমসি থা ১২না শাই। নুমিৎ মশিংদা পাবগা নুমিৎ ৩৫৪ না চহী অমা ওই। অনৌবা চহী হৌবাস মুহবরম থাগী অহানবা থা উবা/পানবা নুমিৎ, পূংফম অদুদগী হৌই। ১২ শুবা থানা জিলহজ্জ থানি। চহী অমদা পাঙথোক্কদবা ধৰ্ম্মগী থৌবমশিং লৌ, ইস্লোল শুবগী মতম তোঙান-তোঙান খাযদোক্লুনা থম্মী। চহী অমদা মুসলিম অমনা তৌগদবা থবক থৌবমশিং মখাদা পীবিবা অসিদগী খঙবা ঙমগনি।

## ইসলামিক কেলণ্ডর

| থা মমিংশিং | মক ওইবা কুম্মৈ/নীংশিং থৌরমশিং |
|---|---|
| ১। মুহবরম | ১। শিআ মুসলিমশিংনা ইমাম হুসেননা কববলাগী লান্দা ব্রানা লৈখিদবদু নীংশিংদুনা তাং ১ দগী ১০ ফাওবা পাঙথোকপা, |

| | |
|---|---|
| | ২। তাজিয়া পুবগী খোঙচৎ (থৌবম অসিসু শিআশিংনা পাঙথোকই) |
| | ৩। য়ৌম-ই-অশুরা, মুহররম থা অসিগী তরানি পানবা নুমিৎ। নুমিৎসিদা লাইনিং লাইশোনগী থৌরম পাঙথোকই। |
| ২। সফর | X |
| ৩। রবিউল অব্বল | ১। মিলাদুন নবী অমসুং বারহ্ ৱফাট [হজরত মুহম্মদ (স্ব)বু নীংশিংদুনা তাং ১২ দা পাঙথোকপা] |
| ৪। রবিউস সানি | X |
| ৫। জমাদিউল অব্বল | X |
| ৬। জমাদিউল আখির | X |
| ৭। রজব | ১। লৈলতুল মেঅরাজ [মুহম্মদ (স্ব) না তাং তাং ২৬-২৭গী অহিংদা মেঅবাজ চৎপা] |
| ৮। শা'বান | ১। শবে-বরাত (তাং ১৪-১৫ গী লোন্নবা অহিং) |
| ৯। রমজান | ১। চরা হেনবা থা |
| | ২। তাং ২৬-২৭ লৈলতুল কদরগী অহিং |
| | ৩। জুমা'তুল ৱিদা (থা অসিগী অরোইবা ইবাই) |
| ১০। শৌৱাল | ১। ইদুল ফিটর |
| ১১। জিলকঅদ | X |
| ১২। জিলহজ্জ | ১। হজ্জ, তাং ৮-১৩ ফাওবা চহীগী পাঙথোকপা |
| | ২। ইদুল অজহা, তাং ১০-১২ ফাওবা |
| | ৩। কুরবানী তাং ১০-১২ ফাওবা |

মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) শিংগী মক ওইবা হবাও কুম্মৈ খরা মখাদা শন্নপ্পা পীজরি।

## ইদুল ফিটর-

ইদুল ফিটব অরবিক কেলণ্ডর (হিজরী) গী মাপল(৯) শুবা রমজান থা মপূম অমা মতম কক্লা চাবা থকপা লেপ্লবা মতুং সৱাল থাগী অহানবা তারিখতা পাঙথোকই। ৱাহৈ অসিমক অরবিক লোলনি। 'ইদ' কী অর্থ ''হন্না-হন্না লাকপা হরাওবা'' হায়বনি অদুগা 'ফিটর'গী অর্থনা ''চরা লেল্লুবদু তোকপা, চাবা থকপা য়াবা'' হায়বনি।

মণিপুরী মুসলিমশিংনা নোংঙানগদবা পূংখায়মুক ৱাৎলিঙৈদগী চাবা থকপা লেপ্তুনা মপূ নীংজবগী থবক তৌই। নুমিৎ তাবা মতমদা চাবা য়াবগী পূংফম য়ৌরকপদা অথুম-

অহাওনা মরু ওইনা যাওবা পোৎলমশিং-হাযবদি খজুর (খুরমা), লফোই, সেরৈ, পুলাউ অসিনচিংবা চাই। মসিবু অররিক লোলদা 'ইফটার' তৌবা হায়না খঙনৈ। চাউবাক্লা চাবা থকপগী মতমসি মিনিট ৫ মুক চঙই। মতুংদা নুমিৎ তারকপগী লাই খুরুম্বা (মগরিব নমাজ) পাঙথোকই। অসুম্না থা অমা চুপ্পা চবা হেল্লবা মতুংদা ইদকী মতম অসি লাকই। ইদকীদমক অনৌবা থা যেংবা চৎনৈ। রমজান থা মপুং ফাখ্রবা মতুং শৌৱাল থা হৌবকপগী অহানবা থা উব্রা হায়না অঙাং অহল খাক্তনা সন্ধ্যা মতমদা যেংই।



ইদকী নমাজ পাঙথোকপা

অহানবা পানবা থা উবদা অঙাংশিংনা হবাও-মথোই কানা "থা উবে" হায়না লাউদুনা মীয়ামদা খঙহল্লি। নোংঙাল্লগা ইদ ওইবনি হায়বগী হবাও-নুংঙাইবা পোকচৈ।

ইদুল ফিটর অসি রমজান থা অসিগা লাপথোক্লবা অমসুং থাদোক্লবা যাদবা চাউববা মরী অমা লৈ। মসিনা থা অমা চবা হেল্লকপগী অবোইবা পুংফম খঙহল্লি। ইদুল ফিটর অসি ইতোপ-তোপ্পা মখল অমগী হবাও-কুম্মৈনি। মসিগা ইতিহাসকী থৌদোক-ৱাথোক্না নৎত্রগা মতম মতমগী ওল্লক্লিবা ঋতু খোঙচৎকা অমত্তা মান্নদে, মরি লৈনদে। মসিগী থোইদোক-হেন্দোকপা নুংগী ওইবা ঈচেল অদুদি মীওইবগী অত্মাগা নক্লবা ওই। অল্লাহগী অপাম্বা, মহাক্কী শক্তি, চাকহেনবা হৌবা, মুসলিমশিংদা পীবা যাথং রমজান থা অসিদা ওইখি। অদুনা মুসলিম জগৎতা নুমিৎ অসি হবাওবা অমসুং নুংঙাইবগী খমখেংবা হাযবদু ওই। হবাওবিবগী মরমদি রমজান থাগী চবা হেনবা লোইবে, অমুক হল্লক্লবোই হাযবগী হবাওবা নত্তে। থা অমা মপুং ফানা অশোয-অঙাম য়াওদনা চবা হেনবা লোইখি অদুগা মথংদসু অসুম্না কাযদনা মায পাক্লা লোইশিনগনি হাযবগী নুংঙাইবদুনি।



ইদ অসি নুমিৎ হুম্নি ফাওবগী মনুংদা পাঙথোকপা যাই। কবিগুম্বা মবম অমদগী থা উবা ফংদ্রবা, ঈ-পাউ ফাউনবা ঙমদ্রবা, ফিভম অসিদা লম লম অদুগী ধর্ম্মগী মকোক চিংবশিংনা লেপ্পা য়াই। মকুপ-মপাংশিং, ইমুং-মনুংশিং পূন্না নমাজ শোনর্মিন্নে। লৈত-লাইববশিংদা পোৎ ওইনা নৎত্রগা শেল ওইনা পীথোকই। রমজান থা অসিদা অল্লাহ্‌গী মগুণ শক-শোনবা, খঙনবা হোৎনবনা মরু ওই। ইদ নুমিৎতা মযাম পন্না মপূ নীংজবগী (নমাজ শোনবগী) থবক তৌবা অসিনা পৃথিবীদা লৈবিবা মীওইবা জাতিগী মবক্তা অপূনবগী শক্তম শাগৎপদা চাউনা মতেং পাংই। ইদকী নোংমা মমাঙগী নুমিদাংদা যুমথোং খুদিংদা অচা-অথক, অথুম-অহাও, তল, সেৱৈনচিংবা শেম্মী।

ইদ নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা ঈরুজবা সুন্নটনি। মসি অহাঙবা মফমদা ঈরুজবগী মহুত্তা খবা মকম থুপ্পা মফমদা লুজগদবনি। ইদ নমাজগী মাঙওইননা খজুব (দাত পাম), সেবৈ শেমদুনা চাবা চৎনৈ। মশা মশাগী লৈজবা অহনবা ফিবোল শেৎ-চাদুনা ইদ নমাজ শোন্নবা মীপুম খুদিংমক মযুম মযুমদগী থোক্লবকই। নমাজগী মতমদি চাউবাক্তা অয়ুক পূং ৮.৩০ দগী ১১ ফাওবগী মনুংদা ওইগল্লি। নমাজগী পূংফম অসি ধর্ম্মগী লুচিংবশিংনা লেপ্পী।

ইদকী নমাজ অযাম্বা মতমদা মসজিদতা শোনবগী মহুত্তা ইদগাহ (ইদকী নমাজ শোন্নবগীদমক খাক্তুনা থম্লবা অহাঙবা মফম) দা পাঙথোক্লে। ইদগাহ্‌গী খুদোংচাবা মফম লৈতবশিংদদি মসজিদতা পাঙথোকই। ইদকী নমাজ শোনদ্রিঙৈ মমাঙদা ইমাম (লমজিংবা)দুনা ইদকী মবমদা ৱা ঙাংবা তিল্লিবা মীযাম্না মুন্না তাই। নমাজ শোনবা লোইবকপদা ইমাম্না খুতবা (সেবমোন ) পাদুনা তাহল্লি। মসি লোইবগা অপূনবর্গী ওইনা দুআ (হাযজ-নিজবা) তৌই। দুআ লোইবগা শকখঙবা খঙদবা থিদনা অমগা অমগা খূৎ শোক্লে, কোন্নে, হবাওবা ফোঙদোকই। পূক্লিংদা নুংঙাইতবা লৈবা কয়া কোকথোক্লে।

ইদ নমাজ শোনদ্রিঙৈ মমাঙদা পীথোক্কদবা সদকা-উল-ফিটব" হাযবা অমা লৈ। মসি খুদক খুদক্কী থিদুনা চাবা লাযববা মীওইশিংদা শেল-থুম বাত্তবা ইনাকখুনবা মীওইশিংনা পীবা, লাযববশিং অদুগী অচা-অথক লাঙবা ঙমজনবা তঙাইফদবা থৌদাংনি। হজরত মুহম্মদ (স্ব) না লাযববশিংগী যেংদুনা শেম্লম্বা নিযর্মনি। লাযববশিং

অসিগী খুদোং চাবক্তবা মতমদা শিজিন্নবা পোৎ চৈ খবসু লৈশিন্দুনা থম্লম্মী। পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিম খুদিংমক লাযববা, ইনাকখুনবা খাযদনা চপ মান্ননা নুংঙাইমিন্নবা, হবাও-মিন্নবদুনি ইসলামগী পান্দম।

ইদকী নমাজ লোইববা মতুংদা লৈখিদ্রবা মীওইশিং-হাযবদি মমা, মপা, মচিন-মনাও, মবী মতাগাদমক মাগী মাগী নক্লবা মীওইশিংনা মোংফম (কবর) দা চৎতুনা কবর জিযাবত তৌই। লৈখিদ্রবশিংগীদমক মপৃদা হাযজ নিজবগী থবক তৌই।

মক ওইনা মপ্ নীংজবগী থবক লোইবগা হন্দোবকপদা লৈকাইগী মবী-মতাদা, মকপ মপাংশিংগী যুমদা হবাওবা ফোঙদোকপা ওইনা চঙই। মখোযনা শেম্বা চাক যেঞ্জাং, অথুম অহাও পুথোক্লুনা চামিন্নে। যুমলোন্নবশিংদা ইদকীদমক শেম্বা অথুম অহাও, চাক যেঞ্জাং মখল মথেল লান্নদুনা চামিন্নে, মদুনা নুংশিনবগী মবী অদু হেঙ্গৎহল্লি। অঙাংশিংনা লৈবক খুল্লক্তা কোইচেন-চেন্দুনা মকপ-মপাংশিংগা হবাওনা শান্নজবা, যুম যুমদা চঙদুনা মখোযসু চাবা থকপা যাওবা অসিনা পৃক্লিংদা মথূম মবাং হৌর্হল্লি। ইদ নুমিৎ তা মবী মতা, মচিন-মনাও অমসুং মকপ মপাংশিং উনহৌদ্রবা চঙনহৌদ্রবদি যাম্না ৱাবৌনে। শাগে জাৎ তিন্নদবা মকপ মপাংশিং বার্তন তৌদুনা ইদগী চান থক্লবা লাংবা পোৎলমশিং হাযবদি পুলাও, সেবৈ, ক্ষীব, খজুব অসিনচিংবা অবৈবা পীজ পীথক তৌই।

নুংথিলগা মতমদা যুম পানখ্রবী নিঙোলশিংনা মাগী মাগী লৈজবা ফিবোল শেৎ ইল্লগা অথুম অহাও পুদুনা মপামদা লাকই। মপা মমাগী, মচিন-মনাওগীদমক খুদোল পোৎ পুবকপসু যাওই। নুমিৎ ৫/১০ নি মপামদা লৈদ্না অবৈবা চামিন্নে। নুপীনা মপামদা নুমিৎ খবান লৈববদা মদু ফত্তনা লৌনদে। মমা মপা মচিন মনাও অমসুং যুম পানখ্রবী নিঙোলশিংগা লৈনবা মবী অদু মসিনা ওইহল্লি। অসুম্না নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ইদকী হবাও নুংঙাইবা ফোঙদোকপদা মণিপুবী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল)শিংনা ঙাইহাক্তা পোথদে। অসুম্না থৌবম অসি লোইশিল্লি।

## ইদুজ্জুহা -

পৃথিবীদা লৈবিবা মুসিলমশিং (সুন্নি, শিআ অতৈ কাংলূপশিং) না চহী অমদা হবাও-কুম্মৈ অনী পাঙথোকই। অহানবগী অদুনা পাঙলশিং 'চাকহেন থা' (বোজা থা) হাযবগা খঙনবা মদু লোইবগা পাঙথোকপা থৌবম্বু 'ইদুল-ফিটব'' কৌই। অদুগা অনীশুবা অসিনা উর্দু লোনবা কাংবুনা 'বকবা ইদ'' হাযবগসু খঙনবা 'ইদুজ্জুহা' নি।

ইদুজ্জুহা অসি ইসলামিক কেলণ্ডবগী ১২ শুবা অবোইবা থা জিলহজ্জগী তবানি পানবা/শুবদা পাঙথোকই। কুম্মৈ অসিবু অফগানিস্থান অমসুং ইবান্দা ''এইদে

গোববান", চাইনাদা "গুইবাং জি নৎত্রগা জৈশেং জি" মালয়সিয়া অমসুং ইন্দোনেসিয়াদা "হরি রায়া কোববান", বোসানিয়া অমসুং ক্রোসিয়াদা "কুববান বজরম", টুর্কিদা "কুববান বাইবামি" হায়না খঙনৈ। য়ুরোপকী লমশিংদা ইদ-উল অজহাবু লোলগী মতুং ইন্না ইংলিস কাংবুনা 'ফেসটিবেল ওফ সক্রিফাইস', জর্মন লোলদা "ওপফেবফেস(opferfest)" দর্চ লোলদা ওফবফীস (offerfeest) অসিনচিংবা হায়বগা খঙনবা ফয়া লৈখ্রে। লোল তোঙান - তোঙান লৈজববসু থৌবমদি মান্নে অদুগা চৎনবাদি মফম মওমগী মতুং ইন্না খবা খেন্নবা লৈ।

মমাঙদসু পনখ্রে 'ইদ' হায়বগী অর্থনা 'হন্না হন্না লাকপা হবাওবা' অদুগা 'অজাহা'গী অর্থনা 'কথোকপা' হায়বনি। নামিৎ অসিদা মান-মানা ঙমজবা হমেং, যাও, উট, ষন নচিংবা মপগী মিংদা কথোকই। কথোকপগা মরী লৈনবা মবন্না নুমিৎ অসিবু ইদ এ কুববান হায়নসু খঙনৈ। অবব লৈবাক্তা 'যৌমুন নহব' হায়না কৌই। 'যৌম' হায়বদি



নুমিৎ অদুগা 'নহব' হায়বনা ঈ লৌথোকপনু খঙনৈ। কথোকপা হানবাসগী মবমদা চাউনবা বারী অমা লোল। মদ [illegible] পীজাব।

মদগী চাউবাক্তা চহী [illegible]লিশ, মানবোমগী মমাঙদা মক্কা তম্পাক (হৌজিক্কা সৌদি অরাবিয়াগী মনুংদা লৈবা) হাসমা চাদবা, নুং লৈচোইনা ঙম্না লৈবা অহাঙবা মফম অমা ওইবম্মা। মাস প্রোফেৎ ইব্রাহিম [বাইবলনা অব্রাহাম ২২৫০ ২০০০ বি. সি.] অমসুং মচানুপা ইসমাইল অনাবু চেংবানবা মপ অল্লাহনা চাংযেং তৌখিবা মফমান। ইব্রাহিমদা অল্লাহনা মহাক্কী নুপী হাজবা অমসুং মচানুপা ইসমাইল পুদনা কেনান লমদগী অরবিয়াদা চৎননবা যাথং পীবম্মা। অমসুং চৎলম্মী। ইব্রাহিম্না কেনান লৈবা ক্তা হন্ননবা থৌবাং তৌবকপদা হজিবানা মঙ্গান্দা (ইব্রাহিমদা) হংলম্মী। অল্লাহনা ঐখোযবু মফমসিদা থাদোক্লম্মু হায়না যাথং পীবকপ্রা নৎত্রগা নহাক্না ঐখোযবু শিখ্রসনু খন্না থাদোক্লিব্রা ? ইব্রাহিম কোইলৈ লৈদুনা মহাক্কী নুপীদা যেংলম্মী। মহাক মথবায যাম্না নুংঙাইবমদে। মদুনা মবম ওইবগা বাসু ঙাওলমদে। মতিযাদা মখুৎনা থিল্লদুনা মাস অল্লাহগী যাথং অদুনা তৌ হায়বগী তৌবান। "অদু ওইববাদ অল্লাহনা ঐখোযবু মাঙহনবাদ তৌববোই, নহাক চৎলো।" ইসমাইল মমা মচাগী চানবা অমসুং ঈশিং মবাং কাইনা থল্লমলগা মহাক চৎখিবম্মী। অদুবু নুমিৎ

খবগী মনুংদা চানবা চিঞ্জাক লোইখিদুনা মমা মচা চানিঙাই লৈতনা অৱাবা মাযোক্লবা হৌবকখি।

হজিবানা অল-সফা অমসুং অল মবৱা চীং অনীগী মবক্তা হন্দোক হঞ্জিন তবেৎলক চেন্দুনা ঈশিং থিবল্মী। মমৈদা চোকথদুনা মচানুপা ইসমাইলগী মনাক্তা তুথবল্মী অমসুং অবাবদু কোকপীনবা অল্লাহদা নিজবর্মী। অঙকপা অমা ওইনা অঙাং অদুনা অবাম খৌবাংবা খাঙবা ওইনা কপ্প-কপ্পা মখোঙ খোঙনিংনা লৈবাক্তা তকপদা ঈশিং থোক্লকলল্মী। ঈশিং চেত্থোক্লকপদু উবদা হজিবা অৱা নুংঙাই যান্নরা 'জম জম' হাযবল্মী। জম জম হাযবদি 'লেপ্প' হাযবনি। মবর্মদি তাংনা ফংবা ঈশিংনি যাম্মা লিক্লা শিজিন্ননিংবদগীনি। অতোপ্পা থাজনবা অমনা হজরত জিব্রীল (এ.স.) না লৈবাক্তা যৈবদগী ঈফুৎ থোক্লকপনি। অমবু ওইবো অমবু ওইবো হাযবিবা জম জম গুহা অসি ৬সিসু লেংদনা সৌদি অর্বাবিযাদা লৈবিবা অসিনি। মসিনা ইসমাইল মমা মচাগী শিজিন্নানিংবা মওংদা শিজিন্নবা ঙম্লল্মী। অমবোমদা লম চৎপা কাংবুদা থক্লবা ঈশিং পীবা ঙম্লল্মী।

চহী কযাগী মতুংদা অল্লাহগী যাথং অমনা হজরত ইব্রাহিম কেনান লৈবাক্কগী হজিবাগী গুহা (জমজম গুহা) মনাক্তা মপূ নীংজনবগী মফম অমা শেমগৎলু হাযনা তাক্লল্মী। ইব্রাহিম অমসুং ইসমাইল অনীনা নং, শুনু, লৈঙোই অমসুং ঈশিং যার্নশিন্দুনা তোৎলগা অল্লাহগী যুম হাযবগা খঙর্নাবিবা 'কা'বা সবিফ' অসি শাবল্মী। মসিদা মপূ থাজবা, ঈমান লৈবা পূম্নমক্না পূন্না নমাজ শোনবা যানবা শেম্লল্মী। চহী কযা হৌখ্রবা মতুংদা ইসমাইলসু নবুবত (প্রোফেট হুদ) ফংলল্মী অমসুং লৈঙোই লম অদুদা লৈবিবা মীওইশিংদা অল্লাহগী মপাউ শন্দোক্লল্মী। চহী চা কযাগী তুংদা মক্কা অসি সহব অমা ওইবক্লে। লল্লোন ঈতিক্কী চাউববা মফম অমা ওইবক্লল্মী। মাস জমজম ঈশিং মবাং কাযনা ফংবনা মী পুনবা হেল্লকপনি।

ইব্রাহিমগী পুন্সিদা খ্বাইদগী চাউবা অল্লাহনা যেংবা চাংযেং অর্মদি মহাক্কী অমত্তা ঙাইবিবা মচা ইসমাইলবু অল্লাহগী অপান্বদা কত্থোকউ হাযবর্সিন। থবক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা শৈতাননা অথিংবা, অযেৎপা কযা পীবল্মী। মমাদা, ইসমাইলদা শৈতাননা যাদনবা চীবোন তৌবল্মী। ইসমাইলবু কুববানী তৌনবা পুবা মতমদা শৈতান্না অথিংবা পীবল্মী। মদুদা ইব্রাহিমনা নুং মচা খবা খুল্লগা লং লংদুনা শৈতানশিংদু তাম্থোক্লল্মী। মতম অদুদা তৌখিবা থবক অদু ঙসিসু অকক্লবা মফম অমদা হজ্জ চৎপাশংনা 'কঙ্কব হুনবা' হাযনা শৈতান তানবগী মওং অদু নুং মচা মচাশিং খুল্লগা হুল্লি।

ইসমাইলনা চহী ১৩ শুবকপা অদুগা ইব্রাহিমনা চহী ৯৯ শুববা মতমদা ইব্রাহিমগী মমংদা মহাক্কী নুংশিববা মচানুপা ইসমাইলবু কুববানী তৌ হাযনা মংলল্মী। ইব্রাহিম

বাফম অসি মচাদা তাকথোক্কনা হেক্তা পাওথোকপা ঙম্লম্মী। অদুবু থবক অসি মচানুপানা যানিংব্রা নৎত্রগা যানিংদব্রা হাযবদু খঙনিংদুনা হংলম্মী। মচা নুপাসু, মমাসু অল্লাহগা অপাম্বদা চৎনিংবনা কুববানী তৌবদু যাবম্মা। মাসগীদমক থৌবি অমসুং থাং পুদুনা মযুমদগী মপাল থোক্লম্মী।

ইব্রাহিমনা মচানুপা ইসমাইলবু লৈবা ক্তা হিপহল্লগা অল্লাহগী অপাম্বগী মতুং ইন্না ইসমাইলগী মঙক্তা থাঙ থাবম্মী। ইব্রাহিমগী পুকচেল শেংবা, মহাক্কা মকএবা বাখল অদু অল্লাহনা উবিদুনা ইসমাইলগী মঙক্তা মখা অমুক থাং থাদনবা মদুগী মহুত্তা দুম্বা (ram) না মহুৎ শিলহন্দুনা কথোকপদু মপ্যং ফাখি। কথোকপগী মহৈ ফংলবা মতুংদা অল্লাহনা পেনবিদুনা মহাক্কী অনীশুবা মচা ইসহক ফংজখি।

নমাজ শোনবা (মপূ নীংজবগী থবক তৌবা) মতমদদি ইদুল ফিটবদা তৌবগুম্না ইদুজ্জুহাদসু ইমান মান্নে। ইদ অমা পাঙথোকপদা তৌগদবা মযাম অমা লৈনশিংদু গাযবদি ইকজবা, ব্রজু তৌবা, ইদগীদমক অহনবা ফিবোল শেৎপা অসিনচিংবা কাযদনা তৌই। নুমিৎ অসিদা পাওথোক্লিবসি থৌবম অনীনি। অহানবগা শরুক অসিনা ধম্মগী ওইবা থৌবমনি। অথুম -অহাও খবা চাবগা মসজিদ নৎএগা ইদগাহদা নমাজ শোনবা চৎপা, নমাজ লোইবগা কবব জিযাবট তৌবা, মকপ মপাংশিং, মবী মতশিং উনদুনা চামিন থরকমিন্নবা অসিনি।

ইদকী নমাজ লোইবগা কুববানী তৌই। অদুদে হজরত ইব্রাহিমনা মচানুপা ইসমাইল অল্লাহদা কথোকপগা থৌবম অদু নীংশিংদুনা পাওথোকপা থৌবমনি। ইদ নুমিৎ অসিদা কববানী তৌবা ঙমদ্রবসু মথং নুমিৎ নীনিগী মনুদা তৌবা যাই। কুববানা তৌগদবা শা অদু শাব অৎনা যাবা ওইগদবনি। মদু হমেং, যাও, মন অসিনচিংবা ওইবা যাই। অদুবু মক ওইবা অমাদ যাও ওইববদি যামদ্রবদা থা ৬ শুনবা ওইগদবান। হমেং ওইবগনা চহী অমদগী তাদবা ওইগদবনি লোযননা মন ওইবগা চহী অনাদগী তাদবা শা ওইগদবনি। শাশিং অদু নামা শেমবা ওইবোইদবান, হবাল্লকপা, নম্ফুদা লৌবকপা, শোৎলগা পুবকপা ওইবোইদবনি।

অনাশুবা নংশিলগী থৌবম অদুদি মমা ওগা ইদুল ফিটবদা তৌবগুম্না লেজ লৈজবা শেৎ চাদুনা নুপাশিং,অঙাংশিং মপাম চৎপা, হবাওবা কোম্দোকপা, কনিসু খেন্নবা লৈতে। ইমান মান্নে।

## অতৈ থৌবমশিং

**মুহররম** -

মুহররম হাযবসি ইসলামিক কেলণ্ডবগী অহানবা থানি। মুহররমগী অহানবা তাবিখতা ইসলামিক কেলণ্ডব থোকখি হাযনা মুসলিমশিংনা থাজৈ। ইসলামিক

অদুবু যানবা অমা পুবক্তুনা লানদি তৌনখিদে। মুৱাৱিযানা সাইবিযা ঙাক শেনবা অদুগা নোংপোক থংবা শকুক অসিনা অলীনা ঙাকশেনবা হাযনা যানবম্মী। খৃঃ ৬৬১ দা ইবাককী যুফ্রেট কাংবুনা হজরত অলী কুফাদা হাৎখি। মচানুপা হাসনবু ইমাম ওইনা হার্পাখি। মদুসু মুৱাৱিযনা য়াবমদে। অসুম্না অমুক্কসু লান থোকপা যাবগী ফিভম লাকখি। লান পামদবা ইমান হাসননা মুৱাৱিযাগা সন্ধি তৌনবম্মী। সন্ধি অদুগী মতুং ইন্না মুৱাৱিযানা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী লৈবাক অসিগী লুচিংবা (কলাব) ইমাম হাসননা ওইবা অসিনি। থা তকক্কী মতুংদা ইমাম হাসন মহাক্কী নুপীনা হু পীথক্তুনা হাৎখ্রে। মদু মুৱাবিযা নৎত্রগা মহাক্কী মচানুপা যজিদগী খুজিল থৌবাংদগী ওইবা যাই হাযনা থাজনৈ।

খৃঃ ৬৭৯ দা যানবদুগী মতুং ইন্না ইমাম হুসৈনদা শাসন শিন্নগদবনি। অদুম ওইনমক মহাক্কী প্রজা খবখক্কী ৱা লৌবগা মহাক্কী মচানুপা যজিদপু মুৱাৱিযানা নিংথৌ হাপ্লম্মী। ইসলামগী চৎনবী নিযমদদি মীযামগী অযাবা অমা ওইনবা মীখল তৌবগা খনগদবনি। মদু তৌদনা হাপ্লম্বনি। যজিদনা শক্তি পূম্নমক পাযশিনখিবনা মহাকপু কনানসু নিংথৌ ওইবা যাবোই হাযনা থিংবা ঙম্লমদে।

নিযম চুম্দবা যাজিদপু লৌথোক্লবা কুফাগী প্রজাশিংনা ইমাম হুসৈনদা পাউ থাবম্মী। পাউ অসি অচূম্বা হাযবদু খঙদোক্লবা হুসৈননা মহাক্কী মখুডানা পোকপা মুসলিম বিন অকিল কুফাদা থাবম্মী। কুফাগী প্রজা ১৮,০০০ না হুসৈনবু যাই হাযবা খঙলম্মী। অদুনা মহাকপু কুফাদা শোযদনা লাক্লবা খঙহল্লক্লম্মী।

কুফাদা লৈবা মীওইশিংনা মহাক (যজিদ)পু যাদবা হেনঙৎলক্লে হাযবসি যজিদ মশানা খঙজবম্মী। মসিগীদমক অব্দুল্লাহ বিন জৈদপু কুফাদা থাবম্মী। মফম অদুদা লৈবা মীওইশিং ওৎ নৈবা হৌবম্মী। মহাক্না মসিমসু লাউথোক্লম্মী, মর্দুদি যজিদপু যাবা কাংবুদা মনা মথুম চাডনা পীগনি অদুগা মহাকপু যাদবা কাংবুদদি অৱাবা তাগনি, ফার্সি তৌদুনা হাৎকনি। মী লিশিং ১৮ লৈবদা শুপ্নগী মীওই ৩০ না ইমাম হুসৈনবু যাবম্মী। অতেদি কিবদগা নৎত্রগা ওইজবা থিবদগী যজিদকী মীচংদা লৈবম্মী। মুসলিমশিং হাৎপা হৌবম্মী। মদুগী পাউ ইমাম হুসৈনদা তম্মুনবা মী থাবম্মী। ইমাম হুসৈনবু যাবা মখোয ৩০ অদুসু মখোযনা ফাজিনখিবম্মী।

কুফাদা কবি তৌবি, কবি ওইখ্রে হাযবদু শুকখঙ খঙদনা ইমাম হুসৈন কুফাগীদমক খোঙশানবা হৌবম্মী। মহাকপু যাবা মীওই খবর্নদি ফিভম অদু খঙবনিনা কুযা চৎতনবা খাম্লম্মী। অদুবু হুসৈননা যাবমদে, মীযামগী বা তাবমদে। কবভান (শগোল গার্ডা) অদুগী লুচিংবা মহাক্না ওইবম্মী। মহাক্না লোযনদুনা চৎলিবশিংদা ইমাম হুসৈননা হাযবম্মী মদুদি কুফাগী প্রজাশিং মশা মশানা ৱাবেপ লৌজদুনা, নিংহন্নবা তৌদ্রবনি। ফিভম অসি যাম্না লুববনি। কনাগুম্বা লৈহৌবগে চৎলবোই হাযনা খল্লবসু হনখিবা

যার্গান। মহাক্কী বাফম অসিদা মহাক্কা লোযনবা অযাম্বা হল্লগা চৎখিবম্মী। মক্কা থাদোক্লগা কুফাদা লাকখ্রে হাযবসি কুফাগী গভর্ণবনা পাউ ফংলম্মী।

ঐতিহাসিক ওইববা অচূম্বা অমসুং অবানবা অনীগী লানফম অসি কববলা (ইবাক্তা লৈবা লম) গী লম্পাক্তা মুহববম থাগী হুমনিশুবা নুমিত্তা শোক্লবা হৌখি। মুববিযানা লৈখিদ্রবা মতুংদা যজিদনা দমষ্কসকী সিংহাসন্দা মুসলিমশিংগী মিংথোল "খলিফা" হাযবদু খৃৎলাইগী মতেংনা ওইবম্মী। ইসলামগী ফজববা চৎনবী নিযম থুগাইদুনা যাম্না শাথিবা হিংচা যাইতম্বা অমা ওইবম্মী। অশেংবা রাযেল, অচূম্বা তৌবা হাযবদু মহাক্কী মতমদা রাৎলম্মী। মহাক্কা খলিফা ওইবদু ইমাম হুসৈননা যাবমদে মবমদি মহাক্কা খলিফা ওইদুনা লৈবগদি ইসলামগী ফজবা লীচৎ, অচূম্বা বিচাব পূম্নমক মপাঙ্গল শোন্থহল্লে। যজিদগী লৈঙাক্লোন্দা মহাকসু যাওশিনবা পাল্লমদে। অদুনা শগোল তোংবা ৩২ অমসুং খোংমী লাম্মী ৪০ পন্না মীওই ৭২ কববলাগী লম্পাক্তা থুংলম্মী। মফম অদু লৈঙোই পুংনা থন্না লৈবা তুবেল, মকদ্যান অমসুং উ বা হৌদবা মফম ওইনম্মী।

অশাবা নুংশিৎনা হুন্নকপদা মৈ হৌনা শাববা লৈঙোই মাযকৈ খুদিং শিন পুংনা শন্দোক্লম্মী। মদু অকিবা ফংনা শাথিবা অমা ওইবম্মী। কববলাদা লৈবা মী ওইশিং অদু নুমিৎ হুম্নি ফাওবা ঈশিং থক্তনা অমসুং ফংদনা মতম লেল্লম্মী। লৈতোন, খনা ও অমসু, চীনবান পুমকং কংলম্মী। যক্রেট তুবেল অদ মখোযনা লৈবিবা মফম অদুদগী পঙলাপ লাপ্লমদে। মসিগী খোযথুম্লনা ঈশিং অসি মী শা উচেক জীবা থুদিংমক্লা শিঙিন্নবম্মী। অদব হুসৈনগী কাবভান অদুদা লাক্লিবা মী ওইশিং অদু ঈশিং ফংতন্দনবা যজিদনা শগোল লাম্মী ৫০০ তবেল তোর্বান্দা ঙাক শেন্দুনা থম্লম্মী। ইমাম হুসৈনগী মবাল হাযববু যজিদনা খলিফা ওইবদু যাদে হাযবর্সিনি। কবভান অদু মখোযনা মাযকৈ মবিদা কোইশিন্দুনা থম্রম্মী। হুসৈনগী কাংবু অদু মপান থোক্তনবা কন্না হোৎনবম্মী। মখোযনা তৌবিবা তমথিববা থৌওং অর্দাদি ইমাম হুসৈনবু ওৎপা, অবাবা পীবা অমসুং যজিদনা খলিফা ওইবদু নমদুনা যাহনর্বানি। মদু যাদ্রগা লান শোক্লবা, অমাং অতা থোকতনবা অসিনি। লমচৎ নাইদবা, লমকেৎ লমহাযবা যজিদতা চঙজবগী মহুত্তা লান শোক্লদুনা পুন্সি লোমখিনা অদু পাম্লম্মী। যেক্লবশিংনা চঙাশল্লকপদু উবগা অল্লাহগী থৌজাল ফংনবা হাযজবম্মী অমসুং নিংহন্নবা তৌদনা মাযোং যানবা শেম শাবম্মী।

যাম্লবা যজিদকী লাম্মী ৬০০০ অদুগা যাম্না থৌনা ফনা লাম্থেংনবব' মতুংদা যেক্লবগী লাম্মী যাম্না হাৎলম্মী। থাংনা শোক্লনা থবক তৌবদা বাববশিং অদুসু লেপ্পা লৈতনা যেক্লবশিংগা লান শোক্লবম্মী। চাবা থকপা ফংদনা যাম্না বানা মৈশা কল্লবা লৈঙোই লমদম অদুদা লাম্থেংনবম্মী। মীওই কযা লান অসিদা অশোক অপন নংখ্রে অদুম ওইমক ইমাম হুসৈনদি হনবা লৈতনা লানফমদা লৈবম্মী। মহাক্কী মচন নুপীনা

পোকপা মচা অনী লান্দা যাওবম্মী। মখোয যেক্লবনা লানফমদা হাৎখি লোযননা ইমাম হুসৈনগী মবী-মতা , মকুপ মপাং কববলাগী লান্দা মথল্লায থাখি। হজবত অববাসনা মযাম্বগী যাথং লৌবগা তুবেন্দগী ঈশিং লৌবা চৎলম্মী। মহাক্না শাউনগী খাউশিংদা ঈশিং হাপ্পগা পুবকপদা লম্বীদা যেক্লর্বশিংনা কোইশিনখিববম্মী। মহাক যাম্না থৌনা লৈনা লান শোক্লবম্মী। উ পাম্বী অমগী মদ্ধমদা লোত্তুনা লৈবম্বা যেক্লবগী লাম্মীনা শাফু কন্না থাংনা যাল্লকপদা মহাক্কী যেৎ থংবা খুৎ কর্কখি। অঙগ্না শক্তিদা মখুৎ ওইনা থাংশাং পাযদুনা লান্থেংনবম্মী। ঈশিং খাউ অদু পুদুনা চেংনবা হোৎনৈ অদুবু মহাকসু যেক্লর্বশিং অদুনা মফম অদুদা হাৎখি।

কববান অদুদা লৈহৌবিবা মীওইশিং লৈখিদ্রর্বশিং অদুগীদমক অবাবা ফোঙদোক্লম্মী। ইমাম হুসৈননা শগোল মথক্তা যম্লগা যেক্লবশিংদা ওনশিন্দুনা মহাক লান্দে হাযর্বসি অমুক্কা হন্না হাযবম্মী। মহাক্না ঙাংবদু তাবিবক্লবদা মহাক্কী থাংশাং অদু পাযবগা যেক্লবগী মাযকৈ তম্না চেনশিল্লম্মী। ফনা হোৎনদুনসু লাম্মী ৬০০০ অদুগা কযাম কুইনা লান শোক্লবা ঙমগনি? মহাক মফম কাযমুক্তা তেম্না শোক্লম্মী। তেন অমনা মকোক্তা অদুগা অমনা মথবাক্তা পাল্লম্মী। মহাক শগোন্দগী তাবম্মী। চাউবাক্লা মদু অসব নমাজগী মতমনি। সজদা তাবনা মঙংদা মকোক্লা লৈবাক্তা তাবম্মী। যেক্লবনা মহাকপু তর্মাখনা হাৎখ। মহাক্কী মকোক অদু কল্লগা যাজদতা থাবম্মী। ইমাম হুসৈনবু হাৎখিবদু হিজবী ৬১ মুহববমগী তবানি পাননা নুমিৎতা থোর্কখ। ইমাম হুসৈনগী কববান অদু মুহববমগী অহানবা তাবিখ ংগা যেক্লবনা কোইশিন্দুনা থর্মাখর্বনি। মযাম অদুনা ব্লাখ নংখিবা অদু নীংশিংদুনা ঙসিসু অবাবা ফোঙদোক্লিবা অর্সিনি।

মুহববম হাযবগী অর্থদি থিংবা, যেৎপা হাযর্বনি। অদুবু হৌজিক্তি র্মসি অবাবা ফোঙদোকপা মঙংদা লৌনবে। বঘদাদ অসি চহী ৪০০ বোম খলিফাগী মখাদা লৈবম্মী। মতম অদুদা শিআ অমসুং সুন্নি নুংশিননা লৈবম্মী। খৃঃ ১১০৯ দগী মখোযনা (শিআশিংনা) অবাবা ফোঙদোকপগী থৌনম র্অসি পাঙথোকপা হৌখি। অহানবা হৌবকপর্দাদ মখোযনা কম্বল অমুবা শোবোক লমজাওদা যানবা, মাযাম তিননা মফমদা পুবগা চৎপা অসিনচিংবা তৌবম্মী। ইবান্দদি মসি পাক শন্না পাঙথোকই। অমযোমদা সুন্নিশিংনা র্মসি মবম চাদে হাযনা লৌই। সান্নশিংনা নুমিৎ অাস ইচম চম্বা মঙংদ থৌনম পাঙথোকই।

মুহববমগা মবী লৈনবা শিআশিংনা শিনবা খ্বাইদগী মরু ওইবা অর্থদি "তাজিআ' শাবা অসিনি। তমুবলংনা ইহান হান্না 'তাজিআ' শানবা যাথং পীবম্মী। র্মাসগী মতুংদগীদি শিআশিংগী চৎনবী (কষ্টম) ওইখ্রে। তাজিআ হাযর্বদি কপ্পা, লাউবা, অবাবা ফোঙদোকপা হাযর্বনি। তাজিআ অসি ইচম চম্না উনা শাবম্মী। র্মাসদা মচু শংবা চে,

মাইকা (গোংদাব) মচেৎ নর্পশিল্লি। কবিগুম্বা মতমদা চু পাম্মী, লশিং, খোইরুনচিংবসু শিজিন্নবগ্মা। তাজিআ শাবর্গা মওং পীকপা, চাউবা মখল যাম্না লৈ। অপিকপা মখলগী তাজিআ অদি মা মবিদগী তকক ফাওবনা থাংবা ঙম্মী। অদুগা অচৌবা মখলগী তাজিআ অদুদ মা ২০দগা ২৫ ফাওবনা থাংবা ঙম্মী।

শিআশিংনা তাজিআ পুদুনা সহবর্গা মফম খুদিং চৎলি। ইন্দিযাদসু মফম খবদা তৌই। চৎলিবা কাংবুনা যিবাল অমুবা অমসুং অশংবা পায। মখোযনা যা অলী, যা হাসন, যা হুসেন হায হায" হাযনা লাউদুনা মশাদা ফুজবা, ঈ থোকহনবা তৌই। মদুনা মখোযগী কংলোকপগী থৌনা অদু হেঙ্গৎহনবগী মওংনি। মুহবরম থা অসিদা শিআ যুমখোং খুদিংদা ইমামববা (মপু নাংজবগী থবক তৌফম কা) অমমম থম্লে। মসিদা মখোযনা অবাবা ফোঙদোকপগা থবক তৌই। জিবব তৌবা, ইমাম হুসৈনগী পুন্সি বাবা তাইনবা, মহাক্কা বাখল্লোন মাপম খুদিংদা খঙহল্লি।

মমাঙদসু পনখ্রে, মথক্তা পাবিবা বফম খবসি মক ওইনা শিআ কাংবুনা তৌবনি। সুন্নি কাংবুদি থাংনা লৈনবা, ঈ থোকহনবা অসিনচিংবা তৌবসি মবম চাদে, যানিংদে। ইমাম হুসৈন্দা থোকখিবা থৌদোক অদু লাল্ল, চুমদে হাযবা নত্তে। নাংশিংবগী মওং অসি খেয়ে।

## মিলাদ উন-নবী

পৃথিবীদা মী ওইবনা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম কযা মশা মশানা নৎত্রগা মপা মপূগী হাওজগী চৎনবকই। খবনা মীৎনা উবা পোৎ চৈশিংবু অল্লাহ(ইশ্বব) নি হাযনা পূজা তৌই। খবনা ধর্ম্মগী লুচিংবশিং ঈবাৎ পূজা তৌবি। ধর্ম্ম খুদিংমক্কী লুচিংবা লৈ। মখোযনা তাকপা অল্লাহগা অশেংবা বা পাউ অদু মা ওইবদা যৌহল্লি। অসিগুম্বা লমজিংবা অসিবু অবাবক মবোন্দা নবী, বসুল হাযনা খঙনৈ। মঙোন্দা অল্লাহনা শক্তি পী, অমম এঙান যাওনা উহল্লি, খঙহল্লি। মহাক্কা অল্লাহগী মতেংনা তৌবকপা থবকশিং অদু মীওইদা অঙকপা থৌদোক অমগুম উহাল্ল। মসিদা মা অমগী পূক্লিং ৱাখন্দা অল্লাহ হাযবদ মসিনি শল্লম্মী। অসিগুম্না মথোং শুক্তবা ৱাখল অদুদগী কন্নবা/ঙাকথোক্লবা মা ওইবনা লান্না চৎখিদনবা মতম মতমগী নবী, বসুলশিং অল্লাহনা থাবক্লম্মী। ইসলাম ধর্ম্মবু মপুং যাহল্লম্বা হজবত মুহম্মদ(স্ব) অল্লাহনা থাবকপা অশেংবা বসুলনি। তাইবংপান্দা লৌবিবা মী ওইবা কাংলূপ্পু কর্নাবিবা লাক্লম্বনি। অদুনা মতাং অসিদা কুবআন্না অসুম্না তাক্লি "হে মাওইবশিং! তশেংনমক ঐ নখোযগী মফমদা লাকপা অল্লাহগী পাউজেল পুবা মীন" ( ৭ঃ১৫৮)।

অসিগুম্বা মতিক মগুণ লৈবিবা মহাপুরুষ অসিগী মপোক নুমিৎ অসি ভাবত্তদা

নত্তনা পৃথিবী শিন-থুংনা নীংশিংলি, শক-শোন্নবি। সবকাব অসিনসু অসিগুম্বা শকনাইববা বসুল অসিগী মবমদা মহাক্না তৌবম্বা, চৎলম্বা থবক থৌবমশিং অদু নীংশিংবা ওইনা ছুটি থাবি। নুমিৎ অসিবু 'মিলাদ -উন নবী' হায়না খঙনৈ। অতোপ্পা লোল হায়বদি অববিক লোলদা "ফাতিহাযে দোৱাজ দহম" হায়নসু কৌই। নুমিৎ অসিদা মহাক্কী মবমদা খঙনিংবশিংদা, নৌনা হৌবক্কিবা অঙাংশিংদা পুন্সি ৱাবী, মহাক্কী লমচৎ,থবক, মপৃ নীংজবগী থবক নৈনদুনা খঙহনবদা যাম্না চাউবা মতেং ওইগনি। নবী অসিগী ৎেন্তকপা পুন্সি ৱাবী মখাদা থমজবি-

**মুহম্মদ (স্ব) পোকপা**- হজরত মুহম্মদ (স্ব) ববিউল অৱৱলগী ১২ নি পানবা হিজবী মমাঙ ৫৩, খৃঃ ৫৭০ এ ডি. অগষ্ট ২৯ দা মক্কা সহবদা মীচমগী পুন্সিদা পোকখি। মহাকসি অবব উপদ্বীপতা মীযাম্না মশক খঙনববা ইকাই-খুম্নবদা , থৌনা লৈবদা অমসুং পৃকচেল শেংবগীদমক মমিং চৎলবা কুবেইশ শাগেগী মচা মশুনি। অপোকপগী মমিং অব্দুল্লাহ বিন অব্দুল মত্তলিব কৌই। মুহম্মদ (স্ব) না মীবোনবা থা খবখক্তা ঙাইবিঙৈ সাবিযাদা লল্লোনবা চৎখিবদা নাদুনা লৈখিদে। মতমদু মশাগী চহী ২৫ শুবে। মমাগী মমিংনা অমিনা কৌই। মুহম্মদ (স্ব) মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা পোকপনি। মমানা মহাকপু যাম্না নুংশিনা তৌবম্মী অমসুং নুংশিনা 'অহমদ' হায়না কৌবম্মী। মহাকপু নীংথজনা লোয়নর্বিবা, যেংবিবা অমসুং থোম ইর্নবিনবা মীওই থিবম্মী।

মতম অদুগা অববিযাগী চৎনবীদা অঙাং পোক্লগা অতোপ্পদা যোকহনবা চনবম্মী। থবক অসিগীদমক অথাপ অথাপ্পদগী মী ওই কযা মক্কাদা লাক্লম্মী। অঙাং যোকপীবগী মমল লৌবা নৎত্রগা খুদোল পোৎ পীবা চৎনবম্মী। মুহম্মদ (স্ব) দি ইনাক খুনবা ইমুংদা পোকপা ওইদবনা অবামল ফজনা ফংলোই খনবদগী কনানসু যাবিবমদে, মদুগী মনুংদা বনু সাদ কাংলূপকী হলিমাসু অমনি। অদুবু মহাক্না খুদোংচাবা অফবা ফংদবনা ইকাহ ইকাইনা অমুক হল্লক্কুনা মুহম্মদপু যোক শেন্নবগী বাফম যাবম্মী। মসিমক্না মহাক্কী থবক থৌবম খ্বাদংমক্তা অল্লাহনা মীনুংশি উৎলম্মী। মদুগী খুদমদি যুমদা যোকপা ষননা শঙ্গোম মবাং কাইনা থোকপা অদুসু অমনি। হলিমা মতৈ মনাও হবাওবগা লোয়ননা মুহম্মদ(স্ব) পূবকপসি লাইবক ফবনি খল্লম্মী।

মুহম্মদ (স্ব) চহী মঙা হলিমাগা লৈমিন্নবম্মী। মদুদা অবাবা, খুদোংথবা কবি গুম্বা অমত্তা থোকখিদে, অদুম ওইমক "মহাক্কী থবাক খাযদোকপগী থৌদোক" অদুমদি লৈবাক্না খঙনখি। মদু হলিমাগী ইমুং মনুংনা তৌবা থবক নত্তে। মমান্নবা মযামগা শান্নদুনা লৈবিঙৈ হজবত জিব্রীল লাক্কুনা মুহম্মদ (স্ব)বু ফাবম্মী। অদুগা মফম অদুদা হিপহল্লগা মথবাক খাযদোক্কুনা মনুংদা লৈবম্বা ফত্তবা শকক খবা লৌথোক্লম্মী। মদ শৈতানগী শকক অদুনি হায়না তাক্লম্মী। মতুংদা মহাকপু সনানা শাবা পাত্র অমদা জমজম ঈশিংনা

ঈরুজবিবম্মী। মথবাক অদু হান্নগী মওংদা অমুক তাইশিল্লম্মী অদুগা মহাক্কা লৈবম্বা মফম অদুদা থাদোক্লম্মী। মহাক্কা লোযননা শানবম্বা নুপামচাশিংনা যাম্না থুনা হলিমাগী মনাক্তা চেল্লক্লুনা মুহম্মদ (স্ব) হাৎখ্রে হাযনা পাউ তল্লম্মী। মখোয মযাম হৌদুনা চেল্লক্লগা মুহম্মদ (স্ব) না লৈবা মফমদা অদুদা চেনশিল্লক্লম্মী। মহাক হিংলম্মী হাযবতনি মশাদু তাইফেৎ তাইবম্মী।(Reported by Ans in the Hadith compitation Muslim and Ahmed)

মুহম্মদ (স্ব) না মশাগী চহী ৬ শুবকপদা মমানা মদিনাদা পুবকখি। খোঙচৎ অদুদা মমাগা পোকমিন্নবা মবী মতা অমসুং মবুধৌবু উনহন্নবা পুবকপনি। মখোযগী মতেং পাংনবা থম্বা মীনাই নুপী উম্মা অইমনসু যাওবম্মী। অমিনা মহাক্কী মপুবোইবা অব্দুল্লাহগী মোংফমদা জিযাবট তৌবা চৎপনি। মদিনাদগী মক্কাদা হল্লকপা লম্বীদা অল জুহফাদগী মাইল ২৩ চৎলগা লৈবা অল অবৱা খুঙ্গংদা অমিনা লৈখিদে অমসুং মফম অদুদা পোৎলোইখি। মখোযগা লোইনখিবা মীনাই নুপী উম্মা অইমন-না মুহম্মদপু মক্কাদা পনক্লুনা মবুধৌ অব্দুল মত্তলিবতা শিন্নবম্মী।

অব্দুল মওলিবনা মুহম্মদ (স্ব)বু লুনা অমসুং নুংশিনা তৌবম্মী। মতোমতা কোইচৎ চৎহল্লমদে। মীযাম তিনবা মফমদা মবুধৌনা পুদুনা যাওহল্লি। অদুবু লাইবক খিবদি অব্দুল মওলিব মুহম্মদ (স্ব) না মশাগী চীহ ৮ শুবকপদা নোঙ্গাখি। মতুং তাকপদা মখুবা অবু তালিবনা মহাকপু মচা গুম যোকখি। অবু তালিব মচা যাম্মী অদুনা লাইববনা মবম ওইদুনা মখুবগী লল্লোন ঈতিক তৌবদা মহাকসু শরুক যাবম্মী। মশাগী চহী ১৩ শুবকপদা মখুবা অবু তালিবকা লোযননা সাইবিযাদা লল্লোনবা চৎলম্মী। খোঙচৎ অদুদা বুহিবা কৌবা লম্বোইবা অমা থেংনবর্ম্মী। লম্বোইবা অদুনা মুহম্মদকী মাযথোংদা মুন্না যেংলম্মী। নবুবত ফর্গানি হাযবগী মঙাল অদু উবদুনা লম্বোইবা বুহিবানা অবু তালিবতা হাযবম্মী-

"নহাক্কা নুপামচা অসিগা কবি মবী লৈনবগে ?"

মহাক্কা খুল্লম্মী 'ঐগী ইচানি'।

'মহাক মপা লৈবল্লবোই" বুহিবানা হাযবম্মী.

'অচুম্বনি, মহাক ঐগী ইনাওগী মচানি' অবু তালিবনা মখা অমুক তাবম্মী।

'নহাক্কা অচুম্বদু হাযদোক্লে, মহাকপু পুদুনা হনখ্রো জিউশিংগী ফত্তবা মীৎযেংদগী মহাকপু কন্নবা হোৎনৌ" বুহিবানা হাযবম্মী।

মুহম্মদ (স্ব) মক্কাদা হল্লক্লগা মহাক্কা অঙনবা মতমদা তৌখিবা যাও শেনবা, হমেং শেনবগী থবক অদু অমুক তৌবা হৌবম্মী। মতম অদুগী দর্শন শাস্ত্র হৈবা মী, যাদু মন্ত্রা হৈবা মী নৎত্রগা লম্বোইবশিংদগী মহৈ-মাশং অমত্তা তম্মখিদে। মদুগী মহুত্তা

মহাক্কী পুন্সিদা থেংনবশিং অদুগী মনুংদগী মসিমদি ফৈ হায়না খনবা অদুমখৈ মহাক্না লৌশিন্দুনা থম্লম্মী। মহাক অফবা ৱাখল, অফবা লমচৎ, পূকচেল শেংবা অসিনচিংবা কযাসি মতম খুদিং থাগোন্নদুনা লৈবম্মী।

অসুম্না অবা-অনা কয়া মথং মথং থেংনদুনা লাকপনা হৌজিক্তি মহাক্কী পুন্সিগী অহুমশুবা তাক্কক হায়বদু যৌবক্লে। যুম্বানবগী পুন্সিদা চঙলক্কুনা অহানবা ওইনা লল্লোন ঈতিক তৌবী, ইনাক খুনবী খাদিজাগা লুহোংলম্মী। লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা সাইবিযাদা পোৎ যোনবা থাবম্মী। মহাক্কী পূকচেল শেংবা, অচুম্না তৌবা অসিনা খাদিজানা মহাক্না লুহোংবদু যাখিবনি। অসুম্না হায়নবা লৈ মদুদি মখোযগী লুহোংবা মতমদা মুহম্মদ (স্ব) গী চহী ২৫ শুবে অদুগা খাদিজানা চহী ৪০শুবে।

**ইসলামগী পাউ পুবা অমা ওইনা** - চহী খুদিংগী মুহম্মদ (স্ব) না রমজান থাদা মক্কা থাদোক্লগা হিবা চীংগী শুকুংদা চঙলগা অবানবা থবক্তগী লাপথোক্লবা হোৎনবা, ধ্যান তৌবা, মপূবু নীংজবগী থবক তৌবম্মী। শুকুং অসিদা লৈবগা মহাক্না জন্নতকী দূতশিং টনবম্মী "পাউ (Read)" হায়বা ৱাহৈসি মখোযদগী তাবম্মী। মহাক মশানা খঙজবম্মী মদুদি মহাক অল্লাহগী রসুল হায়বদু ওইবে। হজরত জিব্রীলগী খুথাংদগী বাহ (revelation) মথং মথং লাকপা হৌখি অমসুং খোঙচৎ অদু লেপ্তুনা পাঙথোক্লবা হোৎনবম্মী।

ইসালম ধর্ম্মবু পামজদুনা চঙলকখিবশিংদা কুরেইশশিংনা মথং মথং থিগৎতুনা দাণ্ড পীবা হৌবম্মী। মুহম্মদ (স্ব) অমসুং মহাক্না লোযনবশিংদা এবাল শিবা, নোক্লবা অমসুং মখোযনা তৌবিবসি জাদুনি হায়না লক্লবম্মী।

অসুম্না অবাবা কয়া পীন-পীনা লেপ্লা লৈতনা নোংম নোংমগী ইসলামগী মপাঙ্গল কননা হেঙ্গৎলক্লম্মী। কুরেইশশিংনা বা তানদুনা মখোযগী লাল্লোং ওস্তোক্লগা মুসলিমশিংদা পোৎ যোন্দবা, মখোযদগী পোৎ লৈদবা নৎগ্রগা চারৌ মৌবৌনদবা হায়না যানবম্মী। মসিগী অইবা ওইনা লৈবম্মী। 'মীযামগী অথিংবা' (The general boycoth) অদু শউন মচে অমদা ইবগা কা'বা মনুংদা লোৎনা যান্দুনা থম্লম্মী। মুহম্মদ (স্ব) অমসুং মহাক্না লোযনবশিং কনাগীসু মতেং ফংদনা বনু হাশিমনা লৈবা তম্পাক অদুদা নমদুনা তোখাযনা লৈহল্লম্মী। মসিগী অথিংবা অসি চহী অহুম লৈখি। মখোযগী থৌনা হনবা লৈখিদে। হশিম ইব্ন অমননা মুসলিমশিংগী শল্লগা বাখল শুংঙাইতবগা লোযননা শাগৈ, কাংলূপ খবা খোম্লগা অথিংবা লৌথোকহনখি। কুরেইশশিংনা শউন্দা ইদুনা কা'বা মনুংদা থম্লিবা অইবা অদু শেগাযদুনা মাংহন্নবা মক্কাদা চৎলম্মী। মখোযনা পোৎ অদু থেংনবা মতমদদি হান্ননা তিলনা চীকথ্রুনা মচেৎ মচেৎ চাথোক্লম্লে " নহাক্কী নমিংদা যা অল্লাহ" হায়বা অসি নত্তুনা।

ইসলাম অসি মপং ফাহন্নবগীদমক চঙী তবা অৱাবা খাঙলম্মী। হজবত মুহম্মদ (স্ব) মহাক্কী নুপী খাদিজা অমসুং মখুবা অবু তালিব লৈখিদবদা অৱাবা অমা মাযোক্লবম্মী। মহাক্কী মখুবা অবু তালিবনা থবক খুদিংদা মাঙথাদুনা লমজিংলম্মী। খুদোংথিবা খুদিংদগী কল্লম্মী। অমবোমদা খাদিজানা মহাকপু যাম্না নুংশিনা লোযনখি অবাবদা শরুক যাখি।

**লমজিং পুবেলগী থবক** মুহম্মদ (স্ব) অচম্বা পুন্সি মবেল লেনখি। অদুম ওইনমক মহাক্কী পুন্সি মবেল অদু মীওইবা জাতিনা তমজনিংঙাই ওইবা মওংনি। মহাক্কী নোংমগী তৌগদবা মথৌ, থবক খুৎশু মীওইবা জাতিদা পীবা অফবা মখলগী পাউতাক অমনি। অল হসন (অলীগী মচানুপা) না বসূলগী মবমদা অসুম্না হাযবম্মী-

"মহাক্না লৈবা যুমগী থোঙজাওশং কৈদৌনুংদসু লোল্লমদে অদুগা থোঙশংবসু থনমদে, অযুক নুমিদাংগী চাবা থকপগী সেবা তৌনবা কনাসু থমদে। মহাক লৈবাক্তা ফমলগা চাক্লেন চাবম্মী। মহাক ইচম চম্বা ফিজোল শেৎলি। গধা তোংলগা চৎপদা মহাক্না মকোক চিংলম্মী। পোৎ চৈ চাবদা মখুৎ খুজাশিং চুপথোকই।"

**থবক তৌবগী মওং** - হজবত মুহম্মদ (স্ব) মশানা থবক অমা তৌবা হৌবদা "অল্লাহগা মিংদা" হাযবসি হাযদনা কৈদৌনুংদসু থবক শুবা হৌদে।

**তুম্বগী নিয়ম** থবক খুদিংমক্তা নিযম অমগী মখাদা তৌবগুম্না মুহম্মদ (স্ব) না তুম্বগী মতাংদা অইসা (ব আ) না অসুম্না হাযবম্মী- বসুলনা তুম্বসি অযাম্বা মতমদা অচনবা মতম হাযবাদ অহিং নোংযাই ফাওবর্তনি। মদুগী মতুং তাবকপা অদুদি নমাজ শোন্দনা অমসং দুআ তৌদুনা লোল্লি। মসিমস্ মহাক্না হাযবম্মী মদুদি মুহম্মদ (স্ব) না তুম্মুবদগী হৌগৎলকপদা নমাজ বকাট অনী শোল্লম্মী।

অল্লাহগী বসূলনা তম্বা চঙবদা হহান হান্না যেৎ থংবা মাযকৈনা হিপথৈ অদুগা মপদা বাহৈমি হাযদুনা নিজে "যা অল্লাহ নঙোন্দা চঙজবি, নহাক্না ঙাক শেনবিযু। নহাকপুন এখোযনা নীংজবিবা, নঙোন্দগী থাপ্না চংপা ঙমদে। নহাক্না থাবিবকপা অশেংবা লাহাবক, নহাক্না থাবিবকপা নবীশিং থাজে।" (বুখাবী)

মদগী তুংদা সুবাহ অল ইখলস, সুবাহ অল ফলক অমসুং সুবাহ অল-নাস অহুলক অহমল্ক পাবম্মী (দাউদ/তিবমিজি)।

**নমাজ শোনবা, ইকজবা অমসুং বজু তৌবা**

ইব্ন উমব (ব.অ.) না হাযবম্মী বসুল (স্ব) না অহিংদা নমাজ বকাট অনী শোল্লম্মী মদু লোযবগা মখা শমথনা দুআ তৌবম্মী- "যা অল্লাহ ঐবু ঙাকপীযু ঐনা লানখিবা পুম্নমক কোকপাযু। যা অল্লাহ ঐনা খঙদনা অমসুং খঙনা তৌখিবা পাপশিং কোকপীযু (বুখাবী)।

অযুক্কী ফজব নমাজ বকাট অনী শোল্লম্মী। অজান অমসুং ইকামট হায়বম্মী। মদু লোযবগা কুবআন তিলাৱট (বিদিং) তৌবম্মী। কুবআন তিলাৱট তৌবদু অহিংগী ফবিস্তাশিংনা তাবম্মী, শাক্ষী ওইবম্মী।

ঈকজবা, ৱজু তৌবা অমসুং চাক চাবদা মখূৎ যেৎনা হৌবম্মী মখূৎ ওইনা অমাংবা চাম্না অতৈ মবী লৈনবা থবক্তা শিজিন্নবম্মী।

ফি শেৎপা, ফুবিৎ লিৎপা মতমদসু মখূৎ যেৎনা হৌবম্মী। চাবা থকপগী মমাঙ অমসুং মতুংদা মখূৎ অনীমক শেংনা চামথোক্লগা চাবম্মী। চাবা লোযবকপদা মখূৎ খূজাশিং চুপথোক্লম্মী

**ৱা ঙাংবগী মওং অমসুং মীয়াম লোইনবা-**

হজবত মুহম্মদ (স্ব) না ৱা ঙাংবদা সলামগা লোযননা হৌবম্মী অদুগা কান্নদবা ৱা ঙাংবা তৌদনবা তম্নীবম্মী। মতম খুদিং নাতৈ চাদবা ৱা ঙাংলমদে অদুগা তাসু তাবমদে। মহাক্না মফম অমদা চঙলুবদা লৈবম্না মীওইশিংদা সলাম তৌবম্মী। মহাক্না মফম অমা থাদোকপা মতমদা অমুকসু সলাম তৌবম্মী। কনাগুম্বগী যুমদা চঙবদা হান্না চঙবা যাবগী অযাবা লৌবম্মী।

**মুহম্মদ (স্ব) লৈখিদবা** - মক্কাদগী হল্লক্লগা থা অনীবোম নাবম্মী। হিজবীগী ১২ শুবা চহী ববিবউল অৱৱলগী ২৭ নি পানবা নুমিৎ খৃঃ ৬৩২ , জুন ৮ দা তাইবং থাদোকখি। মহাক মদিনাদা পোৎলোইখি/লৈবোন চর্নাখ।

**মেঅরাজ-**

মুসলিমশিংনা বজব থা অসি যাম্না শেংই হায়না লৌই মবমদি থা অসিগী ২৬ কী অহিংদা মেঅবাজগী থৌদোক অসি থোকখি। মেঅবাজ হায়বদি "কাখৎপা' হায়বনি। অসি শুম্না খোঙচৎ এসি অথেংবা অহিংদা থোকখিবম্মী। থৌদোক অসি হজবত মুহম্মাদ (স্ব)না উম্মে হানিগী যুমদা লৈবিঙৈ থোকখিবনি।

থৌদোক অদু হজবত জিব্রীল (অ.স) না মুহম্মদ(স্ব) না লৈবিবা কা অদুগী যুমথক হাংদোক্লগা চঙলক্লম্মী। মহাক্না মুহম্মদ (স্ব)গী মথবাক খায়দোক্লগা জমজম ঈশিংনা ফত্তবা শককশিং অদু চামথোক্লম্মী অদুগা হান্নগুম অমুক তাইশিন্নহল্লম্মী। জিব্রীল (অ.স.) না পুবকপা অপাইবা শগোল বুবাক-কী মতেংনা মহাক অহানবদা বৈতুল মুকদ্দস(মতম অদুদা জোবদানগী মনুং চন্না লৈবম্মী অদুগা মসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা মসজিদ অল-অক্সা হায়নসু কৌই) যৌবম্মী। যাম্না তেনবা মতমগী মনুংদা মসজিদ অসিগী মনুং অমসুং মপাল মফম খুদিং থুংনা চত্তুনা বৈতুল লহম [ ইশা (অ.স) গী পোকফম] যাওনা যেংলম্মী।

মথংগী খোঙচৎ অর্দিদ জন্নতকী খোঙচৎনি। মমাঙদা হৌখ্রবা নবীশিংগী থৱায়গা মুহম্মদ(স্ব) গা ৱাবী শানবম্মী। যাম্না নকপা মফমদা চঙদুনা জন্নত অমসুং দোজখ যেংবতা নওনা জন্নততা লৌবিবা মীওইশিং অমসুং দোজখতা লৈবিবর্শিং চঙ-চঙদুনা যেংলম্মী। অঙকপা মখলগী জীবশিং, পৃথিবী অসি হৌবকপগী অশেংবা শক্তম, তাইবংপান্দা লৈবিবা জীবশিং অসিগী চাবোল শুবোলগী মবম, অল্লাহগী তৌবা ঙম্বগী শক্তি অমত্তা চীথদনা ইবুংঙোনা যেংলম্মী।

মফম অমদগী অমদা অসুম্না লাকপনা হজবত মুহম্মদ (স্ব) না জন্নতকী লৈকোল নৎএগা ৭ শুবা মবোল সিদবতুল মুনতহাদা লাক্কুনা পর্দা অমগী নাকন নাকন্দা লৈনদুনা থস্মোয-থস্মোয চীল্লোক্লনা বাবী শানবম্মী (Muhammad The prophet of Islam- Fazl Ahmad, p 49) জন্নতকী মফম খুদিং থুংনা যেংহল্লম্মী। অসি শুম্বা খোঙচৎ অসি মুসলিমর্শিংগী নমাজ মতম ৫ (মঙা) মুহম্মদ (স্ব)দা শিন্নবম্মী। হল্লকপগী খোঙচৎ অসিদা কুবেইশ শাগৈগী লল্লোন ঈতিক্কী কবভন অমা থেংনবম্মী।


মসজিদ অল অক্সা

চৎলুবা খোঙচৎ অদুদগী হল্লক্লগা বসুলনা উম্মে হানিদা মহাক্না উবকপা খঙলকপা অবোনবা থৌদোকশিং অদু তমদুনা তাহল্লম্মী। মুহম্মদ (স্ব)না মেঅবাজ চৎলুবগী ৱাফম অসিদা কুবেইর্শশিং সু মীযাম তিনবা মফমশিংদগী খঙলম্মী। মহাক্কী খোঙচৎ অসি চীনবুং বাবী ওইনা মথং মথং মীযাম্না খঙনবকখি। কুবেইশশিং অদু বাখল নুংঙাইবমদে। মতম অদুগী কুবেইশশিংনা হৈনবী অমা ওইনা বসুলগী মবমদা ফত্তনা উহন্নবা হার্যাজিনবী অমা হেক হেক তৌবম্মী। মীযাম তিনবা মফমদা নুপা অমনা লেপখত্তুনা অসুম্না লাউবম্মী "মক্কাদা লৈবা মীযামগী মবক্তা বৈতুল মুকদ্দস উবা কনা লৈবগে" মদুগী

মবমদা হকথেংননা যুম অদুগী মওং মতৌ উবা/খঙবা বসূলদা হংবা যাই।" বৈতুল মুকদ্দসতা লৈবিবা পোৎশকশিং অদুতা নত্তনা মক্কাদগী বৈতুল মুকদ্দস চৎপগা থৌদোকশিং অদুসু মুহম্মদ (স্ব) না লীদুনা তাহল্লম্মী। মদু মতম যাম্না শাংনা চঙবা ওইখিদে। খোঙচৎ অসিগী মতাংদা কুবআনগী সুবাহ্ অল ইশবা অযাট অমদা তাক্লি (১৭ঃ১)–

"অশেংবনি মহাক্তি-মহাক্লা পুবিখি মহাক্কী মনাই নুপাবু অহিং
তাংলৌদা মসজিদ অশেংবদগী অবাপ্পা মসজিদতা, মদুগী
অকোযবদা লৈবিবা লমশিংদু ঐখোযনা ওইহনবিখ্রে যাইফবা,
অদুনা ঐখোযনা উহন্নবা মহাকপু ঐখোযগী খুদম খবা।
তশেংনমক মহাক্তি পুম্নমক তাবনি, পুম্নমক উর্বনি।"

মেঅবাজকী খোঙচৎ অসিগী তাবিখনচিংবা মুসলিম হিষ্টোবিযান ইব্ন ইশক অমসুং ইবন হিসাম অনীনা ইশিন্দুনা থন্নম্মী। মসি বসূলনা নবুবত ফংলকপা ১২ শুবা চহী (বেইথ হাযনসু খঙনবা) দা থোকখিবনি।

বসূলনা মেঅবাজ চৎপগী বর্বি অসি চহী কযা কযা ডাংনদুনা লৈনদনা লাক্লবনি। খোঙচৎ অসি অত্মাগা মবী লৈনবা নৎএগা হকথেংনা মশা চৎপা হাযবসিদা অনী থাক্লবসু কুবআন অমসুং হদিসকী মতুং ইন্না মশা ওইনা চৎপগী বাফমদা লৈ। অদুম ওইমক খন্নবা যাবা অমদি সাইন্সকী মীৎযেংদগা অত্মাগী ওইবা খোঙচৎ ওইগনি হাযবসিনি। কাংলপ খবনা লৌবিবনা খোংচৎ অদু ইচম চম্না মংদা উবা পোৎনি অদুগা মেঅবাজগী খোঙচৎ অদু তুম্লিঙেদা থোকপান হাযবসিনি।

কুবেইশশিংনা যানংদবা ফোঙদোক্লদনা খোঙচৎ অদু মংনি, মংদা মীওইবনা মখল মখেল উবা অদুনি। মসিগী কান্নবা কবিসু লৈতে, মীযামদা নমথাক তৌর্বনি। মীযাম্না পৃক্লিং লাংতক্লবোইদর্বনি হাযনা শন্দোক্লম্মী। অসিগুম্না খোঙচৎ অমসুং মপ্যগা নকশিন্নবা অসি জ্ঞান লৈবা অমসুং অশেংবা থম্মোয অদুতনা ফংবা ঙম্মী।

কুবআননা তাক্লিবদি অত্মাগী খোঙচৎ অদুদি অহিং কযা কযা চৎখ্রে অদুগা হকচাং যাওনা চৎপা অসিদি মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা অমনি। গ্রীককী হাযপোথেসিস (বাখলনা শাবা, শেম্বা) ববথোলোমেউনা মশামক তশেংনা চৎলি হাযবসি যাদে লোযননা মহৌশাগী শক্তম নৈনবা কাংলুপনা মুহম্মদ (স্ব) মশা ওইনা চৎলি হাযবাস যানিংদে।

**শবে ববাত**–

শা'বান থা অসি ইসলামিক লূনাব কেলেণ্ডবগী নিপালশুবা থানি। থা অসিগী ১৪ অমসুং ১৫ নি পানবগী লোন্নবা অহিংদা মপ্য নাংজবগী (নমাজ শোনবগী) থবক

পাঙথোকই। মসিবু লৈলতুল ববাত নৎত্রগা লৈলতুল নুস্ফমিন শা'বান হায়না খা এশিয়া লৈবাকশিংদা খঙনৈ।

শবে ববাতকী ন্যমিদাং পৃং ৯/১০ তাবকপা মতমদা নমাজ শোনবা, কুবআনা তিলাবৎ তৌবা, জিকব তৌদুনা মপৃ নীংজবগী থবক পাঙথোকপা, তসবিহ চৎতুনা লৈবা, দুআ তৌবা অসিনচিংবা মপৃ নীংজবগী থবকশিং তৌই। মথক্কী মপৃ নীংজবগী থবকশিং অসি মশা মশানা তৌজগদবনি। মাযাম পুন্দুনা মসজিদতা শবে ববাত নমাজ পাঙথোকপা তৌবোইদবনি। কনাগুম্বনা শা'বানগী ১৪ অমসুং ১৫ লোন্নবগী অহিংদা চৈগ থুনা বোজা হেনবগী থবকসু তৌই। নুমিৎ অসিদা কববদা চৎতুনা লৈখিদ্রবা মমা মপা, মচিন মনাও, মবা মতাশিংগী থবায়না ইংনা-চিক্লা লৈবা ঙমজনবা মপৃদা দুআ তৌই।

সবে ববাতগী থৌবম অসি ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মুসিলিম লৈবাকশিংদা পাক শন্না তৌনদে। মসি মক ওইনা ইন্দিযা, পাকিষ্টান, অফঘানিষ্টান, বাংলাদেশ অমসুং খা এশিয়া লৈবাক খবদা পাঙথোকই।

### শবে কদর

শবে কদব হাযবগী অর্থাদ "মতিক মগুণ যাম্না লৈবা অহিং" নৎত্রগা "যাম্না ইকাইখুম্নঙাই ওইবা অহিং" হাযবনি। চহী অমদা অহিং কযা কযা লৈবিবশিং অসিগী মনুংদা যাম্না ফবা অহিং অমনি হাযনা ইসলামনা লৌই। কুবআন অমসুং হদিসতা মসিবু লৈলতুল কদব হাযনা কৌই। কুবআন্দা অহানবা সুবাহ(চেপ্তব) অল-অলক অযাট মঙা অসি মগুণ লৈনবা অহিং অসিদা বহি (বিভেলেসন) লাকখি। সবে কদবগী মতাংদা কুবআন না, অসুম্না হাযবি মসি কুবআন থাবকখিবা/বহি লাকখিবা অহিং অদুনি। অহিং অসিনা থা লিশিং অমদগী হেন্না যৈ। অসিগুম্না মতিক মগুণ লৈনবা অহিং অসিদা হজবত জিব্রালসু অল্লাহদগী অযাবা লৌবগা কুমথবকই।

শবে কদবগী অকক্কবা তাবিখ, নুমিৎ, পৃংফম অদুদি কনানসু খঙবা ৬মদে। অদুবু মসি বমজান থাদা তাই হাযবা ফাওবদি খঙলম্মী। বসুলনা চৎলম্বা অমসুং তৌবম্বগী মতুং ইন্না বমজান থাগী লোইশিল্লকপা নুমিৎ তবেৎনি নৎএগা তবানি ফাওবগী মনুং তুমা শুদবা নামৎশিং হাযবদি ২১, ২৩, ২৫ নৎত্রগা ২৭, ২৯ অসি শিংসিদা থিববদি মতিক মগুণ লৈববা অহিং অসি ফংগনি হাযবিবম্মী। মুসলিমশিংদদি অহিং অসি থৌজালগী অহিং ওই। অসিগুম্বা অহিং অসিদা নমাজ শোনবদি থা লিশিং অমা নমাজ শোনবদগী হেন্না কান্নবা ফংহল্লি।

অসুম্না থাজনবা লৈ মদুদি মপৃবু চেৎনা থাজবিবা মীশক অমনা অহিং চুপ্পা নমাজ শোনবনা মহাক্কী হৌখিবা মতমগী অবানবা তৌখিবা (গুনাহশিং) পূম্নমক কোকথোকপা। এশা নমাজ মতমদা মীযাম মসজিদতা পুনবা হৌই। মদু অথেংবা অহিং নোংযাই ফাওবা নমাজ শোন্দুনা লৈনৈ। নুপীশিংদি যুম যুমদা নমাজ পাঙথোকই।

পৃথিবীগী কাচিন-কোয়া থুংনা লৈবিবা মুসলিমশিংনা অহিং অসিদা মান মানা ঙমজবা মওংদা অল্লাহ ফংনবা,মহাক্কা যাবিনবা নমাজ শোনবা, কুরআন শোনবা অসিনচিংবা তৌদুনা মপৃ নীংই। মখোযনা জিকর তৌবা অমসুং নফল নমাজ শোনবদা ঙাইহাক পোথাদে।

মুসলিম স্কোলরশিংনা থাজনে মদুদি শবে কদরগী অহিং অসি রমজান থাগী ২৭ নি শুবা/ পানবা অহিং অসিনি হায়না। অদুগা মসিমসু স্কোলর অযাম্বনা যেৎনবা লৈতনা যানববা রাফমনি মদুদি অসিগুম্বা অহিং অসি রমজান থাদা থোকই, অদুবু চপ চাবা নুমিৎ, মতম, পুংফমদি খঙদে।

**বারহরবফাট** -

হজরত মুহম্মদ (স্ব) না লৌখদরগী কুমওনসু ররিউল অববলগী ১২নি পানবা অসিদ' তাই। মসিবু থৌরম অমা ওইনা ইন্দিয়াগী শরুক খরা অমসুং এসিয়া সব-কন্টিনেন্ট অসিদা পাঙথোক্লে। থৌরম অসিবু 'বারহরফাট' হায়না খঙনৈ। বারহ হায়বদি ১২বু খঙনৈ অদুগা 'বফাট' কী অর্থনা শিবা/ অবোইবা পুংফমবু খঙনৈ। নুমিৎ অসিদা মহাক লৈখিদে। পোকপা অমসুং শিবা ররিউল অববলগী ১২ নি পানবদা থোকখি। নামৎ অসিবু শিআশিংনা থৌরম অমা ওইনা পাঙথোকই। মদু বসূলনা নাবকপা ১২ নশুবা নুমিৎনি। নুমিৎ অসিদা খঙহৈববা মীওইশিংনা মসজিদতা খুতবা (সেরমোন), মহাক্কা পুন্স অমসুং তৌবম্বা থবকশিংদা নৈনৈ। ইন্দিয়াগী মফম খরদা মুহম্মদ (স্ব)গী নৃংদা তাবা খোঙ্গুল (ফুটপ্রিন্ট) নি হায়না থাজনবা অমনা খুদম পান্দম ওইবগা 'শন্দাল' হায়না খঙনবা থৌরম অমা পাঙথোকই। মসিদি মণিপুরদা তৌনদে। মুহম্মদ (স্ব) না তোংদুনা মেঅবাজ যৌকই হায়বা 'বুরাক' কৌবা শগোল মানবা শা অদুগী অযেকপা শক্তম অমসু নৃংদা তাবা খোঙ্গুল অদুগী মনাক্তা থম্লগা মদুদা শন্দাল থাও নৎত্রগা মনম নুংশিবা পাউদর চার্যশিল্লম্মী। মুহম্মদ (স্ব) গী অবোইবা নুমিৎ অদু নীংশিংদুনা ঈশৈ শক্লম্মী। মদুবু মরসিযাহ হায়নসু কৌই। মণিপুরদদি থৌরম অসি মশা মশানা পামজবগী মতুং ইন্না যুম যুমদা পাঙথোক্লবা যা ওই। অপূনবগী ওইবা থৌরমদি ওইদে। ⌟

## গ্লোস্যাবী

হিজবী — মুসলমানশিংগী কুমজা হৌবা
বমজান — অববিক কেলণ্ডবগী ৯শুবা থা
ইফটাব — চবা হেল্লুবদু কাইথোকপা
মগবিব - নুমিৎ তাবা, য়াচংবগী নমাজ
ইদগাহ — ইদ নুমিত্তা নমাজ শোন্নবা খাক্কুনা থম্বা লম
খুতবা - পাউতাক পীবা
দুআ — হায়জবা ,নিজবা
কবব — মোংফম
জিযাবট — ব্যবহাবগা লোযননা উনবা
জিলহজ্জ — অববিক কেলণ্ডবগী ১২শুবা থা
জমজম — লেপ্পু লেপ্পু (ঈশিং চেম্থাবকপদু)
জিব্রীল — অল্লাহগী দুত
নবুব্রত — প্রোফেসি ফংবা
শবিঅৎ — ধর্ম্মগী আইন
মুহববম — অববিক কেলণ্ডবগী অহানবা থা
অশুবা — তবানি পানবা (মুহববম থাগী)
নুহ — নোঅহ
নমবদ — নমবোদ
ইব্রাহিম — অব্রাহম
যুসুফ — যোসেফ
ইবলিস — ফত্তবা লাই, শৈতান
ফিবঔন — ফাবোহ
অসমান — অতিযা
কববলা — ইবাক্কা লৈবা মফম অমা, মসিদা ইমাম হুসৈন শিখি
খলিফা — মহুৎ শিনবা, ডিপুটি
সুন্নি — তুং ইনবা,মুসলিমগী কাংলূপ অমা
শিআ — কাংলূপ, পাটি, মসিসু মুসলিমগী কাংলুপ অমা
ইমাম — লুচিংবা
অসব — নুমিৎ তাবগী মমাঙগী মতম
তাজিআ — কপ্পা, অবাবা ফোঙদোকপা
ববিউল অব্বল — অববিক কেলণ্ডবগী অহুমশুবা থা
বহি — অশেংবা বা পাউ
বকাট - তাক্কক

ইকামট - হৌনবা ৱাবোন
মেঅরাজ - কাখৎপা
বৈতুল মুকদ্দস - জেরুসালেমদা লৈবা মসজিদ
জন্নত - স্বর্গ লৈকোন
নবী - ৱায়েল য়াথং শিন্নদুনা অল্লাহনা থারকপা মী
দোজখ - নবক
সিদরতুল মুনতহা - জন্নততা হৌবা উ মখল অমা
রসুল - লাইবিক্কা লোয়ননা মপূগী পাউজেল পুরকপা অথোইবা মী
শা'বান - অরবিক কেলগুরগী ৮শুবা থা
জন্নতুল বাকি - মদিনাদা লৈবা কবরষ্টান
কিবলা - মপূ নীংজবগী মায়ওনফম
ইমামববা - মপূ নীংজবগী থবক তৌফম কা
তিলাৱৎ - পাবা
অয়াট - শ্লোক (ভার্স)
কা'বা - মক্কাদা লৈবা মুসলিমশিংগী অশেংবা মসজিদ
সুরাহ - পন্দুপ (চেপ্তর)
জিকব - নীংশিংবা
বাবহৱফাট - ববিউল অৱৱলগী ১২ নি শুবদা মুহম্মদ (স্ব) লৈখিদবা
শন্দাল - ইন্দিয়াগী মফম খরদা পাঙথোকপা থৌরম অমা
বুরাক - শগোল মানবা অপাইবা শা মখল অমা
মবসিয়াহ - তেংথারোল

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিংঃ**


1. **Me'raj- The Night Ascension**
   compiled by - Mulla Farid- al - Kashani
2. **Meraj- un-Nabi with milad-un-Nabi (1996)**
   by - Maulana Mohammad Abdullah
3. **The Muslims of India Beliefs and practices (1988)**
   Edited by- Paul Jackson, S.J.
4. **Indian Muslim Festivals & customs (1988)**
   by - Dr Majda Asad
5 **The life of prophet Muhammad (Article)**
   by- Shadiah Hamza Sheikh, K. S. university, Riyadh
6. **মুহররম অমসুং করবলাগী লান(১৯৯২)**
   অইবা -মুহম্মদ অব্দুব বহমান

## অঙাং পোকপগী মমাঙ অমসুং মতুংদা তৌগদবা থৌরমশিং

### ১। থা মাপল শুবকপগী শিবনী

তাইবংপান অসিদা লাক্লবনিনা পুন্সিগী পাঙথোক্কদবা থৌদাং মযামসিগী মনুংদা যুম্লানবা হায়বসিস মী ওইবগা থানবা যাদবা অমনি। মৈহৌবোন্দগী হৌনা হায়বদি অদম অমসং হবা অনীগা মতমদগা যুম্লানবগী থবক অসি লৈবে। মসিনা তুং লমচৎকী শাংলবা চাবোনা শুবোনগা হৌবকফম হায়বদ্ ওইবিবনি।

মাবোল্লবী নুপীশিং তনবা, হৈনিংদনা, মশা চোকথবা হেক হেক তৌগল্লি। মাবোল্লবা মতমর্দদি চানিং থক্লিংবা, অথুম্বা, অশিনবা, অখাবা অসিনচিংবা চীঞাক চানিংবা পোকহল্লি। অসুম্না নুপী অদুনা থাশিং যাম্না হেঙ্গৎলকপগী মতুং ইন্না অথুম অহাও, উতে বাহে, মনা মাশিং মবাং কাইনা পীজনৈ। মীবোনবা থা মাপল শুবকপদা নুপী মমা মপা, ইমুং মনুং, মকুপ মপুং, মবী মতানা মীবোনবী অদুগীদমক অচা অথক লাংদুনা খিল্লকপা চাকৌবা চৎনৈ। অঙাং পোকপদা খুদৌ থাংদনবা মপদা থৌনিবগা লোয়ননা শিননী (লৈতে লাইববদা পীজ পাথক তৌদুনা মপদা হায়জ নিজবা) তৌই। অঙাং পোক্কদবা থামুক বাংলিহৈদগী হৌনা নপীশিংনা মপামদা লৈদনা অঙাং উনবসু যাওই। অঙাং উনবদা মতেং পানবা হৈ শিংলবা মাইবীনচিংবা শিজিন্নবা যাওই। মসিদি মক ওইনা খুঙ্গংগা পান্স মবেলদনি। হৌজক মতমদদ অঙাং পোকপদা নাসি অমসুং ডাক্তরগী মতেং যাম্না লৌনবে। মতম শুবদনা অঙাং উনবগীদমক নুপী অদ বা অমদা মকোক্লা অবাং অদুগা মখোঙনা মখা ওন্দুনা হিপহনগনি। অসুম্না তৌবসিনা থ জনবগী মতং ইন্না অশোয অঙাম যাওদনা অঙাং উনবদা মতেং ওই।

### ২। অজান অমসুং ইকামট

মুসলিম অমগী ইমুংদা অঙাং অমা পোক্লবা মতুংদা অঙাং অদু ঈকর্জাবগা ইমুং অদগী অহল অমনা নৎত্রগা যুমলোন্নবগী অহল অমনা নৎত্রগা মৌলবী অমনা অঙাং অদুগী যেংকা নাকোং মযাদা অজান (খঙহনবা অমসুং নমাজগীদমক কৌবা) হায়গনি। অজানগী মবোলদি মথক্কী লমাইশিংদা যেংবয। অদুগা অঙাং অদগী ওই থংবা নাকোং মযাদা ইকামট (নমাজগীদমক লেপ্পবা বাবোন) হায়গনি। অজান হায়বদা শিজিন্নবিবা বাহৈ পবেংশিং অদু কায়দনা হায়বগা লোইশিল্লকপদা "কদকামতিস সলাহ, কদকামতিস সলাহ" অর্থদি 'নমাজগীদমক লেপ্লসি' হায়বসি হায়গনি।

অজান হায়দুনা তাহনবগী চৎনবী অমা লৈবিবাসগী মবমদি তাইবংপান পূম্নমকপু

শেম্বীবা মপূগী মিং "অল্লাহ" হাযবসি হান্না অঙাং অদুদা তাহল্লি। মসিগা চৎনবী অসি হজরত মুহম্মদ (স্ব) না ইহান হান্না অজান হাযবা হৌখি। লৈকাইগী মবা-মতাগা অঙাং পোকপদা হজবতনা চৎতুনা অজান লাউবগী থবক তৌবর্ম্মী। মককুবা মাশক অমনা অজান হাযগদবনি হাযবা লৈতে অজানগী মপোল চুম্না হাযবা ঙম্বা মীনা অজান হাযবা যাই।

**৩। অকিকা-**

মসি অঙাং অমা পোকপদা চৎনবা নাট (কষ্টম) অমনি। অঙাং অদু পোক্লপা মতুং তবেৎনিশুবা নুমিৎতা পাঙথোকপা থৌবম্বু 'অকিকা' কৌই। আককাগী অর্থাদ লুকোকপা হাযবনি। থৌবমসিদা অঙাং অদুগী মশম কোকই, খুজিল ককই। শম অমসুং খুজিলগী অকুম্বগা মান্নবা সনা নৎত্রগা শেল ওইনা লৈত-লাইববশিংদা পীথোকই। কবিগুম্বা মবম অমদগা নুমিৎ তবেৎনগী মনদা অকিকা পাঙথোকপা ঙমহৌদ্রবসু তুং তাবকপদা পাঙথে ফিপসু যাই। মাস চঙীগা মতুং ইন্না মপোক থা অদুগী



তবেৎনিশুবদা পাঙথোক্কদবান। খুদম ওইনা নোংমাইজং পোকপা অঙাং অমগা অকিকা থাংজ নুমিৎতা পাঙথোক্কনি। মসিদা চাক ঈশংতা নত্তনা অঙাং অদুগা মমিং থোনবসু যাই। হজবত মুহম্মদ (স্ব) না মহাক্কী অঙাংশিংগা অকিকা নুমিৎ তবেৎনশুবদা পাঙথোক্লম্মী। মফম খবর্দদি অকিকাগী শাশিং অদু যেন্থোক্তনা থোংলগা পীজবসু যাওই। মদ ধর্ম্মগী মীৎযেংদা অকাইবা কবিসু লৈতে। মা খুদিংমক্কা অকিকাগা শা লৌবা/ ফংবা যাই।

অযাম্বা মীনা নুমিৎ তবেৎনিশুবদা অঙাং মমিং থোনবা চৎনৈ অমসুং অকিকা তৌই। অসুম্না থাজনবা লৈ মদুদি -অকিকা তৌবনা অঙাং অদুগী অনা-অযেক, খুদোংথিবা কযাদগী ঙাকথোকই।

নুপামচা পোক্লবদি হমেং অনী নৎত্রগা যাও অনা অকিকা তৌগনি। নুপীমচা পোক্লবদি হমেং অমা নৎত্রগা যাও অমনা পাঙথোকই। ককথৎলবা শর্মাশিং অদু তুবেন্দা থাদখি। শম কোকপা লোযবগা জফবান (কুম কুম) থাওগা ঈশংগা যান্নবগা

অঙাং অদুগী মকোক্তা তৈবি। অকিকা তৌবা নুমিৎতা অঙাংগী মমিংসু লাউথোক্লে। মরু ওইনা ইমুংগী অহল অমদা নৎত্রগা লাইবিক হৈবা মী অমদা অঙাংগী মমিং থোনবিনবা হায নৎত্রগা অঙাংগী মমা মপানা মমিং থোনবসু চৎনৈ। অসিগুম্বা মমিং থোনবগী থবক অসিদা মরু ওইনা অববিক লোলদা থোনবা চৎনৈ। অদুবু অতোপ্পা লোলদা হাযবদি ফার্সি, উর্দু নৎত্রগা মণিপুরী লোলদা থোনবদা মদু ধর্ম্মনা যাদে, চৎনবা যাদে, হাযবদি লৈতে। অঙাং অমা চাউনবা যোকপদা অপনবা, খুদোংথিবা কযাদগী ঙাকথোক্লবা অমসুং অঙাং অদুগী পুক্সিদা মায় পাকপা ওইনবা বসুলগী অমসুং মহাক্কী সহাবা (মরুপ) শিংগী মমিং লৌদুনা থোনবসু লৈ। ঐখোযগী লৈবাক ভাবত্তদি মুহম্মদ অমসুং অহমদ হাযবা মিংনা ঙম্লা থোন্নে।

মুসলিমশিংগী মনুংদা ইসমাইল কাংবু অমসুং জিউ কাংবুগী মিংশিংসু থোনবা চৎনৈ। অল্লাহগী নবীশিংবু হাযবদি ইজরাইলগী ওইববসু ইসমাইলগী ওইববসু মুসলিমশিংনা ইকাইখুম্নে। মবম অদুনা মিং থোনবদা হরুন, সুলৈমান, মুসা, দাউদনচিংবা শিজিন্নে। মতৌ অসিগুম্বা ইজরাইল নুপীগী মিংশিং হাযবদি সফুরা, মরযিম, অইসা অসিনচিংবা মুসলিম নুপীশিংদা শিজিন্নে।

নুপাগী ওইববসু নুপীগী ওইববসু মমিং থোনবদা কুরআনগী ব্রাহৈশিংনা মরু ওইবা ওই। মীওই খবনা ইতিহাসকা মরী লৈননা থোল্লি। মীওই খবনা মপা-মপুগী মিংনা মাঙদা হান্না থন্নগা থোনবস লৈ। মৈতৈ পাঙল, ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মরম্না ধর্ম্ম অসিনা পীবা অযাবা অদুদি ইল্লি অমসুং চৎলি।

৪। চিল্লা

অঙাং পোক্লবা মতুং নুমিৎ ৪০ নি শুবদা হকচাং শেংদোকপবু চিল্লা হাযনা খঙনৈ। চিল্লাগী অর্থদি ৪০ হাযবনি। মমা ওইবী অদুগী হকচাং শেংদোক চামথোকপা, ইরুজবগী অচৌবা থবক অমনি। মসিগী মমাঙদা ১০ নিশুবা, ২০ নিশুবা অমসুং ৩০ নিশুবদসু ঈরুজে অদুগা ৪০নি শুবসিনা মশা শেংদোকপগী অবোইবা থৌবমনি। নুমিৎ ৪০ নিশুবগী ইরুজবা লোইবগা ঈশিং গ্লাস অমদা পা ন মনা থাদবগা মদুদা অল ফতেহা(কুরআনগী অহানবা সুরাহ) অখঙবা মীওইশিংদা শোলহল্লগা পীথকপা চৎনৈ। মসিগী মতুংদদি মমা অমসুং অঙাং মীযামগা তিন্নে-তোৎনবা যাবে। অপনবা লৈত্রে।

তৌফম থোকপা নিযমশিং লোযখ্রবা মতুংসিদদি অঙাং অমসুং মমা চৎনবীগী মতুং ইন্না অথুম অহাও, অচা অথক কযা পুবগা মপামদা চৎলি। মসিদা নুপাগী ইমুং-মনুংনা থিল্লি। নুমিৎ ২০, থা অমসু লৈথোকপা যাই। মমা-মপাগা লোযননা পুন্না লৈমীন্নবগী খুদোং চাবা হবাওবা নংঙাইবা ফোঙদোকই। মৈতৈ পাঙল সমাজদা যুম পানখ্রবী নিঙোলশিংনা মপাম চৎপা ফত্তনা লৌনদে। চহী অমদা যামদ্রবদা ৪/৫ বক্তি চৎলমগনি।

মতম খবা মপামদা লৈববা মতুংদা অঙাং অমসুং মমা মপামগী মীওইশিংনা অমুক অথুম অহাওগা লোযননা মপুবোইবগী মযুমদা থিনবী। অথুম -অহাও অদু মবী মতাশিংদা যেম্বোকই।

**৫। খটনা**

মুসলিমশিংগী মনুংদা নুপামচাশিংগী ঈশিং থোং কুপ্পা উনশা লৌথোকপবু খটনা (সাবকর্মসিজন) তৌবা হাযনা খঙনৈ। মসিবু সুন্নট তৌবা হাযবগসু খঙনৈ। ধর্ম্মগী মীৎযেংদা মসি তৌদবা যাদ্রবা অর্মনি। ইসলামদা পোক্লুববা, ধর্ম্ম অসিবু যাবা কাংবু খুদিংমক্না খটনা/সুন্নট শুকশোয-শোযদনা তৌগদবনি। লাইবিক্লা তাকপগী মতুং ইন্না হজবত মুহম্মদ (স্ব) অমসুং মহাক্কী মমাঙগী নবীশিং হাযবদি যুসুফ, ইসা, সুলৈমান, মুসা অসিনচিংবা মযাম অসি পোকপদা খটনা তৌদুনা লাকখ্রর্বনি। খটনা তৌবগী চৎনবী অসি অবব লৈবাকশিংদা ইসলামনা মপৃং ফাদ্রিগৈ হজবত ইব্রাহিমগী মতমদগী হৌনা লৈবে। চাউবাক্লা চহী ৬ তগী ১২ ফাওবদা লৈবা নুপামচাশিংদা খটনা/সুন্নট (সাবকর্মাসজন) তৌবগী মতমনি। মসিগী থবক অর্সিদি নৌবিগৈ মতমদা তৌহৌগদর্বনি। পোকপদা ঙাইবিবা অঙাং অমা চযোল অমা মপৃং ফাখ্রবদি খটনা তৌবা যাই। মফম খবর্দদি খটনা তৌবর্সি অকিকা থৌবম পাঙথোকপা নুমিৎ অদুদা তৌবসু যাওই। চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না খটনা/সুন্নট তৌবসি হোসপিটলদসু যাবে। হৌজিক মতমগী হিদাক লাংথক্কী মবমদা খঙ হৈববা মীওইশিংনা পীবা মোতকী মতুং ইন্না খটনা তৌবনা হকচাং ফনা লৈহল্লি।

অঙাং অমা নৎত্রগা ৫/৬ পুর্নশিল্লগা খটনা তৌবা যাই। খটনা তৌবগী মওংদি অঙাং অদু খটনা তৌগদবা মীশক (নাপিত) অদু যৌবর্কাগৈ মাঙওইননা ঈকুজবগা লৈহনগনি। মাঙজৌননা নাপিত অদুনা অপাবা থাঙ (বেজব) অদু ফেংদুনা থর্ম্মী। তৌগদৌবিবা থবক অদু মমিৎনা উববদি নুংঙাইবোই খনবদগী অহলশিংনা মমাযদা ফিনা পুনশিল্লি। অঙাং অদু মুবা অব্রাংবা নৎত্রগা টুল অমদা ফমহল্লি। থবক অসি পাঙথোক্লিবা মীশক (নাপিত) অদুনা অঙাংগী ঈশিংথোং (নুনু) পাযদুনা মদুগী মচীন কুপশিন্দুনা লৈবা হকচাং/উনশা অদু চিংথোক্লগা থাঙনা ককথৎপনি। অসি পাঙথোকপদা মতম চঙদে, অনাবা ফাওদে। ককচেংনা চিকপদা ন'বা ফাওবা অদুদগী হেন্দে।

মসি লোইববা তুংদদি অঙাং অদু চেন-চোংবা, শান্নবা তৌহন্দে। মদু তৌকুবর্বাদ কর্কখিবা উনশা অদুদা পোমখৎপা, অনাবা ওইবপা যাওবকই। নোংম নীনীদি তুম্বা মতমদা লোংনা হিপহল্লি। ফজনা ফাজনবা, ওইশিনবা ফাওবদা নুমি ৪/৫ নির্দি চঙই। নাপিত অদুনা নোংমগী তত্তনা লাক্লগা অনাবগী ফিভম যেংশিল্লি। মপং ফানা ফবে

অববিক, উর্দু মযেক পাবা, তপাশিন্নবা, খোম্ভোক চুম্না হাযবা তম্বী। মসি খঙলবা মতুংদা কলিমা, নমাজ, কুবআন মথং মথং পাডা নাইনা তম্বীবা হৌই।

ইসলাম ধর্ম্মগী নিযমনিতী পাউত্তাকশিং মুসলিমশিংনা যাম্না লুনা অমসুং লুম্না লৌই। মীপুম খুদিংমক কুবআন তম্না অমসুং খঙবা মথৌ তাই। তাইবংপানগী পুন্সি মবেন্দা চঙলকত্রিবঙে জেনবেল ইদুকেসন, অতৈ অতৈ ত্রেদশিং তম্না হৌদ্রিবঙে মমাঙদা অঙাং অদুগী ব্রাখন্দা ইসলামগী মমি ফজনা তাহনবা হাযবসি মমা মপাগী তৌদ-যাদ্রবা থৌদাং অমনি।

শেল-থুম ব্রাত্তবা ইমুংগী অঙাংশিং -নুপামচা, নুপীমচাশিং মৌলবী/মুন্সি কৌদুনা যুম-যুমদা ইসালমগী চৎনবোল, তৌগদবা, তৌবোইদবা পুম্নমক মচা খাযনা তম্বীবসু যাওই। কুবআনগী মনুংদা চীনফা তৌগদবা পাডাশিং নিংথিনা খঙহল্লি, চীনফা পুহল্লি।

**৮। রোজা হেনবা তম্বীবা-**

পীক্লিবা অঙাংশিং নুপামচা ওইববসু নুপীমচা ওইববসু চহী ৮ দগী ১১ ফাওবগী মনংদা লৈবশিংদা বোজা হেনবা তম্বী, হৌহল্লি। বোজা হেল্লবদি চেন চোংদুনা শান্নদবা, হকচাং চোকথহন্দবা, কুবআন পাদুনা লৈনবা অহল লমনশিংনা পাউত্তাক পী। অহিংদা সহেবী চাবা নুমিৎ তাখ্রবা মতুংদা ইফটাব তৌবা যাওহল্লি। নুমিদাংদা এশা নমাজগা লোযননা তবাৱীহ নমাজ শোনবা যাওহল্লি।

**৯। মচিন্দা অথুম্বা তৈবিবা**

অঙাং অমা পোক্লবা মতুংদা মশা-মউ শেংদোক চামথোকপা লোইবগা অমোনবা ফিনা মশাদু যোমশিনবিগনি। মদুগী মতুং মমাগী খোল্লাং পীথকত্রিবঙে মমাঙদা খজুব (দেত পাম) অমা নোযখাযবগা মচিন্দা নার্নবিগনি। কবিগুম্না খজুব ফংদবা ওইবগা খোহিনা মহুৎ শিন্দুনা নানবিগনি। ইমুং অদুগী অহল ওইবশিংনা মসি তৌবী। মসিগা বাখল্লোন্দি নুপা মচা ওইববসু নুপীমচা ওইববসু মখোযগী তুংগী লম্বীদা অফবা ওইনবনি।

**১০। তাৱিজ**

তাবিজকী অর্থদি যাদু মন্ত্র (চার্ম) হাযবনি। মসি হকচাংদা ফত্তবা চঙদনবা চে মচেৎ অমদা ইবগা পীক্লা থুপচিল্লগা কোবোচ (উতোং মানবা নৎত্রগা পা ক্তক তৌবা উপু) অমগী মনুংদা হাপচিল্লগা মদু অঙাংগী খুদাং নৎত্রগা মঙক্তা শিবি। অযাম্বা মতমদা যানগদৌবিবা নৎত্রগা পুনগদৌবিবা লংশুং অদু অমুবা ওইগল্লি। মসি মণিপুবদতা নত্তনা ভাবতকী মফম খুদিং থুংনা চৎনৈ। মসি তৌবিবনা অঙাং অদু ফত্তবা লাই (দেভিল) চঙবা ঙমদে, অনা-অযেক ঙাকথোকপদা মতেং ওই। মসি মবম খুদিংমক্তা যাম্না মক ওই মদুদি তাবিজ হাপ্লবদি

কোবোচ (যন্ত্র)

অশেং-অমাংসু যেংনা চৎলি। "তাবিজ" অসি মণিপুরদা লৈম্নিবিবা অতৈ কাংলূপকী মীওইশিংনা 'যন্ত্র' হায়বগা খঙনৈ।

**১১। অঙাং শিনা পোকপা**

কবিগুন্না অঙাং অমা নুপা ওইববসু নুপী ওইববসু শিনা পোকপা থোক্লবদি অহানবদা অঙাং অদুগী মশা মউ শেংদোক -চামথোকপা লোইবগা মমিং থোনবিগনি। অসিগুম্বা অঙাংশিং অসি কববষ্টান্দা ফুমদ্রবসু যাই। অযাম্বনা লৈনবিবা যুমগী ইংখোল কাচিন্দা ফুম্বা চৎনৈ। লৈকোল নৎত্রগা উবক-ৱাবক্তা ফুম্বা কযা তৌনদে। অঙাংশিং অসিগীদমক পোৎলোইনবা চাউনা শিনবা নৎত্রগা কফন ফির্নচিংবা লৈবা মথৌ তাদে। নাওফম অসি মী ওইবগী হকচাং কযাৎ অমনি খন্না মফম চানা ফুমজিনগদবনি।

**১২। পোকপা কুইদ্রিবা অঙাং শিবা**

মুসলিম হায়বা জাৎ অসি (মৈতৈ পাঙল যাওনা) মী শিবগা ফুম্বা চৎনৈ, মৈ থাবগী চৎনবী লৈতে। অঙাং অমা নাবক্লবদি মদু থিংনবা মমা মপা ওইবশিংনা কন্না হোৎনৈ। পোকপা কুইদ্রিবা অঙাং অমা শিববদি মদু পোৎলোইবগী থৌবম মতম চানা পাঙথোক্লনি। শিববা অঙাং অদুগী মমায যেৎকী লেংজুমলোমদা পৈবপ থম্লগা মমায কিবলাবোমদা ওলহনগনি। মখোঙ, মখূৎ, মীৎ শের্মজিনবিগনি। অশিবা হকচাং অদু নিযমগী মতুং ইন্না ঈকর্জবিবগা কফন ফি অনীনা যোমগনি। মদু শেম্বদা পূংখাযমুক চঙগনি। মদ লোইবগা পোৎলোইবগী থৌবাং তৌবিগনি। ❑

**গ্লোস্যরী**

| | |
|---|---|
| শিবনী | থৌবম অমা ওইনা অথুম অহাও পীজ পীথক তৌবা |
| অজান | নমাজ শোনবগীদমক কৌবা |
| ইকামট | নমাজ হৌনবগী খুদম পীবা বাখোন |
| আককা | অঙাংগী মশম ককপা, মমিং থোনবা |
| খটনা | লিঙ্গ মতোনগী উনশা ককপা |
| সুন্নট | প্রোফেট মুহম্মদনা তৌবম্না শাজৎ লীচৎ |
| রোজা | মতম কক্লা চাবা থকপা লেপ্পা |
| সহেবী | অহিং মমৈ তাবকপদা চাবা চাকলেন |
| ইফটাব | চবা হেল্লুবদু কাইথোকপা |
| এশা | নুমিদাংগী নমাজ মতম |

তবাবীহ    বোজগী মতমদা নুমিদাং পাঙথোকপা মপূ নী, ঙবগী মওং অমা
চিল্লা    নুমিৎ ৪০নিগী মতম
তসমিযা খ্বানী   চাউবাক্লা চহী মঙাবোম শুবল্লবা নুপামচা নুপীমচা পূন্না অববী তম্বীবা হৌবগী থৌবম অমা

**মতেং লৌখিবা লাইবিকশিং ঃ-**

১। **Indian Mulsim Festivals & customs.**
by - Dr Majda Asad

২। **ইসলাম, ১৯৯৭**
অইবা  মুহম্মদ অব্দুব বহমান

৩। **অখিবতকী লম্বীদা (অহানবা শকক ) ১৯৯৮**
অইবা  এম. এম. বহমান

৪। **The contribution of Muslims to the culture of Manipur (Script)** by- Muhammad Abdur Rahman



সদব বাজাব জামে মসজিদ, ইম্ফাল

# লুহোংবা (নিকাহ)

**বাহৌদোক**

মুসলিম হায়বগা প্লাথবীদা লৈবিবা ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মীপুম খুদিংমকপু খঙনৈ। মণিপুরদা লৈবিবা মুসলিমশিংবু লমদম অসিগী নিংথৌনা অমসুং লৈবাক মীযাম্না "মৈতৈ পাঙল" হায়বগা খঙনৈ। মুসলিমশিংনা নশিং যাম্না লমদম অসিদা যৌবক্নুনা অমসুং নিংথৌনা লমদম অসিগা নুপা পীদ্না যুম্নানবা হৌখি। মতম অদুদগী হৌনা মখোযগী লৈফম চাযম পাদুনা অনৌবা পুন্সি অমা হৌহনখি। মৈতৈগী যুম্নাক শাগৈ লৈবগুম মুসলিম (মৈতৈ পাঙল)গীসু নিংথৌনা মান মানা তৌবা থবক্কী মতুং ইন্না যুম্নাক শাগৈ পীবিবম্মী। মসি পাঙলশিংনসু থবায হকচাং যাওনা লৌবগা লোযননা যুম্নাকশিং অসি শিজিন্নৈ।

পাঙলশিং ইসলাম ধর্ম্ম চৎলি, ধর্ম্ম অসিগী মখাদা লৈবা মবমনা মসিগী লুহোংবগী চৎনবী, সংস্কৃত মশাগী লৈজৈ। লুহোংবদা চৎনবিবা মওং মতৌ অসি মবম খবদা মৈতৈগা খেন্নবা লৈববসু অযাম্বাদি মন্নানা চৎলি। মদুগী মান্নবা অমসুং মান্নদবশিং অদু চাংদম্নদ্রবসু মৈতৈ পাঙলগা লুহোংবদা চঙবা নীতী নিয়মশিং মখাদা নৈনবকপা অসিদগী খেন্নবদু উবা ফংগনি।

মীওই শুবব (নবালক ওইদ্রবা) নুপা নুপী খুদিংমক লুহোংদুনা যুম্নানবা হাযরবসি তৌদবা যাদ্রবা অমনি হাযনা ইসলামনা তাকপীবি। লুহোংদ্রিঙৈ মমাঙদা নুপা নুপা লোন্না হৰ্তাওবা ওসলাম্মা কন্না থিংই, শুকথা যাদে। মসিগুম্বা মওং অসিদি শুকলে লৈহলোইদবনি হাযনা তাকলি। লুহোংবা হাযবসি নুমিৎ খবগী, থাগী নৎত্রগা চহীগী হাযবদি অককনবা মতমগী ওইবা যাদে। মসিদি নুপা নুপীগী পুন্সিদা থানবা যাদ্রবা মবনি। মতম পুম্বগী ওইনা লেঙদবা ওইগদবনি।

পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিমশিং অসি হজরত মুহম্মদ(স্ব)না লৈখিদ্রবা মতুংদা লুচিংবা খনবগী (খালফা খানবা) মতাংদগা হৌবদুনা ধর্ম্ম সম্প্রদায় কযামুক থোবকখি। মখোযশিং অদুগী মনুংদা সুন্নি অমসুং শিআ অসিসু অমনি। মণিপুরদা লৈবিবা মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) অসিসু সুন্নি লাইনিংগী মনুং চল্লি। সুন্নি অমসুং শিআ ইসলামগী মখাদা লৈববসু কাংলূপ অনী অসি মবম খুদিংদা খেন্নবা লৈ।

সুন্নি মুসলিমশিং হনফিযা আইন চৎলি। শিআ মুসলিমশিং লুহোংবদা মতম কক্না লুহোংবা যাই। মদুদা অঙাং লৈখ্রবসু, আইননা যাবা অমা ওইগনি। মসি মখোযগী

পার্সনেল লোদা যাওবা অমনি। সুন্নিশিংদি মসি যাদে।

সুন্নি নুপা অমনা শিআ নুপী অমা লুহোংদুনা লৌবা যাই অদুগা শিআ নুপা অমনা সুন্নি নুপী অমনা লুহোংবদা অথিংবা লৈতে, তৌবতবু মখোয- মখোযগী নুপানা চৎলিবা শবিঅৎ (পার্সনেল লো) অদুগী মখাদা নুপীশিংসু চৎপা তাই, হিংবা তাই।

নিকাহ হাযবসি মুসলিম লোগী মতুং ইন্না মীওই শুববা নুপা নুপী অনীগী মবক্তা থম্বা লেংদ্রবা যানবা/কবাব (Contract) অমনি। তৌনবিবা কবাব নৎত্রগা যানবা অদুদা অথিংবা লৈতবা অমসুং মাযকৈ অনীদা অপনবা লৈহন্দবা ওইগদবনি।

নিযম কাযবা হাযবদি ইবিগুলাব ওইবা মওংগী লুহোংবা কযামুকসু লৈবিবনি। মখোযশিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খবদি-

১। শাক্ষীশিং যাওদনা লুহোংবা (s 245)

২। নুপী মবি লৈবা নুপা অমনা মঙাশুবা নুপী অমা লুহোংদুনা লৌবা (s 255)

৩। ইদ্দৎ লৈবিবী নুপী অমগা লুহোংবা (s 257)

৪। ধর্ম্ম তোঙানবা মবম্না লুহোংবা যাদবা (s 259)

মণিপুবী মুসলিম সমাজদা পাঙথোক্লিবা ধর্ম্মগী ওইবা থবক থৌবমশিংগী মনুংদা লুহোংবা অসিসু অমনি। লমদর্মসিদা অমসুং মণিপুব মপাল লৈবাকশিং অসাম, ত্রিপুবা, বাংলাদেশনচিংবদা চৎনবিবা মণিপুবী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) গী লুহোংবগী মখল মওংশিং অর্দুদি -

ক) অহল- লমনশিংনা হাযন- যানবগা লুহোংবা।

খ) মশা মশানা যানবগী মতুং ইন্না চেল্লগা লুহোংবা।

গ) পীক্লিঙৈদা মমা মপা ওইবশিংনা যানবগী মতুং ইন্না নিকাহ শোন্দুনা মাঙজৌননা থম্বা

ঘ) মশানা যাদনা নমদুনা লুহোংবা।

অহানবা অসিদি মফম খুদিং পাক-শন্না চৎনৈ। মীপুম খুদিংনা ফজবা মওংদা লৌনৈ। অনীশুবা অসিনা মপূং ওইনা মণিপুবদা লৈবিবা মৈতৈ পাঙলনা চৎনৈ। মসি লমদমসিদা লৈবিবা মৈতৈগা পুন্না লৈমিন্নবদগী লৌবকপা মওংনি। মণিপুব মপাল লমদা ম ওং অসিগী লুহোংবসি মশিং যাম্না লিক্লা উবা ফংই। অহুমশুবা মখলগী লুহোংবা অসি হৌজিক্তি মশিং যাম্না হন্থখে, তৌনদ্রে হাযনা লৌবা ফাওবা যাবে। অঙনবা মতম হাযবদি ইংশোক ১৯৫০ গী মমাঙদদি চৎনবম্মী। মসি খঙন-চান্নবা, মরুপ-মপাং ওইনা তিন্নবদগী ওইবকপা মওংনি। মবিশুবা অসিদি শেল উৎলগা মোইথেং তৌবা, কিহনবা, নৎত্রগা নমদুনা মশানা যানিংদনা নিকাহ শোনবনি। মসি তোইনা থোকপা থৌদোক নত্তে। অদুগা হাযবিবা লুহোংবা মখল অসি মুসলিম লোদা যাওদবা, ইসলাম ধর্ম্মনসু যাদবা

মওংগী লুহোংবনি।

মণিপুরদা লৈবিবা মৈতৈ পাঙলশিং অসিসু শরিঅৎ (মুসলিম পার্সনেল লো) চৎলি। শরিঅৎনা পীবগী মতুং ইন্না লুহোংবদা লৌনা লৈনবা যাদবশিং খবা পীবি

১। মপা অমসুং মচানুপী,

২। মযাম্না অমসুং মচে-মচলশিং,

৩। মমা অমসুং মচানুপা,

৪। মখুবা অমসুং মযাম্বগী মচানুপীশিং,

৫। মন্দোমচা অমসুং মযাম্বগী মচানুপাশিং,

৬। মামা অমসুং মযাম্বগী মচানুপীশিং,

৭। মনে, মনেম অমসুং মযাম্বগী মচানুপা,

৮। যোকপীবা মমা অমসুং মচানুপা,

৯। যোকপীবা মপা অমসুং মচানুপীশিং, অসিনচিংবা,

**মৌ য়েংবাঃ**

মীওই মীতৌ মপৃং ফাববা যৃম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবা যাববা নুপা অমগী লোযনবী ওইনবা মমা-মপা ওইবশিংনা মমৌ ওইবা যাবা চহী নৌবিবা হাযবদি লুহোংবা যাববা নুপী অমা মহাক্কী মবী মতা নৎত্রগা মকুপ-মপাংশিংগী মতেং লৌদুনা বা হৌদোক্রে। নুপীগী ইমুংনসু অসুম্ম' ত্ৌনৈ। বাবী শানবা যাবগা পাউ ফংবগা নুপাগী এপা মমা, ইমুং মনুংনা নুপীমচা অদগী লমচৎ শাজৎ, ব্যবহার মহাক্কী মপা অমসুং ইমুং মনুং কবম তৌই, তিন্নবা নুংঙাইগদ্রা হাযবচিংবা থিজিল্ল। নুপাগী ইমুংনা নুপীমচা অদু মমৌ ওইবা পান্নবদি মবী মতা থাদুনা নুপী মমা মপাদা পাউ থাই। নুপীগী ইমুংনসু লৈনগদবা মবী অদু পান্নবদি নুংঙাইবা পাউ পী। মসিবু শিল্লি লাংলিবা মীওইশিং /মবী মতাশিংনা নুপীগী ইনুং মনুংগা যানবগী মতুং ইন্না অফবা নুমিৎ অমা লেপ্পী। নুমিৎ অসিদা নুপাগী মমা মপা, মবী মতা যাওনা অথুম অহাও লোযনবগা নুপী মযুমদা মৌ হাযবা চৎলি। মসিবু যুমজঙ পোৎ পুবা হাযনা খঙনৈ। মসি নুপীগী মযুমদা পাঙথোকপা অচম্বা লুহোং মমাঙগী থৌবম অমনি।

**লুহোংবা মমাঙগী থৌবমশিংঃ**

কনা গুম্বগী মচানুপী নৎত্রগা মচা নুপা যৃম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাহনগে হাযনা খনবা মতমদা মখাগী থৌমবশিং অসিদগী হৌগনি।থৌবমশিং অদুদি

ক) যুমজঙ পোৎ পুবা,

খ) শাগৈ ক্কা যেনবা,

গ) ক্কা খাযবা,

ঘ) পানুকা পুবা।

**ক) য়ুমজঙ পোৎ পুবা**- মসি নুপা নুপী অনীগী য়ুম্বানবগী পুন্সিদা লাক্লবা অহানবা খোঙথাংনি। নুপা ময়ুম্না নুপী ময়ুমদা অচা-অথক মখল-মথেল পুদুনা চৎলগা নুপা ময়ূম অমসুং নুপী ময়ুম শকখঙ মাযখঙনবগী থৌরম্নি। মী যাম্না তিনবা নত্তে। নুপা ময়ুমগী মীওই, মখোয়গী মচিন-মনাও, মবী -মতা অমসুং নুপীগীসু মথক্কী অসিগা চপ মান্ননা যাওগনি। অহানবা য়ুমজঙবগী খোঙচৎ অসিদা চান থক্লবা পোৎ চৈ হাযর্বদি পা ন অমসুং ক্বা, মতম মতমগী ফংবা হৈ-বা, সিগ্রেট, বিড়ি, লফু মনাগী প্লেট অসিনচিংবা ফিকক মঙা তকক্তা হাপ্লগা মৌ নহাশিংনা নুপা ময়ূমদা পুনে। হৌজিক মতমদদি ফিকক্কী মহুত্তা ট্রঙ্ক উপুনা মহুৎ শিনখ্রে।

**খ) শাগৈ ক্বা য়েনবা**- য়ুমজঙ পোৎ পুবগী থবক অসি লোইববা মতুং নুমিৎ অমা লেপ্লবগা নুপা ময়ুমগী মীনা নুপী ময়ূমদা ক্বা পুদুনা চৎলগা নুপীগী শাগৈ নাতৈ, ইমুং-মনুং অমসুং মবী-মতাশিংদা থাজ য়োনজবগী ব্রাবেপনবিবা অদুবু মীযামদা খঙহনবা ওইনা ক্বা যেন্থোকপগী থৌবম অসি পাঙথোকই। নুমিৎ অসিদা পুবা ক্বা অদু মশুং মবী থোক্লা তাহল্লগা মশুংশিং অদু ক্বা মনাদা যোল্লগা নুপীগী শাগৈ নাতৈদা যেন্থোকই। মসিবু শাগৈ ক্বা যেনবা হাযনা খঙনৈ।

**গ) ক্বা খায়বা** শাগৈ ক্বা যেল্লববা মতুংদা শাগৈগী অহল লমন অমসুং নুপী ময়ুমগী মবী-মতাশিং অদুনা তবাম্না যানিংলকপা অমসুং ৬টি শেল ওইবগী ইজ্জৎ ব্যবহাব তৌবিবকপা অদুগী হবাও পাউজেল পাউদম্বা ওইনা ক্বা যেন্থোকপগী থৌবম অসি পাঙথোকই। নুপা ময়ুমগী মাযকৈদগী অহল ওইববা নুপা অমনা ক্বা মক অহুম/মবি লৌবগা মদু মশুং মবি থোক্লা খাযদোক্কনি। মনুং অদু তিন চঙদবা অফবা ওইবম্লর্বদি মদু হবাওনা নুংঙাইবা পার্উনি হাযনা লৌনৈ।

**(ঘ) পানুকা পুবা** মসি লুহোংবগী মমাঙদা পাঙথোকপা থৌবমশিংগী মনুংদা লোইশিল্লকপা মতাংনি। মসি নুংথিলদা পাঙথোক্লে। নুপা ময়ুমগী অহল লমন, মবী মতানা ক্বা, সিগ্রেট পুদুনা নুপী ময়ুমদা চৎলি, নুমিৎ অসিদা নুপীগী ইমুং মনুং, মচিন মনাও, মবী মতা, অহল লমন, মকুপ-মপাং কয়া বার্তৌন তৌনগী মথক্তা লুহোংগদৌবিবা নুপীদুগী মমান্নবীশিং যাওহন্দুনা নুপীমচাশিংগী জগোই ঈশে পাঙথোকপা, হবা ওজবা অসিনা মক ওইবা থৌবমনি। মখোযগী কুম্মৌগী নুমিৎ ওইজবা মতমদি পানকা পুবা অমসুং লুহোংবগী মতম অসিদনি। হৌজিক্কী মতমর্দদি পানুকা পুবদা কবোক খোইদুম, পান অমসুং ক্বা(পুতলাদা হাপকান) হৈ বা, সিগ্রেট, বিড়ি, চু মকক অসিনচিংবা পুদুনা চৎনবে। য়ুমজঙ পোৎ পুবা অমসুং পানুকা পুবা হাযবাস মৈতৈগী ব্রাবোই পোৎ পুবা অমসুং হৈজিপোৎ পুবগী মওংগা মান্নে।

পানুকা পুবা হাযবসি শমজিল্লবা ব্রাহৈনি। পা না অমসুং ক্বা পুবা হাযবান। মণিপুরী

মুসলিমগী লুহোংবা থৌবমদা ক্কানা মরু ওইহল্লি। ক্কা খাযবা, শাগৈ ক্কা যেনবা অমসুং পানুকা পুবা থৌবমশিং অসিগী মরু ওইবা পোৎচঙদি ক্কানা ওই। পানুকা পুবা মতমদা মযোম মচা মচা কযামুক শেম্মী। মদুবু পুতলা হাযনা খঙনৈ। মসি লফু লানা শেম্না অপিকপা মযোর্মনি। লুহোংগদৌবিবী নুপীদুগী মমান্নবীশিংগী পান অমসুং ক্কাগী অখন্নবা শরুক তোঙান্না পুবকই। মদু নুপী মচাশিংদুগী লুচিংবী (গযা মকোক) দা শিন্নে। মসি তৌদবা যাদে। কবি গুম্না শোযবর্বদি নুপা মযুম্না শেল কোংই।

অঙনবা মতমদগী লৈবক্কপা মুসলিমশিংনা মখোযগী চাবোন শুবোনগী মতমদগী হৌনা লুহোংবা নুমিৎ অমসুং মসিগী মমাঙগী থৌবমশিংদা থানবা যাদবা পোৎশক অমা ওইনা ক্কা শিজিন্নবকই অমসুং হৌজিকস্ শিজিন্নবি।

ক্কা হাযবসি থ্বাদগী থৈবকপা বাহৈনি। পান-দি পা-ন মনা নৎত্রগা মনা হাযনা খঙনৈ। মণিপুবদা ক্কা পাম্বী হৌদে অদুম ওইনমক মমাঙঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা ক্কা থাবা হৌদোক্লম্মী, মায পার্কখিদে। মবমসিনা মণিপুবদা অতাংবা পোৎশিংগী মনুংদা ক্কাসু অমা ওইবম্মী। অদুগা মসি লৈবাকসিগী মীওইশিংগী অকে-চিঞ্জাক ওইবম্মী। ক্কা অসি মরু ওইনা নুপীশিংনা যাম্না পাম্লম্মী মবমদি ক্কা চাবনা চীম্বালদা ভাঙলৈনবা মচু পকহল্লি। মসিনা মখোযগী মশক ফজহল্লী। মণিপুবী মুসলিমশিংনা মতমদুগী অতাং-পোং অমসুং অকে চিঞ্জাক ওইনা লৌবগা লোযননা নুপীশিংনা পাম্বা ক্কাবু মৌ থিবদা পাঙথোকপা থৌবমশিংদা চঙদবা যাদবা মরু ওইনা পোৎ ওইহনখি। পানুকা পুবা নুমিৎতা গযা মচাশিংগী (মৌ ওইদৌববী নুপীগী মমান্নবীশিং) ক্কা অমসুং পান তোঙান্না শরুক তম্বগী চৎনবী লৈবর্কখি।

**মহব (dower) ঃ**

যাম্না মরু ওইবা চিগ্নহৌবা যাদবা কুবআন অমসুং শবিঅৎ (পার্সনেল লো ) না পীবা অমদি মহব অসিনি। লুহোংগদবা দামননা মহাক্কা লৌগদৌবিবী গোইনাদা পীবা শেনফাম্ম। মসি গোইনা অদুগী অশেংবা হকনি। নুপানা অমুক লৌশিনবা যাদে। কুবআনদা পীবা মহবগী মবী লৈনবা অযাট (Verse) খবা যেংশি

"অদুগা পীযু নুপীশিংদা মহব অনা হবাও হবাওনা" (কুবআন ৪ঃ৪)

"অদুগা নখোযনা লৌনিংলবদি নুপী অমা অতৈ অমগী মহুত্তা (অহানবগীদু খাযনবগা) অমসুং নখোযনা পীগ্নবসু মখোয অমদা শেল থুম যাম্না, কবিসু লৌগনু মদুদগী। নখোয লৌগে হাযব্রা মদু চুমদনা বদনাম তৌশিন্দুনা অমসুং তশেং তশেংবা অবানবা শিজিন্নদুনা।"(কুবআন ৪ঃ২০)

মথক্কী বাফম অসি ইসলাম ধর্ম্মগা মবী লৈনবা হদিস (Tradition) শিংদসু যাওবি অমসুং শৌগৎলি। লুহোংবা নুমিৎকি মাঙওইননা হাযবদি পানুকা পুবা মতমদা মহব

অসি লেপথোকই। মহব অসি লেপ্পগী মওংদি মতম মতমগী চৎলিবা সনাগী মমল যেংলগা লেপ্লে। ইসলাম ধর্মনা তাইবংপান্দা হেক লৈবকপদগী হৌনা মহব অসি লৈবক্লবনি। লুহোংবা অমদা মহব না লেপ্পবগুম নুপী খায়নবা মতমদসু মহব না অসি অমুক খন্নে। মসি লুহোংবা অমসুং খায়নবা অনীগী তাইনবা যাঙলেন শর্কনি হায়বা যাই। মহবগী শেল ফংদ্রিঙৈ মমাঙদা কনাগুম্বা মী ওই অমনা নিকাহ শোন্নবা হোৎনববদি মদদা নুপীনা অথিংবা পীবা ঙম্মী। পীবিবা শেনফম অদু নুপী অদুনা কান্নগদবা মওংদা শিজিন্নবা যাই। লুহোংবা লোইবগা নুপা মযুমদা থিন্নবা হোৎনবিঙৈ নুপী অদু খঙহৌদনা শিদোকখিবা তারবদি মহবগী শেনফম অদু নুপা মযুমনা অমুক লৌশিনবা যাববোই। নুপী অদুগী হক ওইখ্রবনি।

লুহোংগদবা নুপাবু "দামন" হায়না খঙনৈ। দামন হায়বসি অর্বাবক বাহৈ 'দমন' দগী থৈথবকপনি। অর্থাদি মূর্ত্তিশিং হায়বনি। মসি মৈতৈগী "বব" হায়বদুনি অদুগা লুহোংগদবা নুপীবু"গোইনা" হায়না খঙনৈ। মসিসু মৈতৈ গী"কন্যা"গা মান্নৈ। লুহোংগদবা নুপা অমসুং নুপীগী লোইনবশিংবু "গযা" হায়বগা খঙনৈ। মসিগী অর্থাদি "মকুপ" হায়বনি। মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) গী নুপীমচাশিংনা ফিজেৎ লৈতেং নান্না শেত্তুনা মীয়ামদা উৎচনবগী মতমদি পানুকা পুবা অমসুং লুহোংবগী থৌবমশিং অসিদনি।

**নুমিৎ নীনি চঙনা পাঙথোকপা লুহোংবগী থৌবমঃ**

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙ অমসুং মদুগী হেৎ মতুং মতম খরা থাওনদি লুহোংবদা নুমিৎ নীনি চঙনা পাঙথোকপা যান্না চৎনবন্মী। মওং অসি অঙনবা মতমদা খুন্দাদনা লৈখিবা মুসলিম অহলশিং অদুনা তৌবম্বা, চৎনবম্বা অদু মতুং ইল্লম্বনি। লুহোংবা অসিগী চাউবাকপা শক্তম খরদি

অহানবা নুমিৎকি নুংথিলদা দামননা ফজবরা ফিবোলশিং শেৎলগা কোযেৎ যেৎপদা হৈ শিংলবা মীশক অমনা দামনগীদমক মমৈ পানবা অঙৌবা মচুগী কোযেৎ যেৎপীগনি। মসি লোইবরা মতুংদা দোলাই ফি হায়না খঙনবা অতাংবা মখলগী ফি অসি দোলাইদা থাবগা মথক্তো মোন অমা থন্নগা মদুদা ফমহল্লগা চৎলম্মী। গযাশিংনা মহাক্কী মতুং ইন্দুনা খোঙনা চৎলম্মী। কনাগুম্বনা শামু তোংলগা চৎপসু যাওনম্মী। গোইনাগী যুম যৌবগা ঙাইহক ফমহল্লগা হৌনবী মতুং ইন্না নিকাহগী থৌবম পাঙথোক্লম্মী। মসি লোইববা মতুংদা নুমিদাং বাইবমদা দামনগী কাংবুগা গোইনাগী কাংবুগা মক্লা শান্নৈ নৎত্রগা যুবী লাকপী শান্নৈ। অথেংবা মতমদা ঈশৈ তান্নবগী থৌবমসু পাঙথোক্লম্মী। শক্লিবা ঈশৈশিংগী মনুংদা খুল্লং ঈশৈনা মরু ওইবন্মী।

অতোপ্পা অমনা দামনদা পীজনবা লৈশাবীশিংনা মখল মখেলগী চানবা শেম

শাবম্মী। মদু চ'ন-বগা নৎত্রগা থক্লবগা লোক খুবা,খোঙ হামনিংবনা ফম্বা ঙমদবা অসিনর্নাচি্‌বর্নি। যি ৩ম অদু যেংলগা নুপী মচাশিংনা লোৎনা মখোয মশেল নোক্লবা হবাওজবা অর্দ্নি। মখোযনা শেম্বা পোৎলমশিংগী মনুংদা

১। পান অমসুং ক্বা শেম্বদা লোৎনা থুম হাপচিনবা,

২। হিদাক থক্লবা হানবদা/শেম্বদা লোৎনা মোবোক মকুপ হাপচিনবা,

৩। হবাই থোংবা যেঞ্জাংদা কেগে মক তকখাবগা মকুপ হাপচিনবা,

৪। থাউ ৩ল শেম্বদা মোবোক অঙাংবা মকু শেৎলগা হাপচিনবা, অসিনচিংবনি।

মখোযনা তৌববা থবকশিং অসি হবাও নুংঙাইবগী তৌজবা ফাগী ওইববসু খুদোং চাদবা কযা থোক্লকপদগী নুপা মযুমগী কাংবুগা নুপী মযুমগী কাংবুগা শাউনবা খৎনবা কযা থোক্লবা নত্তে। মদুনা মবম ওইবগা মীযামদা অকাযবা ওইবা যাবা পুম্নমক তপ্ন-তপ্না থাদোক্লবা হৌবকখি।

নীনশুবা নুমিৎতা দামননা শগোল তোংলগা অদুগা গোইনানা দোলাই তোংলগা গয়াশিং, নুপীগী মর্বা মতাশিং যাওনা দামনগী মযুমদা হল্লক্লম্মী। অসুম্না মতমদুগী লুহোংবগী থৌবমদু লোইশিল্লম্মী। হৌজিক্তি নুমিৎ নীনি চঙনা, লহোংবা, অহিং লেকপগী থবকসি তোক্লখ্রে। মথক্তা পীবিবা বাবী পবিং অসি লাইবিক ওইনা , অইবা ওইনা লৈর্বদি নত্তে । চাম্থাং বাবী ওইনা লিশাং শিংনা লৈবক্লবা ঙাক্তনি। মণিপুবী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) শিংনা পাঙথোকপা হবাও কুম্মৈ, শান্ন খোৎনবা পুম্নমক লৈবাক পংজাও থিননা তৌবা নত্তে। মখোযগী সমাজদা মখোযখক্তগী ওইবা থৌবম ওইবম্মী। অদুনা লৌমন্নবিবা অতৈ ফুকপনা উদে,খঙলমদে।

**বার্তোন মশিং পাবাঃ**

লুহোংবা থোক্লদবা নুমিৎ ৪/৫ নি বাৎলিঙৈদা বার্তোন পীবসি চৎনবকই। বার্তোন হাযবগী মওংদি ইমুং ৎপ্না হাযবা, মী অমখক হাযবা নৎত্রগা ইমুং অমদা অনী হাযবা মখোয মখোযগা অপাম্বগী মখা পোল্লি। বার্তোন হাযবদা চীন্না হাযবা চৎনৈ। হৌজিক্তি নমথোক্লবা চেগী বার্তোন পীবা যাম্না চৎনবে। অসাম,ত্রিপুবা বাংলাদেশর্নাচিংবা লমদমশিংদা চীন্না হাযবা ওইবগসু মী মশিংগী ওইনা ক্বা অমসুং মনা পীবা চৎনৈ।

অঙনবা মতমদা লাইবক হৈবগী চাং যাম্না বাৎপনা মশিং থিবদসু চাউববা অবাবা অমা ওইবম্মী। মখোযনা খঙজবা মওংদা ইমুং অমদা মীওই ৫ (মঙা) লৈবর্বদি মদু পযা অশাংবা অমা লৌবগা ৫(মঙা) থোক্লা থুদেকপা অদুগা মী অমত্তা ওইবগনা পযাদু তেম্না থেকপা চৎনবম্মী। পযা অতেনবা অদুগী পন্না মশিং খঙদোকপা অদুগা অশাংবগীসু খঙদোকপা, অপুনবদা অতেনবা অমসুং অশাংবা পুনশিল্লগা বার্তোনগী মীশিং লাইনা খঙবা ঙম্লম্মী। বার্তোন ফংলিবা মীওইশিং অদু অযাম্বনা লুহোংগদবা নুপা অমসুং নুপীগী

মকুপ-মপাংনা অযাম্বনি। লুহোংবগী পীজ -পীথক তৌবা অদু নুপা মযুমনা মখোযনা ঙম্বা থাক্তা অদুগা নুপী মযুমসু মখোযগী ঙমজবীদা শিল-লাংদুনা পীজনবম্মী। মও২ অসি হৌজিকসু চৎনবি।

**পুরজাকঃ**

মসি অচৌবা মখলগী মীযাম হাযদুনা চাক পীজবনি। লুহোংবা নুমিৎ হাযবদি দামন-না গোইনাগী মযুমদা চৎপগী নোংমা মমাঙদা নুপাগীসু নুপীগীসু মান-মানা ঙমজবা মযুম মযুমদা শেম-শাদুনা লৈকাই লান্না বার্তোন পীদুনা নুমিদাংদা পীজ-পীথক তৌনৈ। মসিবু 'পুবজাক' হাযনা খঙনৈ। পুবজাক হাযর্বসি উর্দু ৱাহৈ 'পবচুন' দগী থৈথকপা ৱাহৈ ওইগনি হাযনা অখঙ-অহৈশিংনা মোত পীনৈ। পবচুন হাযবদি 'চাক' হাযবনি। পুবজাকপু লুহোং-চাক হাযবগসু খঙনৈ।

মণিপুবদদি পুবজাককী থৌবম অসি পীকতক্রা পাঙথোকই। মীওই খবা খকপু পীজ-পীথক তৌই। মদুগী নোংঙানবা হাযর্বদি দামন খোঙশানবগী অযুক্কী মতমদা চাউনা শেম-শাদুনা পুং ৯ তাবকপা অসিৱাইদা পীজনৈ। অমবোমদা মণিপুবগী মপান্দা লৈখ্রিবা পাঙলশিং -অসাম, ত্রিপুবা অমসুং বাংলাদেশর্তদি পুবজাক হাযববদি চাউনা পাঙথোকনৈ। নুমিৎ অসিগী নুমিদাং পুং ৬/৭ কী মনুংদা পীজ-পীথক তৌনৈ। মসি লোইবগা ঈশৈ-নোংমাইগী থৌবম নোংঙানবা ফাওবা চৎথৈ। পুবজাককী নোংঙাল্লগা অযুক্তা দামন থিনবদা যাওগদবা মকপ মপাংশিংবু চাক পীজনৈ।

**থোং-থাকপা অমসুং শেম-শাবাঃ**

মণিপুবী মুসলিমগী লুহোংবদা যামদ্রবদা মীওই ৫০০/৬০০ তি চাক পীজৈ। মীযাম অসি পীজ পীথক তৌনবগীদমক শেম শাবা অমা চঙই। থৌবম অসিগীদমক অহল ওইর্বাশিংনা যেঞ্জাং থোংনবা লৈবং তৌই। মদু ফুট ৩ দগী তাদনা লৈবাক লৌথোক্লগা শেম্বনি। লৈবং মফম ৪/৫ পবেং ওইনা শেম্মী। মদুদা শা অমসুং হৱাই খাঙ



অচৌবা ৪/৫ দা থোংই। যেঞ্জাং থোংবগী থবক অসি অহল ওইবা মীওশিংনা পাঙথোক্লে।

চাক থোংর্বদি পাখঙশিংনা তৌই। মগোঙ অহুম পানবা যোংশবী ৭/৮ পবেং ওইনা মবক অদু ফুট অমগী চাং লাপ্নহল্লগা থোংবা হৌই। থোর্ংলবা চাক অদু চফ্দগী লৌথোক্লগা পোলাং অচৌবা অমদা মনুং অদু লফু লা থাজিল্লগা মদুদা হাপ্পী। পোলাংশিং

অদু অহল ওইববা মীওইশিং মদু শাবা হৈবাশিংনা শেম-শাই।

অহল ওইববী নুপীশিংনা ক্বা খাযবা, তিল্লগদবা মীযাম অদুনা চাক চাবদা শাজিন্নগদবা লফু লা তৈথোক-নাম্থোকপা অমসুং খাযদোক্লবা ক্বাশিং অদু মনাগা কোন্নদা 'পু তলা' দা হাপচিনবা অসিনচিংবনি।

মৌশিংনা যেঙ্গাং থোংবদা চঙবা মচলশিং তিলহৌ, চনম, যাইঙং, জিবা অসিনচিংবা শেম শাই। মখোযনা থক্লবা ঈশিং শোকচিন্দনা থম্মী।

মণিপুরদদি লুহোং চাক অসি অযুক্তা ওইনা পীজনৈ। অদুনা পুবজক্কী অহিংদগী চাক যেঙ্গাং থোংবা হৌনৈ। চাক চাবগী মতম্না চাউবাক্লা অযুক্কী পুং ৯ তাবা অদুৱাইদা চাগল্লি। অমবোমদা মাণপুর মপাল লমশিংদদি পুবজাক ওইগদবা নুমিৎ অদুগী নুংথিলদগী থোং- থাকপা হৌবগা নুমিদাং পুং ৬/৭ অদুবাইদা পীজ-পীথক তৌনৈ।

**চাবা থকপগী নিযমঃ**



মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) ফকংপক্কী চাব থকপা চৎনগদবা নিযমাশং লৈজে। মসি ইসলাম ধর্ম্মগী মখাদা লাকপা ঙাক্তনি। নুপা নুপী পল্লপ মংম অমদ চামিন্নবা যাদে। নুপাশিংতগী ওইবা ফমফম শেমগনি। ফম্না মতমদা ফক থাবগা মদুগী মথক্তা ফিদাসু থানৈ। নুপাশিং চাবা লোইবগা নুপাশিংগী পুল্লপ চানবা শেম-শাই। নুপাশিং হান্না পীজখ্রে হাযদুনা চানবা চাক যেঙাং বাৎকনি হাযবগী পাখৎনি ঙাই লৈতে। বাতৌন ফংখ্রবা পুম্নমক্কা কোংনবা শিনখ্রবনি। মুসলিমগী কলচবদা নুপা নুপী পুল্লপ ফমিন্নদুনা চামিন্নবা যাদে। নুপানা তোঙন অদুগা নুপীসু তোঙান ওইগদবনি।

নুপাশিংগা ওইববসু নৎত্রগা নুপীশিংগী ওইববসু চানবা হাপত্রিঙৈদা চাক চাবদা যাওগদবা মী ওইশিং অদু ফকতা পবেং পবেং ফমহল্লগা অহানবদা নুপা ৪/৫ না মাযকৈ ২/৩ দগী "চিল্লমচি" (মেটলনা শাবা খুৎ চাম্নবা পাত্র) পাযদুনা খুৎ চামহনগনি। মসিবু 'খাজুম তৌবা' হাযবগসু খঙনৈ। মসি হেক লোইবগা লা থাদুনা মদুদা মী ওই ২/৩ না থুম যেনগনি। মী ওই ৬/৭ না চাক হাপ্পা হৌগনি। অহল ওইবা মী ওই ২/৩ না শা খোংবা হাপকনি। অদুগা অতৈনা হবাই খোংবা হাকপনি। শিল লাংবা অসি হেক লোইবগা অহল ওইবা মীশক অমনা নৎত্রগা মৌলবী অমনা চাবা তৌনবা "বিসমিল্লাহ" (হৌজবি ঐনা অল্লাহগা মিংদা) হাযনা হাযবকপগা লোযননা ফর্মলিবা মযাম অদুনা মশা মশাগী মমাঙদা লৌবিবা থুম অদু খুদোম্বীনা নম্লগা লৈতোন্দা খজিক তংগনি। মসিগী মবমদি

থুমহি অসি অহানবদা চাকখাওদা তাহনবনা চাবা তুম্বগী চাং অদু যাম্না হেলহল্লি। মদুগী মতুংদা চাবা হৌগনি। নিযম অসি নুপাগী অমসুং নুপীগী অনীমক্তা চপ মান্নে। চাবা থকপা লোইশিল্লকপদা খাজুম তৌগনি হাযবদি চিল্লমচি পাযদুনা মীপুম খুদিংমকপু খুৎ শেংহনগনি। লোইশিল্লকপদা তিল্লিবা মীযাম অদুদা ক্বা, সিগ্রেট যেনগনি। ক্বা চাদ্রিবৈ মমাঙদা দুআ (নিজবা/হাযজবা) তৌদুনা চাব-থকপগী থৌবম অদু লোইশিনিগনি। মসি হেক লোইবগা নুপী কাংলূপ পীজর্গনি। নুপী কাংলূপ চাক পীজবা অসিবু "মাইকুপ চাক খাঙবা'হাযনসু খঙনৈ। "মাইকুপ' হাযবদি "ইমাগী মকুপশিং' হাযবনি। মসিদসু মমাঙদা তৌখিবা অদুগুম্না চপ - মান্ননা শিল-লাংই। মণিপুবগী মপান্দা খুন্দাদুনা লৈখ্রিবা মৈতৈ পাঙলশিং অসাম, ত্রিপুবা অমসুং বাংলাদেশতা লৈবিবশিংসু মথক্তা পীবিবা নিযম অসি চপ-মান্না চৎলি, খেন্নবা লৈতে।

**হরাও-কুম্মেঃ**

মৈতৈ পাঙলগী তোঙান্ন হবাও-কুম্মে লৈতে। ফুকপ অসিগী মীওইশিংনা মরু ওইনা নুপী মচাশিংনা লৈজবা ফিবোল শেৎতুনা হবাওজবা, নুংঙাইজবসু লুহোংবগী থৌবম অসিদনি। লুহোংবা অমদা পাঙথোকপা হবাও-কুম্মেশিংগী মনুংদা মখাগীশিং অসি পনবা যাই।

ক। দামনগী ইমুংদা নুপাশিংনা ঈশৈগী থৌবমশিং পাঙথোকপা,

খ। গোইনাগী ইমুংদা নুপীশিংনা ঈশৈ পাঙথোকপা,

গ। দামন অমসুং গোইনাগী কাংবুশিং নুপী মযুমদা মুক্বা শান্নবা নৎত্রগা যুবী লাকপী শান্নবা,

ঘ) দামনগী কাংবুগা গোইনাগী কাংবুগা ঈশৈ চাংদম্নবা, অসিনচিংবা।

মথক্তা পীবিবা(গ) অসি মণিপুবী মুসলিম সমাজদা লুহোংবগী থৌবম নুমিৎ নীনি চঙনা পাঙথোক্লিকৈঙে মতমদা মুক্বা কাংজৈ শান্নবপ্নি। হৌর্জিক্তি মসি লৈত্রে।

ঈশৈ নোংমাইগী থৌবমদি মাঙবা নত্তে। হৌজিকসু চৎনবি, শকলি। পুবজাক নুমিৎকী নুমিদাংদা তিল্লিবা মীযাম অদু পীজ পীথক লোইবগা নুপা মযুমগীসু নুপানা অদুগা নুপী মযুমগীসু নুপীনা শক্কনি। শক্কবিবা ঈশৈগী মখলদি মঅবিফত (সমা), গজল, নাত-ই বসুল, জগোই ঈশৈ অসিনচিংবনি। জগোইদি নুপী মচাশিংতগী ওইবা জগোইনি। শাবগী মওংদি নুপীমচা অনী ফুট মবীমুক লাপ্পনা লেপ্লগা মযাম মযাম ওনশিন্নবগা শাবা জগোইনি। নুপাগী শক্তম লৌবা তাববসু নুপী মচাশিং অদুনা অদুমক শাজৈ । হাযবিবা মওং অসি মণিপুব মপান্দদি চৎনদে। ঈশৈ মতেক অমা যেংশি-

(১)
থোইনৌ ইতা তাববা,
হৈবাংখোই হৈমৈ তাবিদো
তাওজিং মপাল শাহৌবে
খোইমুই থবক কংহৌবে ।।

লাংওল লাংওল চান্নবী '
পোন্নম্বী চা ন তাওজিং মপান্না
লোন শাং ননা চীন্দম্বা হৈমী তম্বনা
খোইমুই থবক কংবনি ।।

(২)
নুমিদাং কোযবা পাখং ও,
নুমিদাং থেংনা কোযগনু
চবৈ ফিজোল মোৎকনি
কোযগনু ।

মোৎলবসু মোৎসনু
বেপাবদা সাপোন তাংদে যে
তুবেলসু ঈশিং কাংদে যে
হোঃ মবেম্মা শিজ লৈবগী কোযবনি ।

তশেংনমক হাযবা তাববদি ঈশৈ শক্লিবা, জগোই শাবিবা পুন্নমক ওজা শুরু নাইনা তম্লুবা নত্তে। মখোয মশাগী শেম্থোক লম্বী ওইনবা হোৎনরুবসু নত্তে। কলা মখল অসি অঙনবা মতমদগী লিশাং শিৎনা চৎনবকপা অদু মখোযগী অহল লমন, অখঙ অহৈশিংদগী তমহৌবা হৈহৌবা ঙাক্তনি।

**লুহোংবদা শেৎপা ফিবোলঃ**

লুহোংবা নুমিত্তা দামননা পাঠানশিংনা শেৎপা ফিজোলগী মওং নৎএগা কুবটা পৈজমা শেৎাল। অঙনবা মতমদা যৈজোম পুমযাৎসু শেৎনবম্মা। কোযেৎ শিজন্নৈ। কোযেৎ মখল অনী লৈ । মখলশিং অদুদি

১। অজামব মতোক অমসুং মমৈ পানবা কোযেৎ।

২। তাব্রন মতম তাবা কোযেৎ।



টুপি উপ্পসু চৎনৈ। টুপি মখল মথেল যাম্না লৈ। মখোয মখোযনা পামজবা টুপি শিজিন্নবদা অথিংবা লৈতে। মণিপুব মপাল লমদা টুপিনা ঙম্না শিজিন্নৈ।

গোইনানা শেৎপা ফিবোলগী মনুংদা ফনেক মপান লোনবা নৎত্রগা সাডী শিজিন্নৈ। কনাগুম্বনা পোৎলোয শেৎপসু যাওই। শোযফদবা হাযবদুদি ওইদে। পোৎলোয শেৎপা অসিবু মণিপুব মপাল লমদা 'গোমিন শেৎপা' হাযবগা হেন্না খঙনৈ। মকোক্তা কজেংলৈ হাপ্পী। মসিমদি লুহোংবা খুদিংদা তত্তনা শিজিন্নৈ। ঙল্লিবঁৈ মতমদা গোইনানা হিগোক্কী বেলবেট ফুবিৎ লিৎপা যাম্না চৎনবন্মী। হৌজিক্তি মশা মশানা পামজবা ফুবিৎ শিজিন্নবে।

লুহোংবা অসিদা যাওবিবা অমসুং লোইনবিবা দামনগী মকুপ (গযা) শিংসু অঙৌবা ফিজোল শেৎলি, টুপি উপ্পী।

**পোৎ লানবাঃ**

দামননা ফিবোল শেৎপা লোইবগা খোঙশানদ্রিঙৈ মমাঙ হাযবদি দামন না মশাগী মযুমদা লৈবিঙৈ মাঙ্গোল নৎত্রগা মাগুপতা ফক নৎত্রগা চৌকি অমদা মোন অমা গল্লগা মদুগী মথক্তা ফমহনগনি। লুহোংবা অদুদা বার্তোন ফংদুনা লাক্লিবা অহল লমন, মবী মতা, মকুপ মপাং শুনা তিল্লবা মতমনি। অহানবদা মমা, মপা ওইবশিংনা মচা নুপাদা নুংঙাই যাইফনা লৈনবা দুআ তৌবিদুনা (শেল নৎত্রগা পোৎচৈ পীদুনা) মকো ক্তা নাম্থবী। মসিগী মতুংদা মবী মতা,মকুপ মপাংশিংনা মান মানা পীনিংবা পোৎ নৎত্রগা শেল পীনৈ। নিযম অসি গোইনাদসু মহাক্কী মমা, মপা, মবী মতা,মকপ মপাংশিংনা নুপা মযুম চৎত্রিঙৈ মমাঙদা চপমান্নবা মওংদা পাঙথোক্লে।

**দামন খোঙশানবাঃ**

দামননা মহাক্কী মকুপ (গযা) শিং, অহল লমন খবা লোযননগা চাউবাক্লা নুংথিল পং অনী (২) অদুবাইদা খোঙশানবা হৌই। চৎপা মতমদা শাগোল তোংলগা চৎলি। অঙনবা মতমদদি শামু তোংলগা চৎপসু যাওবন্মী। দোলাই তোংলগা চৎপসু ফজনা চৎনবন্মী। নুপীনা নুপা মযুমদা লাকপা মতমদা দোলাই তোংদুনা লাকই। হাযবিবা পূম্নমক অসি হৌজিক্তি লোযনা তোকথোক্লগা মতমগী মতং ইন্না কাবদা ওইনা ওন্থোকখ্রে। নুপী মযুম যৌববা মতুংদা যুমগী মঙ্গোলদা নৎত্রগা মাগুপতা পাঙ্গুলশিংনা

শিজিন্নবা দোলাই হি, লৈকুম ফিনচিংবা অতাংবা মখলগী ফি থাদুনা ফমহল্লি। ফম্না মতমদা যুমগী থোঙজাও মপাদা মমায থোঙজাওবোমদা ওনশিলহল্লগা গযাশিংনা যেৎ ওইদা লৈবগা কোইবপ তৌনা ফমহল্ল। দামনবু মোন অমগী মথক্তা ফমহল্লি। মসি র্তিল্লবা মীযাম্না মশক শেংনা উবা ঙম্লবনি। লাক্লিবা মীযাম অদু ফমহল্লবা মতুংদা নুপাগী মাযকৈদগী অহল ওইবা অমনা মযোম অহুম (পুতলাশিং) পুথোক্লুনা নুপীগী মাযকৈদা লৈবা অহল ওইবা সভা অদুদা যাওবা অমদা ক্কাগী মযোম অমা পীগনি। মসিবু 'সভা বাতোন' হাযনা খঙনৈ। লেমহৌবিবা অনী অদুনা লুহোংবগী ব্রকিলদা অমা, গব্রাহ অনীদা অমা পী। মসি মণিপুরগী মপাল লমদা যাম্না চৎনৈ।

**নিকাহগী থৌবমঃ**

হৌনবী মতুং ইন্না র্তিল্লবা মীযামগী মবক্তগী মৌলবী অমবু 'কাজী' (জজ) হাপ্লগা মহাক্না বকিল অমা অমসুং গব্রাহ (শাক্ষী) অনী গোইনাগী কাংবুদগী নৎত্রবস মহাক্না মবা মতাশিংদগা নিকাহ অসিগীদমক খনগনি।



হাপ্লবা কাজা, বকিল অমসুং গবাহশিং অসি লুহোংবা অসি পাঙথোকপা যানবগীদম ক্তনি। তুং কোইনা লৈগদবা নত্তে।

কাজীনা বকিল অমসুং গবাহশিংবু কৌশল্লগা দামন অমসুং গোইনা অনীদা মখোয মখোযনা লুহোংদুনা যুম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাগদৌবিবা অসিদা তৌগদবা অমসুং পাঙথোক্কদবা হাবম খবা খঙদোক্লবা দামন অমসুং গোইনাদা ব্রাহং খবা হংলুনবা হাযগনি। হংলুবা অমসুং পীবকপা পাউখুম অদু র্তিল্লবা মীযামদা ব্রকিল অদুনা তমুদনা তাহনগনি। গবাহ অনীনা চুম্মী হানযা খুমগনি।

কাজীনা যাথং পীবগী মতুং ইন্না অহানবদা বকিল অদুনা মাঙ থাবগা গব্রাহ অনীদুগা লোযননা গোইনানা লৈবিবা মফম অদদা চঙলক্লগা দামন অদুগী মমিং, মপাগা মমিং, লৈফম অমসুং লুহোংবগাদমক লেপ্লখিবা মহবনা-নচিংবা হাযবগা তাহনগনি লোযননা নহাকপু নিকাহ শোনবা লাক্লিবসি নশানা যানিংলব্রা নৎত্রগা যানিংদব্রা' হাযনা হংগনি। যানিংই নৎত্রগা যানিংদে হাযনা গোইননা খুমলকপা পাউখুম অদু গব্রাহ( শাক্ষী) অনী অদুনা মুন্না তাগনি। গবাহ অনামক চৌনখুম অমত্তা ওইগদবনি। ব্রকিল অদুনা গব্রাহ

অনী অদুদা গোইনা ওইরিবী নুপীমচা অদুগী পাউখুম নখোয় অনী শেংনা তাবব্রা হায়না অমুক হংগনি। গৱাহ অনীনা তারে হায়দুনা পাউখুম পীরকপগা লোয়ননা ৱকিলনা লমজিংদুনা কাজী (জজ) অদুগী মমাঙদা মখোয় অহুম্মক হল্লক্কনি। ৱকিলনা কাজীদা সলাম তৌগনি লোয়ননা গোইনাগী পাউখুম অদু চপচানা পাউদমগনি। কাজীনা গৱাহ ওইবিবা অনীদা নখোয় নুপীমচা অদুনা পীরকপা পাউখুম অদু শেংনা তারকপ্রা, শোয়দ্রব্রা হংগনি। গৱাহ অনীনসু তারকই, শোয়দ্রে হায়না খুমগনি।

গোইনাদা হংবা ৱাহং অদুগুম্না দামন অদুদসু কাজীগী য়াথং মতুং ইন্না হংগনি। গৱাহ ওইরিবা অনী অদুসু য়াওগনি। গোইনাদা পীফম থোকপা মহরনা শুনা পীরব্রা? নুপীমচা অসি অকি - অখঙ, ওৎ-নৈবা, অৱাবা পীদনা থম্বীগদ্রা? হাযবনচিংবা ৱাহংসু হংনৈ। ৱকিলনা গৱাহ ওইরিবা অনী অদুদা দামনগী পাউখুম তারব্রা হায়না হংগনি। গৱাহ অনীনা তারে হায়না হায়বগা লোয়ননা মমাঙদা তৌবগুম্না ৱকিলনা লমজিংদুনা মখোয় অহুম্মক কাজীগী মমাঙদা লেপকনি অদুগা দামনগী পাউখুম চিথদনা তমগনি। কাজীনা গৱাহ অনীদা মখোয় শেংনা তারব্রা হংগনি। গৱাহ অনীনা তারে হায়না খুমগনি। পাউখুম তারবা মতুংদা কাজী ওইরিবা মৌলৱী অদুনা খুতবা (sermon) অমসুং কুরআনগী আয়ট (Verse) খরা শোল্লগা দামন অমসুং গোইনা অনীমক্কী যুম্বাল লম্বীদা খোঙদানবগীদমক দুআ (নিজবা, হায়জবা) অমা তিল্লিবা মীয়ামগা লোয়ননা অল্লাহদা হাযজা-নিজৈ। অসুম্না লুহোংবদু লোইশিল্লি।

লোইশিল্লকপা মতমদা দামনগী কাংবুগা গোইনাগী কাংবুগা ঈশৈ-নোংমাই পাঙথোকই, কাঙজৈ শান্নে। অদুবু হায়রিবশিং অসি হৌজিক্তি পুমলেপ লেপখ্রে। মসিনা পাঙলগী হরাও-কুম্মৈগী মথেল অমা ওইরম্মী।

গোইনা ওইরিবী নুপী মচা অদুগী য়ানিংবা/য়ানিংদবগী মচিন হংবদা কনাগুম্বীদি মচিন থোক্লা য়ানিংই হায়না খুম্নে। খরা ইকাইথিগনবী নুপীওইরবদি করিমত্তা খুমদনা তুমিনা লৈশিনবসু য়াওই। মদু মহাক্কা লোইনরিবী মমান্নবী অদুদা লোন্না হায়বগা মমান্নবী অদুনা ৱকিল অমসুং গৱাহদা তমদুনা তাহল্লি। ৱকিলনা অমুক্কা হন্না হায়রিবসি চুমলব্রা হায়না হংবদা মদু চুম্লে, য়ারে হায়বসি ইঙ্গিৎনা ফোঙদোকই। মসি হান্নন য়ানরবা ৱাফম্লি। অদুবু নুমিৎ অদুদা পাঙথোক্লিবা লুহোংবগী থৌরম অদুদা ৱকিল অমসুং গৱাহ অনীনা হংবা অমসুং তাবগী থবক তৌরিবসি নুপীমচা অদুগী মচিন, অশেংবা ৱাফম অদু তিল্লিবা মীয়ামদা খঙহন্নবনি।

**হিনাম হনবা**

মণিপুরী মুসলিম সমাজদা নুপা অমগা নুপী অমগা লুহোংলবা মতুংদা নুপী অদু মপামদা মহাক্কী নুপাগা লোয়ননা মতম খরগী ওইনা লাক্কুনা লৈবগী চৎনবী লৈরকই।

অসুম্না লুহোংশ্রবী মচা নুপীনা মহাক্কী নুপাগা লোযননা মপামদা মতম খবগী ওইনা হনববু মণিপুরী মুসলিমশিংগী চৎনব্রাহৈদা 'হিনাম হনবা' হাযনা খঙনৈ।

হিনাম হনবগী মতম লুহোংবা নুমিৎতা নুপা মযুমদা নুপী থিল্লকপা নুপী মপামগী মীগা নুপা মযুমগী মীগা খন্নে অমসুং যানবগী মতুং ইন্না মদু লুহোংবা নুমিৎ মতুং হুমনি নৎত্রগা মঙানি নৎত্রগা তবেৎনি শুবা নুমিৎতা লেপ্পে।

মতম শাংনা মথাদা কোন্দুনা নাওযোকচবক্লবী মচা নুপীনা লুহোংদুনা নুপা মযুমদা চৎখিবদা কাযনবগী অবাবা পোৎলুম পুহৌবিবসি মমা ওইবিশিংনি। মসিগী মতাংদা অরাবা ফোঙদোকপগী মওংদু Dictionary of Islam দা অসুম্না পল্লি -

"The poor mother has, perhaps, had many struggles with her own heart to save her daughter's feeling during the preparation for departure but when the separation takes place, the same is affecting beyond descripiton I never witnessed any thing equal to it in other societies, in deed so powerfully are the feelings of the mother excited,that she rarely acquires her usual composure until her daughter is allowed to resist her, which is generally within a week after her marriage

"Indian Muslamans Vol -I page -46 quated in Dictionary of Islam, -page 321.

হিনাম হনবগী মওং অসি মণিপুরবগী মপান্দা খুন্দাদুনা লৈখিবা পাঙলশিং অসাম, ত্রিপুরা, বাংলাদেশনচিংবদা তৌবা মওংগা মণিপুরদা চৎনবিবা অসিগা খবা খেন্ননা উবা ফংই। লুহোংবা নুমিৎ অদুগী থৌবম লোযশিল্লগা খুল থংনববদি নৎত্রগা গাডীনা যৌশিল্লকপা যাবা খুল ওইববদি দামনগী মযুমদা গোইনা পুবক্লগা পুংখায পুংমুক লৈবল্লগা দামনগা লোযননা গযা অমা নৎত্রগা অনী যাওনা গোইনা পুদুনা নুপী মযুমদা হল্লি। মসিনা মপাল লমগী হিনাম হনবগী মওং অদুনি। নুপা অমসুং নুপীগী অহল লমনাশিংনা যানবগী মতুং ইন্না গোইনা অদু লুহোংবা নুমিৎতা পুবকপসু যাওই নৎত্রগা থল্লম্বসু যাওই। কাবিগুম্না থল্লম্বা তাববদি নুমিৎ অমা লেপ্লগা নুপাগী মমা নৎত্রগা মপা যাওনা লৈকাইগী মৌ অমা নৎত্রগা অনী লোযনবগা অমুক লৌকগনি। মসিবু 'মৌ কৌবা' হাযনা মণিপুরী মপাল লমদা চৎনবি। ❏

## গ্লোস্যাবী

| | | |
|---|---|---|
| নিকাহ | - | লুহোংবা |
| গযা | | মকপ (লুহোংবগী থৌবম যাওবা বব অমসুং কন্যাগী মকপশিং) |
| মহব | - | কুজপোৎ, নুপীনা নুপাদগী ফংবা মবল (সনাগী লীক-লৈ, শেৎন-ইন্নবা ফি-অসিনচিংবা) |
| দামন | - | বব |
| গোইনা | - | কন্যা |
| অযাট | - | শ্লোক |
| হদিস | | মুহম্মদকী ৱাখল, ফিজেৎ, চাকচাগী ৱাবোল |
| পুবজাক / পবচুন | - | লুহোংবগী মমাঙ নুমিদাংদা পীজবা চাকলেন |
| পুতলা | - | ক্বা অমসুং মনা যাওবা মযোম মচা |
| চিল্লমচি | - | খুৎ হাম্বদা ঈশিং যা-নবা পাত্র |
| খাজুম | - | মী অমনা ঈশিং হৈদুনা অহৈবু খুৎ হামহনবগী থৌবম |
| মাইকপ | - | ইমাগী মকপ |
| কাজী | - | বিচাবপতি |
| ৱাকিল | - | উকিল |
| গবাহ্ | | শাক্ষী |
| খুতবা | - | ধর্ম্মগী পাউতাক পীবা বাবোল |

**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং -**


1 **Mahommedan law, 1977**
by - D F Mulla

2 **Mohammedan Law, 1997**
by - B R Verma

3 **Dower & Islamic Social System, 2007**
by - Prof U H K Ghouri

4 **পাঙলগী খুনুং ঈশৈ, ১৯৮৫**
সম্পাদকশিং - মুহম্মদ অব্দুব বহমান/ মুহম্মদ কযামুদ্দিন

5 **মিংশেল Vol 6/7 Oct/Nov. 1983**

6 **সাহিত্য 107 issue, Feb 2000**

7 **ৱাখল 136-139 issue, March/June, 2008**

8 **নীংশিং চেফোঙ** - Manipuri Muslim Development Orgn Feb 2003

# নুপী খায়নবা (তলাক)

নুপা অমগা নুপী অমগা যাম্না চেকশিন্না অমত্তা ওইবা পুন্সি মবেল অমা লেনবা ঙম্লিবা অমসুং লাক্কদবা তুংগী পুন্সিদা অপনবা লৈতনা হিংবা ঙম্লিবা পূম্নমক অসি যুম্বানবা হায়বা অসিদগী লাকপনি। মুসলিমগী লুহোংবসি কবাব অমনি হায়বসি মমাঙগী পান্দুপশিংদা পনখ্রে। লুহোংলবা নুপা নুপীনা ৱাফম অসিবু লায়না অমসুং থৌওইদনা লৌনবদি কায়নবগী মচাক অমসু ওইবকই। যানদ্রবা নুপা নুপীনা মখোয়গী ৱাখলদা যুম্বানববু ইযাং যাংনা লৌনবকপা অসনি। খায়নববা মতুংদা য়াম্না থুনা মান-মানা পাম্না মওংদা অমুক অনৌবা যুম্বাল অমদা খোঙদাবসু যাওবিবনি। মী অমনা মশাগী নুংঙাইনবা অমসুং ওইজগদবা অদোমদা ৱাখল খনবা হৌবকই। হৌখিবা পুন্সি মতাং অমদা শোযখিবদু মী ওইবগী থৌদোক ৱাথোক কযাদা মদুনা মক ওইনা লৌবগা নিংহন্নবা কয়া লাক্কবা নত্তে।

অঙাং লৈতবা মতৈ মনাওনা শাওনৈ, তত্তনা খৎনৈ। মসিনা অঙাং লৈবা মতৈ মনাওদগী অঙাং লৈতবা মতৈ মনাওনা খায়নবগী চাং যাম্না ৱাংবা হেল্লি। খায়নবা হায়বসি অশাওবনা মাঙওইনবগা মদুনা অচৌবা মবম অমা ওইবক্তুনা মতৈ-মনাওগী মবক্তা খাযবুং খাযবুং তাবকই। মসিনা খায়নবগী মবম চাউনা ওইবকই।

মুসলিম বার্ল্ডদা চৎনবিবা নুপী খায়নবগী মওং, নিয়ম অদুগা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) হায়বিবা ফুকপ অসিনা ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মবম্না হীবম খুদিংদা মান্নৈ।

মুসলিমগী (মসিদা মণিপুরদা লৈবিবা মৈতৈ পাঙলসু যাওববনি) লুহোংদুনা যুম্বানবগী চৎনলোন অসিদা খোঙদাববা নুপা নুপীনা মোত তিন্নদবা লাক্তুনা তোঙান তোঙান লৈনবা যাওবকই। মসিনা 'তলাক' হায়বদি খায়নবা হায়বসি ওইবকই। তলাক হায়বদি থদৎপা, মরী লৈনদবা হায়বনি। বাহে অসিমক অববিক লোননি। মুসলিম লো (হেদায়া)গী মতুং ইন্না মরী থদৎপা, লোইশিনবা হায়বনি।

নুপী খায়নবসি মখাদা পাবিবা মবম অসিদগী অমদা হেক্তা ওইবা য়াই।

১। নুপানা মহাক্কী অপান্নদা কোর্টকী মতেংনা খায়নবা;

২। নুপা নুপী ভাব তানা যানবগা মদুসু কোর্টকী মতেং লৌদনা খায়নবা;

৩। নুপানা নৎএগা নুপীনা কোর্টতা কেস ওইনা ৱাকৎলগা কোর্টনা পীবা বাইগী মতুং ইন্না খায়নবা।

নুপী খায়নবসি মাওই মীতৌ শুববা হায়বদি বালিগ ওইববা মীওইনা খায়নবা

যাই। মীশক অদু ৱাখল চোইদবা ওইগদর্বনি। হর্নফিযা লোগী মতুং ইন্না খাযনবগী থবক অসি নুপাদা শক্তি পী। নুপীদা পীদে, অদুবু সাফি লোর্দদি নুপীনসু মহাক্কী নুপা খাযনবা ঙম্মী।

খাযনবসি অইবা থমদ্রবসু চীনহাযনা খাযনবা যাই। মসিসু অদুম চৎনৈ, মুসলিম লোনসু য়াই। অইবা থম্বসু যাই। অইবা থল্লগনা মদুবু 'তলাকনামা' হাযনা কৌই।

চীননা ফোঙদোকপা ওইবগদি থোইদোক্লা অকক্লবা মওং লৈতে। খাযনবা (তলাক তৌবা) মতমদা নুপীগী মমাঙদা হাযগদবনি হাযবা অকক্লবা লৈতে। অদুম ওইনমক মহাকপু খাযনবগী মবমশিং অদু তাহনবসু য়াই। নুপী খাযনবা মতমদা নুপী মশা লৈতে মশা খঙদে লোযননা মদু চৎনবা যাদবা তলাকনি হাযনা লাইনা খন্দোকপা অমসুং লৌবা যাবোই। মশা খঙদ্রবসু নিযম চুম্না তৌখিবা তলাক (খাযনবা) ওইববদি মদু অচুম্বা মওংগী তলাক ওইগনি। অদুবু মহব (দৱব)গী মতাং লাকপর্দদি নুপী মশানা খাযনবগী মবম খঙবা দবকাব ওই।

নুপী খাযনবা অসি অঙনবা মতমদগী হৌবদুনা হৌজিক মতম ফাওবদা অথিংবা লৈ অদুবু নুপা নুপী অনীগী লৈমিন্নবদা থোবক্কদবা খুদোংথিবা মযাম অদু কোক্লবা অদুম চৎনবি।

নুপানা নুপী খাযনবা হাযর্বসি অশা ওবনা মবম ওইবগা থোকপা ঙাক্তা ওইনা তৌই। মসি ইসলাম ধর্ম্মনা মপুং ওইনা কোর্নশিনদ্রিঙৈ মতমদসু অদুম চৎনবকই। দিজোলুসন ওফ মুসলিম মেবিযেজ এক্ট ১৯৩৯ ভাবত সবকাবনা পাস তৌখ্রবা মতুংদগীদি তলাক পীবা যাবগী মবম ইতোপ-তোপ্পা হীবম কযামুক্তা লৈখ্রে। এক্ট অসিগী মতেংদগী নুপীশিংস্ কান্নবা যাম্না ফংবা ঙম্লে।

শাবঅৎকী মতুং ইন্না তলাক তৌবগী থবক অসি মক ওইনা নুপাদতা ওইনা শক্তি পী। অদুম ওইনমক নুপা অদুনা মহাক্কী নুপীদা খাযনবগী শক্তি পীববা নৎত্রগা অহুমশুবা মীশক অমদা থবক অসিগীদমক শক্তি পীববদি নুপী অদুনা নৎত্রগা মীশক অদুনা খাযনবগী থবক অসি তৌবা ঙম্মী। পীগদৌববা তলাক (খাযনবা) কী শক্তি অসি অকক্লবা মতম খবগী নৎত্রগা মতম পুম্বগী ওইনা পীবা যাই। শক্তি পাযববা মীশক অদুনা খাযনবগী থবক তৌবা ঙম্মী। মতম খবগী ওইনা পীবা শক্তি ওইর্বদি মদু চৎনবা যাদে (S 314)।

নুপীনা মহাক্কী মৱা মপুবোইবা খাযনবা যাদে হাযনা লৌবিবসি খাযনবা যাবা মবম লৈবি। মসি মী খুদিংমক্লা খঙদে, থদে। পাঙল নুপীশিং লাইবিক লৈবগী চাং যাম্না ৱাংলি। থিজিনবসু লৈতে। 'নিকাহনামা' হাযনা অইবা চে লৌর্নবিবা অসিদা মবম পুম্নমক ইনহৌগদবনি। নুপা নুপী যানবক্তবা মতাং লাকপা নৎত্রগা নুপানা নুপীবু থিনা ওৎ-নৈবা তৌবা মতমদা নুপীনা মৱা মপুবোইববু খাযনবা যাবগী বাবোল যাওবর্বদি

নৎত্রগা ইনরবদি নুপীনা মব্রা খায়নবা ঙম্মী। মসিবু 'তলাক -ই -তনবী' হায়না কৌই।

অতোপ্পা মরম অমনা মণিপুরী মুসলিমশিংগী মরক্তা নুপীনা নুপা খায়নগে হায়রবদি খায়নবা ঙম্মী তৌবতবু নুপানা নুপীদা পীবা 'মহরঅনা' অদু অমুক নুপাদা হনগবনি লোয়ননা মদুগী মথক্তা লুপা ২৫ সু হাকপনি। করিগুম্বা নুপানা খায়নবা থোক্লবদি নুপীনা মহরঅনা অদু নুপাদা হল্লরোই।

খায়নবা মতমদা নুপী অদু মীরোল্লবদি নুপা অদুনা মহাক্কী খায়নথ্রবী নুপী অদুদা চাকথা পীগনি। চাকথা অসি অঙাং অদুনা চহী অহুম শুদ্রিবা ফাওবা পীগনি। পীগদবা পোৎলমদি লুপা অনী (২)গা লোয়ননা ফৌ শংবাই অমা থা খুদিংগী পীগনি। মসিগী মথক্তা অঙাং পোকপগী খরচ ওইনা লুপা ৫ দগী ১০ ফাওবা অঙাং মমাদা পীগনি (Customs of Manipuri Hindus page 72).

মথক্কী পাড়াশিংদা য়াওরিবা লুপা ২৫, লুপা ২, ফৌ শংবাই অমা, লুপা ৫ দগী ১০ ফাওবা হায়রিবা অসি অঙনবা মতমগী মণিপুর দরবারনা লেপখিবা চাংচৎনি। মসি হৌজিক মতমগা চুনদ্রে, অদুম ওইনমক মতম অদুগী লুপা ৫,১০ অদুগী মগুণ হৌজিক মতমগী শেনফমগা চাংদম্নরগা লেপ্পা য়াই অমসুং মদুদা পীগদবনি।

নিয়ম চুম্না লুহোংদুনা য়ুম্বাল্লবা মুসলিম নুপা নুপীনা খায়নগে (তলাক তৌগে) হায়ববদি মখাগী নিয়ম অসিদা তলাক (খায়নবা ) তৌবা য়াই।

**ইলা**- মশা-মউ ফবা, ব্রাখল চোইদবা অমসুং মীওই শুরবা নুপা অমনা অল্লাহ পল্লদুনা ব্রাশকপগা লোয়ননা মহাক্কী নুপীগা হকতিন্নদবা থা মরি (৪) দগী তাদনা লৈরক্লবা নৎত্রগা মতম কক্তনা লৈরক্লবা অদুগুম্বা তলাক পীবগী মওং অসিবু 'ইলা' হায়না খঙনৈ। ইলা হায়বদি ব্রাশকপা হায়বনি।

সাফি লোগী মতুং ইন্না ব্রাশকপা অমগা লোয়ননা নুপী খায়নবসি য়াদে। কনা গুম্বনা খায়নবা তারবদি নুপী অদুনা কোর্টকী মতেং লৌবদা অথিংবা লৈতে।

**জিহর**- লুহোংলবা মুসলিম নুপা অমনা মহাক্কী নুপীবু লৌন-লৈনবা য়াদবা নুপী অমা ওইনা খল্লগা মতৈ-মনাওগী মরী অদু থমদ্রবা, প্রাযশ্চিতনি হায়না খনবা অদুবু 'জিহর' হাযনা খঙনৈ। মসিগী অর্থদি 'তুং হনবা' হম্বহনবা হায়বনি।

কবিগুম্বা নুপা অদুনা ব্রাখল অসি থাদোকপগা লোয়ননা থা অনী চার হেল্লবা নৎত্রগা মীওই ৬০ বু পীজ-পীথক তৌরবা অদু ওইরবদি নুপী অদুনা নুপা অদুগা মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নবা য়াই। তৌখিবা প্রায়শ্চিত অদু থাদোক্লবা নৎত্রগা তলাকসু তৌদনা থম্বিরবা অদু ওইরগদি কোর্টগী মতেংনা তলাক পীবা ঙম্মী।

**খুলা** - খুলা হায়বদি 'লৌথোকপা, লৈথোকপা, হায়বনি। লুহোংলবা নুপা অমসুং নুপীনা মখোযগী লৈনরিবা মতৈ মনাওগী মরী অদু থদৎলসি লৈহল্লরোইসি হায়না

মোত অমত্তা ওইনা খাযনবদু যানববা, অসিগুম্বা মখলগী খাযনবা অসিবু 'খুলা' হাযনা খঙনৈ।

**মুবারট**- মন্না মপুবোইবনা মহাক্কী নুপী খাযনবদা নুপী অদুনসু ভাব তানা খাযনবদু যাবা অমসুং তোঙান-তোঙান লৈবদু মখোয অনীনা যানববা অদুবু মুবারট হাযনা খঙনৈ। মুবারট হাযবগী অর্থদি নুপা-নুপী অনীমক্না অমত্তা ওইনা যানববা হাযবনি।

খুলাগী মতাংদদি খাযনবগী অপাম্বদু নুপীগী মাযকৈদগী ওই অদুগা মুবারট-তদি নুপা অমসুং নুপী মোত তিন্নৈ, অনীগী অপাম্বা অদুনি।

**লি'অন**- ব্রাহে অসিগী অর্থদি শাপ তৌবা, ফত্তবা ওইসনু হাযনা খনবা অদুনি। যুম্বাল্লবা নুপানা মহাক্কী নুপীবু লোন্না অতোপ্পা নুপা উনৈ, লমচৎ ফত্তে, শাজৎ লীচৎ চুমদে হাযনা তৌবা ব্রাকৎনি। অসিগুম্বা মবাল শিবগী বাফম যৌবকপদদি কোর্টনা খাযনবগী ডিক্রী (যাথং) পীবা ঙম্মী

হনফিযা লোগী মতুং ইন্না তলাক অসি মখল অনীথোক্লা খাযদোকই।

১। তলাক উস-সুন্নট

২। তলাক -উল-বিদদট

**১। তলাক উস-সুন্নট**- মসি ইসলামনা মপূং ফানা মালেম অসিদা কোর্নশিল্লবা মতম অমসুং হজরত মুহম্মদ (স্ব) না হিংলিঙৈ মতমদা চৎলম্বা, তৌবম্বা অদু ঙাসিসু কাযদনা চৎনবিবা নিযম অদগী মখাদা লাকপা মখলগী খাযনবা অদুনি। মসি অমুক মখল অনী থোক্লা খাযদোকপা যাই।

ক) তলাক হাসান

খ) তলাক অহসান

**ক) তলাক হাসান** - হাসান হাযবগী অর্থদি 'অফবা' হাযবনি। তলাক হাসানদা চঙবা মরু ওইবা মবমশিংদি নুপা অদুনা তলাক হাযদোকপা মতমদা যামদ্রবদা অগুম্লক হাযদোক্কদবনি। হাযদোকপা মতমদা থংন থংনা হাযবোইদবনি। তলাক হাযবা খূদিংমক তোঙান তোঙান হাযগদবনি হাযবদি অমগা অমগা শম্নবোইদবনি। মদুসু নুপীগী 'তহব' হাযবদি মশা শেংনা লৈবা মতমদা ওইগদবনি। তলাক অমা হাযখিবগা মথ অমুক হাযবগা অনীগী মবক অসি যামদ্রবদা নুমিৎ ৩০ান খন্নগদবনি লোযননা হকতিন্নবোইদবনি অমসুং থাগী খোঙকাপসু যেংগদবনি।

**খ) তলাক অহসান**- মগক্তা পীশ্বিবা অসগুম্না মসিসু 'যাম্না ফববা' হাযবনি। নুপী খাযনবগী নিযম মযাম অসিগী মনুংদা মসিনা খ্বাইদগী অযবা মখল অমনি হাযনা হজরত মুহম্মদ (স্বা) ন তাকপীবম্মী। তলাক পাবগী মওংদি

১) নুপা অদুনা হাযদোকপা মতমদা তলাক অমদগী হেন্না হাযবোইদবনি।

২) হর্কাতন্নবা পুন্নমক তোক্কদবনি।
৩) ইদ্দৎ মনুংদা তলাক তৌবোইদবনি।
৪) মাবোল্লবী নুপী ওইববদি অছাং পোকাত্রবা ফাওবা হর্কাতন্নবগী থবক তোক্কদবনি।
৫) নুপা খায়নবসি মশা শেংনা লৈবা মতমদা তৌগদবনি।
৬) থাগী খোঙকাপ চৎলিঙৈদা নুপী খায়নবোইদবনি।

২। **তলাক উল বিদদট** অসি গুম্বা মখলগী তলাক অসি উম্মাযেদ নিংথৌশিংনা পানবা মতম হিজ্রীগী অনীশুবা কুমজা (শতাব্দী)দা হৌদোকখি। তলাক তৌবগী মওংদি অমুক্তদা খাক্তে অহুম হায়বদি তলাক অহুম হায়দোকপা যাই নৎত্রগা " ঐনা নংবু খায়নববনি" হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন অহুম্লক হায়বগা খায়নবা যাই। হায়খিবা ৱাকতে অসি ওপ্তোক ওনশিন হায়বদি হোংবা যাদে।

তলাক অহুম লৈখ্রবা নুপা অমা মহাক্কী নুপাগা লৈমিন্নবা যাদ্রে। অদুগা অতোপ্পা অমনা ৬সি তলাক অমা হায়বা হযেং তলাক অমা হায়বা অদুগা অহুমশুবা অদুনা থংনবা নুমিৎ তা হায়বা, মসিস চৎনে লোযননা আইন নসু যাই। খায়নববা নুপী অমা অমুক অহানবগী নুপা(মবা) অদুনা লৌগে হঞ্জন্নবগে হায়বা মতমদা ইচম চম্না হেক্তা লুহোংবা নৎত্রগা হঞ্জিন্নবা যাদে। নপী অদ অতোপ্পা নুপা অমদা যুম পানগদবনি। নুপা অদুনা শিখ্রবা নৎত্রগা খায়নববা মতুংদা অমুক হন্না অহানবগী নুপা অদুনা লুহোংদুনা লৌবা যাই। নুপী অদু অনীশুবা নুপা অমদা লহোংলে অদুম ওইনমক মখোয অনী হর্কাতিন্নাদ্রবৈদা অনীশুবা নুপা অদু শিবে নৎত্রগা খায়নবে অদু ওইদুনসু মখোয অনী হর্কাতন্নদ্রিঙৈদা শিবা নৎত্রগা খায়নবা মবম্না অহানবগা নুপা অদুনা নুপী অদু হঞ্জিন্না লৌবা যাদ্রে।

হজরত উমর (র অ.) অনাশুবা খলিফাগী মতমদা কবিগুম্বা নুপী খায়নবা তাববাদ মদুদা হায়বা তলাক মাশং অদু অমুক্তদা অহুম্লক থংন থংননা হায়দোক্লবদি অদুগুম্বা মীওই অদু দাণ্ড পাবশ্য। মবমদি তাক্কক নাইনা হায়বা তলাক অদু অফবা মখলগী তলাকনি লৌই। মদুনা নুপা নুপী অমুক হনজিন্না লৈমিন্নবগী খুদোংচাবা হেল্লি।

মথক্তা পনখ্রবা অসি নত্তবা অতৈ মবম কযা অমসু লৈবি। দিজোলুসন ওফ মুসলিম ম্যোবেজ এক্ট ১৯৩৯ অসি ভাবত সবকাবনা লৈবাক অসিদা লৈবিবা মুসলিম নুপা নুপানা তলাক (খায়নবা) পাবগী মবম পীব। মখাগী নিযম খবসি অমুক যেংসি-

১) মবা মপুবোইবসি কদাযদা লৈ, চিংলিব্রা নৎত্রগা শিখ্রবা হায়বা খঙদনা চহী মৰী লৈবক্লবা,
২) মপুবোইবনা মহাক্কা নুপীবু মাবাইববা নৎত্রগা চহী অনীদগী তাদনা চাকথা পীদ্রবা;

৩) নুপা অসি মবাল লৈবে হায়বা কোটনা চহী তবেৎকী মিয়াৎ তাথ্রবা;

৪) নুপা নুপীগী মরক্তা লৈবা মবী য়ামদ্রবদা চহী অহুমদগী তাদনা থদৎনববা;

৫) নুপা অসি নাপুংশক ওইববা, মদুনা মরম ওইরগা লুহোংবগী অর্থ লৈহন্দ্রবা;

৬) নুপা অদু লৌনগনবা লাইনা হায়বদি লেপ্রোসি নৎত্রগা ফিনুংগী লাইনা য়ামদ্রবদা চহী অনীদগী তাদনা নারক্লবা;

৭) নুপানা মহাক্কী নুপীবু তাথি তাওইনা তৌবিববা, মদুনা হকচাংদা ফু-চৈবা অশোক-অপনদি থোক্তবা নৎত্রগা নমদুনা ওক্তবীগী লম্বীদা খোঙদাহনবা নৎত্রগা নুপীগী মবল-মথুম লোইশিনবা অমসুং আইনগী মতেং ফংহন্দবা।

অসি নত্তবা অতৈ মবম কয়ামুক লৈখি। নিয়ম চুম্না মুসলিম লোগী মখাদা চঙশিল্লকপা ওইরগদি এক্ট অসিনসু চৈঙাক য়াম্না পী।

মণিপুরী মুসলিমশিং হায়বদি মৈতৈ পাঙল হায়না খঙনরিবা জাতি অসিনা ঙম্না খুন্দাদুনা লৈবিবা লমশিং মরু ওইনা মণিপুর, অসাম,ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশনচিংবা মফমশিং অসিদা নুপী খায়নবগী মওং অসি ইসলাম ধর্ম্ম অমসুং মুসলিম লোনা পীবা নিয়ম অদু নাথৈদুনা চৎপগী মওং খবা উবা ফংই।

যুম্বান্দুনা লৈরবা নুপা-নুপী মোত মান্নরক্তবা, নুপীদা ওৎ-নৈবা তৌবা অসিনচিংবা কয়া লাকপদগী যুম্বানবগী লম্বীদা অকাযবা কয়া লাকই। অসিগুম্বা মতাংদা নুপীনা খায়ননবা মহাক্কী নুপাদা হাযকুবদা মীনুংশি য়াওদবা মওংদা 'নমা নপা কৌবকউ-নঙনা পামবা নৃমিৎতা খায়নবিগে' হাযনা পোঙনা ব্রা ঙাংবা থেংনৈ। মসিদগী অশোয়বসি হৌববনি। নুপী ময়ুমগী মী ওইশিং লাকপদসু মাঙজৌননা পাউ পীরক্লবদি নুপা অদুনা উনদনবা লৈথোক্লুনা লৈ। অদুনা নুপী ময়ুমগী মী লাক্কনি হায়বা মাঙজৌননা পাউ পী। ফমিন্নদুনা য়ানদ্রিবা মরম, নুপীনা পাল্লক্তবগী মবম থিগৎপা হৌরকপদা অৱাই অখুম তৌনরক্লুনা খৎন-চৈনবা য়াওরকই। মতাং অমদনা নুপীনা খায়নবিরো হাযবদা খায়নবোই হায়না মুক্তনা চৎপা ঙম্মী। মতাং অসিদা অমত্তা ঙাইরবা উপায়দি কোর্টকী মতেং লৌদুনা খায়নবা অসিনি।

অৱাং নোংপোক ভারত্তা খুন্দারিবা মৈতৈ পাঙলশিংগী ফত্তবা চৎনবী অমা পনবা তারবদি থাজখ্রবী মচানুপীবু মশাগী ময়ুমদা লৈবগুম খন্দুনা থবক খুদিংদা থাগোন্নবা কবি চারি, করি থক্লি, নুংঙাইনা লৈব্রা? মনেম মকুনা লুন-চান্না তৌবিব্রা অসিনচিংবা পাউ তত্তনা লৌবা অসিনা ইমুং মনুং কায়নবগী মচাক অমা ওইবকই। মচানুপীনসু মশাগী অশেংবা য়ুমনি খন্দনা মহাক্কী নুপানা শাওনা চৈ থাংবা, মনেম মকুনা ঙংবা পুম্নমক মপামদা চৎলগা মমা মপাদা চিখ্রদনা তমথোকই। মদুনা খৎনবা, নুংঙাইনদবা

অমসুং অশা ওবগী হৌবকফম ওইবকই।

ব্রাফম অমনা মচানুপী থাজখ্রবা মতুংদা নুপী অদুগা নুপা অদুগদি মোত যাম্না তিন্ননা লৈমিন্নে, অদুবু ঙাই-শেল ওইবিবা নুপাগী মমা মপা অমসুং নুপী মমা মপা কবিগুম্বা ব্রাহৌ অমদগী শাওনবক্তুনা মচা মমৌদা খূৎলাই ওইনা শিজিন্নবা যাম্না তোইনা থেংনৈ। মবম অসিদগী মচানুপাগা মমৌ নুপীগা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নবিবদু থুগাযনবা মমা মপা ওইবিবা কাংবু অনীনা হোৎনবকই। মমা মপা ওইবশিংনা মচানুপাদা "নহাক্কী নুপী অসি মচিন কল্লি, থবক হৈতে, কর্তন্নি" হাযজিল্লগা কাইনখিনবা হোৎনবা কযানি। মদু মচাশিংনসু অদুম মমা মপাগী ব্রা ইল্লি। অমবোমদা নুপীগী মমা মপানসু মচানুপীদা লৈবা নুংঙাইত্রবদি থোবক্লো হাযনা কৌথোকই। মচা নুপীনসু মমা মপাগী ব্রাদা হবাও হবাও যাই। মসি লাইবিক লাইশু হৈবা ব্রাৎপদগী থোকপ্রা নৎত্রগা মমা মপাগী মচাদা লৈবা হক (অধিকাব) অদু শিজিন্নবিব্রা খঙদে।

মবাল অমা হাযজিল্লগা খাযনবিববা নুপী অদু কুইনা মপামদা তাদুনা লৈতে। কাংবু খবনা মমৌ ওইজগে হাযনা হাযজ-চৎচবা লাকই। ইদদৎকী মতম শুবোই শুদবোই অমুক থতোপ্পা নুপা অমদা যুম পানখিবা ঐখোযনা তঙনা উবা ফংই। মসিনা তাকপদি ফৎত্রে হাযনা মবাল শিজিল্লগা খানবক্লবা নুপী অদু থতোপ্পা নুপা অমদদি অমুক ফবি। যুম পানবা অমসুং কাইনবা/খাযনবা অসি অদুক্কী মতিক হোংখ্রে কৈথেলদা মথেল থাদুনা গোনবগী মওং অদু মাল্লক্লে। ইসলাম ধর্ম্মনা তাক্লিবা লম্বী অদুদা লাক্তবগুম তৌবে। শবিঅৎ/মুসলিম লো চৎতবগী মওং মানবা কযা উবা ফংলি। মসি তৌহন্নংদে। ⌐

**গ্লোসারী**

| | | |
|---|---|---|
| তলাক | | থদৎপা মবী লৈনদবা |
| তলাকনামা | | খাযন চে |
| মহব | | নুপানা নুপীদা পীবা শেনফম, দবন |
| শবিঅৎ | | ধর্ম্মগী আইন |
| নিকাহনামা | | লুহোং চে |
| ইলা | | ব্রাশকপা |
| শিহব | | তুংহনবা, হন্থহনবা |
| খুলা | | লৌথোকপা |
| মুবাবট | - | নুপা নুপীনা যানববা |
| লি'অন | | শাপ তৌবা, ফত্তবা ওইসনু হাযনা খনবা |

| | | |
|---|---|---|
| হাসান | - | অফবা |
| তুহব | - | মশা শেংনা লৈবা মতম |
| অহসান | - | যাম্না ফববা |
| ইদ্দৎ | | খাযননবা নুপী অমদা অমুক হাঞ্জিন্নগে হাযবদু, মদু যা ন ব পীবা অকক্লবা মতম |

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিংঃ


1. **Mahommedan Law, 1977**
   by - D F Mulla
2. **Mohammedan Law, 1997**
   By- B R Verma
3. **Women in Islam, 2004**
   by - M Mazheruddin Siddiqi
4 **Woman between Islam and Western Society, 2002**
   by - Maulana Wahiduddin Khan
5. **The Muslims of India beliefs and practices, 1988**
   by- Paul Jackson, S J
6. **The dissolution of Muslim Marriages Act, 1939**
   (Act 8 of 1939)
7 **Customs of Manipuri Hindus, 2001**
   by -Justice Rajkumar Manisana Singh




দুআ তৌবা

## অশি-অনাগী থৌরমশিং

পৃথিবিদা লৈবরবা জাতি, ফুরুপ খুদিংমক মাগী মাগী চৎনবী নিযমনিতীগী মতুং ইন্না ঘন্না নৎএগা মৈ থাবা তৌই। মৈতৈ পাঙল মণিপুরী মুসলিম হায়নসু খঙনবা ফুরুপ অসিসু ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মবমনা মসিগী মতুং ইন্না মী অমা শিববা মতুংদা ফুম্বগী চৎনবী লৈ। মসি ৬টি ৮বা গী বা নৎএ। ফুরুপ অসিনা মণিপুরদা ইহান হান্না খুন্দা লৈ তারকপা মতম অদুদগী হৌবক্লবনি।

ইসলামগী মতুং ইন্না ইহান হান্না মী শিবগা ফুম্বা হৌখিবসি আদম অমসুং হবাগী মচা নুপা অনী কাবিল অমসু, হাবিল নুংঙাইনদবা মরম অমদগী কালিবনা হাবিলবু হাৎখি। থৌদোক অদুনা মী শিবা অহানবনি। শিববা হাবিলগী মশা অদু কবি তৌবগা পোৎলোইগদগে হায়বা মশানা খঙজদে। তৌফম খঙদনা লৈবিঙৈদা ক্বাক অমা পাইব ক্বনা মনাক নকপা অদুবাইদা মখোঙনা লৈবাক হোৎপা উবম্মী। মদু উবগা কাবিলসু লৈবাক হোত্তোক্লগা হাবিলগী হকচাং ফুমখি। মতাং অসিদা কুরআনগী সুরাহ 'অল মাইদহ' অযাট ২৭ ৩১ যাওবা যেংবদা কান্নগনি।

থাগৎচাবিবা গুন্নমক থৌজাল হৈবা তৌবা ঙম্বা মতম খুদিংদা লেংদনা লৈবগদবা মপু মহাকর্ণন। হবংঙো মহাক্না হায় "থবায খুদিংমক অশিবা হায়বদুগী মহাও তংগদবনি।" ঐখোযগী রসুল হজরত মুহম্মদ (মহাক্কী মথমদা শান্তি লৈবা ওইসনু) মহাক মশামক অশিবা হায়বসিগী মহাও তংখ্রবনি। ঐখোয মীওইবা পুন্নমক নোংমদি অশিবগা মহাও তংগদবা ঙাক্তনি। মসিদা কনাবুসু মীনুংশি থমদে। নিংথৌ, ইনাব খুনবা, লাযববা, অঙাং অহল হৌখ্রবা মতম কযাদগী লিপুন অসিগী মখাগা নানথোকপা ঙমদনা লৈবির্বান।

কনাগুম্বা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) অমা লৈতবা (শিবা) মতমদা মদু কবম্না দফন (লৈবোল চনবগী থবক) তৌগনি হায়বদু ইসলাম ধর্ম্মনা মীপুম খুদিংগা তম্না। মৈতৈ পাঙল ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মবম্না মদুগী মতুং ইন্না দফন তৌই।

**অনাবগী মবম হংবাঃ**

কনাগুম্বা অমা নাদনা ফমুংদা তাদুনা লৈববদি মদু চৎতুনা অনাব' মীদুগা উনবগা বাবী বাতাই শানৈ। অনাবগী মবম হংই। অনাবা মীদুগী ৱাখল্দা নুংঙাইতবা মমি তাদনবা হবাও নুংঙাইনা বাবী তাহান্ন। অল্লাহবু কাউগনু, মতম খুদিংদা কলিমা থাদোক্কনু হায়বনাচিংবা বাহৈশংনা পুক্নিং থৌগৎলি। মহাক্না চানিংবা কবি লৈ হংলগা মপুক্নিং

পেন্নবা হোৎনৈ। মীওইবা হাযবসি লান্দবা ঙমদে। চুম্না চৎলবনি হাযবিনা মীওই অদগাসু অশোইবা, অবানবা কযা যাওবিবনি। লানখিবা নৎত্রগা লংজখিবা গুনাহ (পাপ) অদুগীদমক অল্লাহদা কোকপীনবা হাযজবা হাযবদি 'তৌবা' তৌবগী বাবোল হাযহল্লি, হাযবগসু তাহল্লি।

**শিগদৌববা অমসুং শিববা মীদা তৌগদবশিং ঃ**

শিগদৌববা মীশক অমদা তপ্না মোংহাদনা মচিন্দা সহাদা (লাউথোকপা/খঙহনবা) "লা ইলাহা ইল্লল্লাহ' (অল্লাহ নত্তনা মতিক চাবা কনাসু লৈতে) হাযহনবা নৎত্রগা কনাগুম্বনা হাযবিবগা মহাক্না মতুং ইন্দুনা খুমহনবা তৌগদবনি। মসিবু অববিকতা "তলকিন" কৌই। তলকিন অসিদি মশানা মবোল হাযবদা ব্রাববা, ঙাংবা ঙমদ্রবা ঙসি হযেংদা লৈববা মীওইশিংদতা শিজিন্নগদবনি। শিগদৌববা মীশক অমগী মমাঙদা অল্লাহগী মিং অথোইবা হাযবা, অফবা বাহৈ লাউনা হাযদুনা তাহনবা অসিনা মীওই অদুগী থব্রায চৎপদা খবা লাইথোকহলি, ব্রাহন্দে। মীওই অদুগী অবোইবা মিকুপ্তা "লা ইল্লাহ ইল্লল্লাহ" শোনবনা নোংমদি মহাক জন্নত যৌগনি।

থবাযনা হকচাং থাদোকখ্রবা মতুংদা মফম অদুদা লৈবম্বা মীশক অমনা লৈখিদ্রবা অদুগী মমিং শিববা মতুংদা পাংদুনা লৈববদি মদু শেমজিল্লগা তুমশিনহনগনি। রসূল (স্ব) না হাযবম্মী " থব্রাযগা হকচাংগা খাযনবা মতুংদদি মীৎ উবগী শককসু লৈত্রে। " শিববা মীশক অদু অভৌবা ফি অমনা মশা পূম্না থুংনা কুপাশনগনি। কবিগুম্বা মীশক অদুনা ইহ্‌বাম শেত্তুনা হজ্জ নৎত্রগা উমবাদা লৈবিঙৈ শিবা ওইববদি ফি অভৌবনা মশাদা কুপশিল্লবোই। মদুগী মহুত্তা মমায অমসুং মকোক হাঙদোক্তুনা থমগনি।

শিববা মী অদুগী মযা অহাপ্পা ওইববদি লৌথোক্কনি। নুপী ওইববদি মহাক্না শাজন্নবম্বা খুজিং, খুদোপ, নাসিকা, নাচোম্নচিংবা লৌথোক্কনি। খুৎ অনীমক তিংনা হকচাংগা নপশিন্ননা থমগনি। খুৎ থম্বগী মওং অদুদা খোঙ অনীসু তিংনা নপশিন্ননা থমগনি। কোক অদু যেৎলোমদা চেপ্লপ তাহনগনি লোযননা ফি অমোনবা অমনা খদাং লাকখৎলগা কোকতোন্দা পুনগনি। মকোক্না অবাং ওল্লগা মোম্পাক যাওদনা কাংথোল অমদা তিপতল্লগা ইমুং মযাযদা থমগনি। নুমিদাং নৎত্রগা অহিংদা শিবা থোক্লবদি হকচাং অদু লেংদনা ইমুং মযাযদা থমগনি। মৈতৈ পাঙল সমাজদা মী শিবগা যুম মাংবগী মওং অদু লৈতে অমসুং মদুগী থৌওং অদু চৎনদে।

**শিবগী পাউ লাউথোকপাঃ**

অশিবা মী অমা পোৎলোইদ্রিঙৈ মমাঙদা লৈকাইদা, মবী মতাদা অমসুং মথাপ্পদা লৈখিবশিংদা পাউ পীনৈ। পাউ পীবগী মওংদি যুম অমদগী অমদা তাক্লবগা মথং মথং খঙহনবা চৎনৈ। চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না হৌজিক্তি মাইক্রোফোন্দা লাউথোকপা

নৎত্রগা টেলিফোন্দা পাউ পীনবা চৎনবে। ঈ-পাউ লাউথোকপা অসিদা লৈবোন চনবগী মতম অদুসু খঙহল্লি। মী শিবগী পাউ পীখিবগা ইকান কান্নদনা হাফিজ ৩/৪ না পুনশিল্লগা কুবআন খতম তৌবা মণিপুব মপান্দা চৎনৈ। পোলোইবগী মাঙওইননা লোইশিল্লি কনাগুম্বা অমা শিবে/লৈত্রে তাবদা মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) অমনা মহাক্কী মচিন্দা মথাগী বাহৈশিং অসি শোল্লি –

"ইন্না লিল্লাহি ৱা ইন্না ইলৈহি বাজিউন

(তশেংনমক ঐখোয অল্লাহগীনি অমসুং মাঙোন্দা ঐখোয হঞ্জিনগনি।)

**কপ্পা অমসুং অব্রাবা ফোঙদোকপাঃ**

কনাগুবা অমা শিবা মতমদা কপ্পা নুংঙাইতবা ফোঙদোকপা যাই হাযনা মুসলিম অখঙ- অহৈ (স্কোলাব) শিংনা অযাবা পী। মদু মখোল থোক্লা তেংথাবা, পেন্দবা মওংদা লাউখোংবদি যাদে হাযনা থিংই। মী অমা শিবদা থম্মোয শোক্লা নুংঙাইনদে। কাইনবগী মৈশা লাংই। লাউখোংদুনা কপ্পনা লৈখিদ্রবা মীশক অদুদা অব্রাবা পোৎলুম হেঙ্গৎলি। নুপীনা অব্রাবা ফোঙদোক্লিবনি হাযদুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পা, মশম কোকথোকপা অমসুং মশানা শেৎলি-ইল্লিবা ফিবোল শেগাইবা অল্লাহগী বসুলনা পামদে অমসুং যানিংদে। কবিগুম্বা মবী মতা লৈতবা মতমদা নুপী অমনা নুমিৎ হুমনি ফাওবা অব্রাবা ফোঙদোকপা যাই। অদুম ওইনমক মহাক্কী নুপা শিবদদি হাযবিবা মতম নুমিৎ হুমনি অসিদগী হেন্না থা ৪ (মবি) নুমিৎ ১০ নি অসি যাওবা যাই। মসিবু 'ইদ্দৎ' কী মতম হাযনা খঙনৈ। নুপী অদুনা অমুক যুম পান্দুনা অতোপ্পা নুপা অমদা লৈগে খল্লবদি হার্যবিবা থা ৪ নুমিৎ ১০ নি অসি মপুং ফাহনগদবনি। মদুগী মতুংদা মহাক যুম পানবা যাই। হার্যবিবা থা ৪ নুমিৎ ১০ নি। অসিগী মনুংদা লুখ্রাবী অদু সনা, লুপা, অকে অমৌগী, লীক কোল, ফিবোল শেৎ-চাবা যাদে। ইদ্দৎ মতম মনুংদা লুখ্রবী অমনা যুমগী মপান্দা মশাগী চানবা পোৎচৈ লৌবা চৎপা অযাবা পী।

শিবিবা মীশক অদুগী মবী-মতাশিং, মকপ মপাংশিংনা অব্রাবা ফোঙদোকপা হাযবসি যাম্না মক ওইবা অমা ওইনা লৌবগা লোযননা শিবিবা মীশক অদুদা ইকাইখুম্নবা উৎপগী থবক্লি। মসিদি হজবত মুহম্মদ (স্ব)সু তৌবম্মী। অদুগা লৈখিদ্রবা মহাকপু অল্লাহনা থৌজালগী মীৎযেংনা যেংনবা অমসুং নুংশিবিনবা ফোঙদোকপা ৱাখল্লোননি।

**চাক পুবা**

মী অমনা লৈতবা মতমদা অথাপ্পা মফমদগী পোংলোইবা যাওবা লাক্লে। লাক্লিবা মীওইশিং অদুবু পীজ পীথক তৌবা হাযবসি শোযফদ্রবা মথৌ অমনি। অব্রাবা তাবিবা ইমুং অদুদি মসি তৌবা নত্তে। অসিগুম্বা অব্রাবা তাবা, খুদোংচাদবা মতমদা লৈকাইদগী চেং, থুম, থাউ হবাইনচিংবা খাযজিন্নবগা যুম অমদা থোং থাকহল্লি। মসিবু চাক পুবা

হাযনা মৈতৈ পাঙল সমাজদা খঙনৈ। লাক্লিবা মীশিং অদু যেংলগা মখোযবু অর্তিথ অমনি খন্না অচম্বা যেঞ্জাং মথেলনা চাক পীজৈ। অশিবা থোক্কুনা অৱাবা তাবিবা ইমুংগী লৈহৌবিবা মীশিংসু নুমিৎ হুম্নি ফাওবদি নক্নবা মবী মতাগী ইমুংনা চাক যেঞ্জাং পীনৈ। থৌবম অসি ঙসি ঙবাং শেমজিন-শাজিল্লগা ওইহল্লকপা নত্তে। মসি পাঙল সমাজ হাযবা অমা লিংদুনা লৈবকপদগী লোযনবক্লবনি।

**কবর তৌবা অমসুং মসিগী মখল ঃ**

পৃথিবীদা লৈবিবা মীওই কাংলূপ অযাম্বনা অশিবা হকচাং পোৎলোইবগী থবকসি তৌই। খবনা মৈ থাবা নৎত্রগা ফুম্বা চৎনৈ। মৈতৈ পাঙলশিংসু অশিবা পোৎলোইবদা ফুম্বা অসি চৎনৈ।

কবব (মোংফম) অসি মখল অনী থোক্লা খাযদোকই। মখোযদুদি বঘলী অমসুং সন্দুকচী নৎত্রগা লহ্দ অসিনি।

বঘলী- মসি খবা লুথনা তৌবা কবব মখলনি। কাবা মাযকৈ ওইবপ্না মনুংদা খবা ককশিল্লি।

সন্দুকচী - কবব মখল অসি উপু মানবা, শাংবসু অশিবা মী অদুগী অৱাংবগা মান্নে। লুনা ককর্থাখবা অদুগী মখাদা অশিবা হকচাং থম্মী।

লহদ হাযনা খঙনবা কবব মখল অসি মণিপুর অমসুং মসিগা নক্লা লৈবা লমশিংদা চৎনৈ। মবাক মযুং মান্নদবা কোম অমা তৌবগা মদুদা ফুম্মী । মসিবুনি কবব হাযনিবসি। মসি শাগৈগী নৎত্রগা লৈকাইগী ওইনা থম্নে। কববগী লম অসিসু সবকাবগী অযাবা লৌবগা শেম্মী , তৌবতবু কববগী লম সবকাবদা খাজনা কাদে। কববগী চাওবাকপা শক্তম অমা অযেকপা লাই ওইনা মখাদা পীর্জবি।




কবব অমগী লৈফমথোকপা অশাংবা, অপাকপা অমসুং অকবা পুম্নমক অশিবা অদুগী হকচাংগী মতুং ইন্না লেপকনি। মৈযৎ (শিববা মী) অদুনা নূপা ওইববদি মযায

ওইবপ্পা বাংবা মী অমগী খ্বাঙ যৌনা লুথনা তৌগনি। অদুগা নুপী ওইবগনা থবাক যৌনা লনা তৌগনি। মসি আলিমশিংনা পাবা মোর্তনি। অশিবা অদুগী মওং মতৌগী মতুং ইন্না কবব লুবা নৎত্রগা থেনবা লোপ্পবনি। পথ পুমথববা হকচাংদগী মনম লাকপা অদু থোক্তনবনি। নুপীনা মনম কনবা হেল্লি অদুনা কবব লুথনা তৌবনি।

মৈযৎ (শিববা মী) অদুগা অবাংবা নাপ বাচেৎ অমনা লৌগনি। ৱাচেৎ অদু খাযদোক্লগা তঙ্খায অমা কবব তৌগদবা মাশিংদা অদুগা তঙ্খায অমনা শেৎন-ইন্নবা ফি শেম শাবদা শিজিন্নৈ। বাচেৎ অদু অশিবা লৈবোন চনবদা হাপকনি। কবব শেম্বা হৌবদা অশাংবা অমসুং অপাকপা অদুগা নাকল অনা/অনীদা হাযবদি অৱাং, খা, নোংপোক, নোংচুপতা ফুট অমমগী চাং পাকথোকই। পাকথোক্লিবা ফুট অমদু থাদোক্লগা মদুদগী লুথনা তৌথবা হৌই। মসি কববগী মমাযনি।পাকথোক্লিবা ফুট অসিদা ৱা মকক নৎত্রগা উবাক্লা ফম্বাক শাবগা খায। মসিবু জিংগা (জংগলা) গোব নৎত্রগা কুন্দাগোব (কববগী শম্বল) হাযনা খঙনৈ। থবক শুববা খুদিংমক শেল পীবা নৎত্রগা অৱামল লৌবগী চৎনবী লৈতে।

মফম চাবা অতোংবা যেংলগা কবব তৌই। কববগী মাযকৈদি অৱাং খা ওই। অশিবা থম্বদা মকোক্লা অবাং ওল্লগা মমাযনা কিবলাবোমদা লৈবপ তৌনা থমগনি।

**অশিবা মীনা শেৎকদবা ফিবোলঃ**

শিববা নুপা নৎত্রগা নুপীগী হকচাং ঈকর্জাববগা অহনবা অঙৌবা ফি শেৎপী। অসিগুম্বা ফিশিং অসিবু 'কফন' হাযনা কৌই। তাইবংপান থাদোক্লুনা অনৌবা পুন্সি অমা হৌখ্রবা মখোযগী ফিজোলনি। ফিশিং অসি তাইশিন্নদবা ঙাক্লনি। ফিজোল অসি শেম্বদা চঙবা, পোৎলমশিংদি- অশেংবা লংহং ফি অঙৌবা, কবপুব মকুপ খবা, মহি নত্তবা মনম নুংশিবা থাও (অতব) অমসুং লশিং অসিনি। কফন শেম্নবগাদমক ফি কক্লবা কাটি, যেত্তুম অমসুং লং অঙৌবা চঙই। মসি ফি অদু ককপা, খুৎনা তাইবা অসিনচিংবা তৌনবনি।

চঙগদবা ফিগা চাংদি মী অদুগী চাউবা শাংবগী মতুং ইনগনি। মথক্তসু পনখ্রে ফিগী মচুদি অঙৌবা ওইগদবনি। মহৌশানা নুপাদু অহল ওইববদি ফি মিটব ৭, নুপীনা অহল ওইবগা যি মিটব ৮ চঙগনি। মবাক তাইবা ফি শিজিন্নবা যাদে। শম্না হাযববদা নুপাগী লুংগী অমা, খুদাং যাওদবা কপ্লাক খাওবা চোনবা ফুবিৎ অমা অমসুং শুপযোম -যি অমা অসিনি। অদুগা নুপীগী ওইনা ফনেক অমা, খুদাং যাওদবা খোঙগী খুজেং ফাওবা চোনবা ফুবিৎ অমা, খ্বাংনম অমা, কোকখুম ফি অমা অমসুং শুপযোম ফি অমা অসিনি। ফিশিং অসি মী খুদিংমক্লা শেম্বা শাবা হৈতে। মসিগী মবম খঙবা মীনা শেম্মী। ফিবোলশিং অসি ককপা, শেম শাবা তৌবদা হকচাংগী নাপ লৌখিবা বাচেৎ অমা যুমদা থমহৌবা

অদুদগী লৌই। শুপযোম ফিদি কোক অমসুং খোঙলোমদা ফুটখাযমুক হেন্দোক্লা লৌই। কফন শেমখ্রবা মতুংদা লেমহৌবা ফি মচেৎশিংনা ফিতা অহুম শেন্নগা মৈযৎনা ফি শেৎপা লোইববা মতুংদা কোকতোন্দা হেন্দোকপা ফি, পুক্তা অমসুং খোঙলোমদা হেন্দোকপা ফি পুনশিল্লি।

কফন অমসুং দফন তৌবগী অচংবা খবচ পূন্নমক মৈযৎকী লৈজবা পোৎ চৈ অমসুং শেনফমদগী শীজিন্নগনি। শিববা মী অদুগী লনথুম লৈত্রবদি মৈযৎকী খ্বাইদগী নক্লবা মবী মতাগী মাল অমসুং ললদগী শিজিন্নগনি।

**অশিবা ঈরুজবিবা ঃ**

অশিবা মী ঈকজবিবা শোযফদ্রবা থবক অমনি। অহিংবা মী অমা ঈকজবগা অশিবা মী অমা ঈকুজবিবগা অনী অসি খেন্নবা খবা লৈ। মসিসু মীপূম খুদিংনা তৌদবনিনা হৈতে খবা হেন্না তোইনা তৌগনবা/যাওগনবা মীনা মকোক চিংলগা মৈযৎ ঈকুজাব। নুপা শিবদা নুপানা ঈকুজবিগনি অদুবু মতৈ-মনাও (husband and wife) অমসুং অপিকপা অঙাংগীদমক্তদি তোঙানবা মওং অমা লৈ। ইবনা মজান অমসুং অতৈ মবী-লৈনবা হদিসশিংদা পীবিবদি- মব্রা মপুবোইবনা মহাক্কী অশিবা নুপী ঈকুজবিবা যাই। অশিবা ঈকুজবিবা অসি অফবা থবক অমনি হাযনা লৌনবগা লোযননা মীপূম খুদিংমক মসিদা যাওননবা থৌনা পী। ইকুজবিবা মতমদা শীজিন্নবিবা ঈশিং অদু হান্না অচৌবা চফু অমদা শংব্রৈ মনা নৎত্রগা বোবোই মনা হাপ্পুনা ফুৎলগা মদুগী ঈশিংনা ঈকুজবি। ঈকুজফমদি শুমাঙ মতোন্দা চৈ মবি যুংলগা মদুদা ফি খল্লগা মনুংদা কাংথোল নৎত্রগা ফক থাবগা লুজবি। অশিবদু মকোক্লা অবাং মখোঙনা মখা ওল্লগা থম্মী। ঈশিং চেন্থখিনবা মাযকৈ মবিদা তৌথোকই। ঈকুজবদা যাওগদবা মী অদুগী খূৎশিং অঙৌবা ফিনা শেন্না খাউনা যোমশিল্লি। ঈকুজবা লোইবগা ফি অঙৌবা অকংবা অমনা হকচাংদগী ঈশিং নপথোক্লগা ফিশিং শেৎপী। অহানবদা ব্রজু তৌথোক্কনি অদুগা মশম অদু হাৎতোক্কনি। বেনী লোনবা নৎত্রগা মশম ককপা তৌবোইদবনি। মশম পুল্লম্লবসু মদু লৌথোক্কদবনি। মবৈবাক্কীদমক নৎত্রগা ধর্ম্মগীদমক মথব্রায থাগ্রবা মীওইশিংদি ঈকুজবোই। মখোযনা শিবদা শেৎপা ফিবোলসু লৌথোক্লোই।

**অশিবা পুনবা কাইঃ**

অশিবা মীশক অদু কাইদা থন্নবা মতুংদা মহাক্কী মবাইবক্তা মনম নুংাশবা থাওনা ইগদবা কুবআনগী বাবোল ইবি। অবোইবা ওইনা ইমুং মনুং অমসুং মবী-মতা ওইবা মীশিংবু মমায হাংদোক্লগা যেংহল্লি। মকোক





অমসুং মখোঙ যৌনা ফিনা যোমশিল্লি। কাই অদু ফি অঙৌবা অমনা কুপশিল্লি। জনাজা নমাজগীদমক কাই অদু মী মবিনা থাঙ্গৎতুনা লেংজুমদা পুই। পোৎলোইবা যাওবা লাকপা মীশিংসু কাইগী মতুংদা ইন্নে। মদু ৱা ঙাংদবা, লাউখোংদবা খোঙচৎনি। অশিবদু পুবা মতমদা কোক্লা মাঙ ওল্লগা পুই।

কাই অসি উনা শাবনি। যামদ্রবদা ফুট ৬ তগী তাদনা শাংই। কাইগী মাযকৈ মবি খাগৎলি। অদুগা কাইগী মকোক্লা ফুট অনীবোম শাংই। মসি শাবদা যোৎপী শিজিন্নদে। মদুগী মহুত্তা উচলশিংদু হুৎলগা ইঞ্চি ৩মুক শাংনা বা অবিবা কল্লগা মদু পেন্সিলমুক চাউনা ইৎলগা মদুনা যোৎপীগী মহুৎ শিন্দুনা উচলশিংদু ফাজিল্লি। অঙনবা মতম হাযবদি অনীশুবা লাঞ্জাও ফাওবগী মতমদদি অশিবা পুনবা কাই বা না শাবগা শিজিন্নবস্মী। বানা বুংনা খাবগা মদুদা পযানা পুল্লগা মী অমা হিপ্পা যানবা মওংদা শেস্মী। মৈতৈ পাঙল জাতিদা কু (coffin) শিজিন্নদে।

**জনাজাগী নমাজং**

মৈযৎ পুবকপা কাই অদু মকোক্লা অবাং, মখোঙনা মখা ওন্দুনা নমাজ পাঙথোক্কদবা মযামদুগী নোংচুপ ওইবপ্পা থস্মী। অশিবগী নমাজ অসিগীদমক যামদ্রবদা লাইন অহুমদগী তাদনা (অহুম, মঙা, তবেৎ অসুম্না) লেপ্পী। ইমামনা মযাম অদুগী মমাঙদা মমায কিবলা ওন্দুনা অশিবা অদু নুপা ওইগা মকোক্কী মপাদা, নুপী ওইবগা থবাক্কী মপাদা লেপকনি। নমাজ অসি ইমাম্না মকোক চিংলগা লাক্লিবা মীযাম্না মতুং ইন্দনা শোল্লি। মপু অল্লাহদা হাযজ নিজবা, গুনাহ (পাপ) কোকাপনবা নিজৈ। নুপীদি জনাজা নমাজ যাওদে। মবমদি নুপাদি লাউখোংবা,মখোল থোক্লা কপ্পা,মশানা শেৎলি ইল্লিবা ফিরোল শেগাইবা খাউবা চমজদবগী মবম্না জনাজাগীদমক অশিবগা লোযননা চৎপা থিংই। অদুম ওইনমক অশিবা পোৎলোইশ্বৱা মতংদা নুপীনা কববদা চৎপা, জিযাবট তৌবা যাই, অথিংবা লৈতে।

মুসলিম/মৈতে পাঙল অমা শিবগা মদু মযাম চঙদুনা পোৎলোইবা হাযবসি তৌদনা যাদবা অমনি। কনাগুম্বা অমা জনাজগী নিযম অসি তৌদনা ফুমখ্রবদি কাংলূপ / ফুরুপ অদু গুনাহ লংবান মখোযনা মদ তৌদবগীদমক।

**কববদা হকচাং লৈবোন চনবা (দফন তৌবা)ঃ**

জনাজা নমাজ লোইবগা মতুং দা অশিবা হকচাং অদু কাইগা কোয়না কবব মযামদা

পুশিল্লি। মবী-মতা ওইবা মীশক অহুম/মবিনা কবব মনুংদা কুমথবগা অশিবা হকচাং অদু মথক্তা লৈবা মীনা মখোযদা শিন্নে। মকোক্লা অৱাং মখোঙনা মখা ওল্লগা লোংনা হিপহল্লি। হকচাংগী ওইবোম থংবদা লৈতুম অনী অহুম্না ঙাখৎলগা নোংচুপলোমদা ওনবগী মওংদা থম্মী। কোক অমসুং খোঙদোন্দা হেন্দোকপা ফিজিন্দা পুনখিবশিংদু লৌথোকই। কবব মনুংদা লৈবিবশিংদু অমুক লোইনা মথক্তা কাখৎলকই। কববগী মমাযদা ৱা মককশিংদু মথং-মথং মফমদুদা লৈবিবা মীশিং অদুনা হার্পাচল্লি। অশিবা মীগী নাপ লৌখিবা চৈ অদুসু ৱা মকক অদুগী মথক্তা হার্পাচল্লি। ৱা অমগা অমগগী মবক্তা অহোবা লৈতনবা ৱাচেৎনা মেনশিল্লি। যাবিবমখৈ কবব মনুংদা লৈকুম তাদনবা হোৎনৈ। ৱা মককশিংগী মথক্তা অশংবা লফু লানা অমুক কুপশিল্লি। পূম্নমক অসি লোইববা মতুংদা কুবআনগী অযাট (verse) ২০ঃ৫৫ অসি শোল্লগা ৱা মথক্তা লৈবাক হাপ্পা হৌই লোযননা লাক্লিবশিংনসু লৈবাক হাপ্পা যাওই। কববগী মযায থংবা শকক অদুনা তোংহল্লগা মতাই- মতাইনা হাযথবপ তৌনা থম্মী। লৈবাক হাপ্পা লোইবগা অশংবা বোবোই মশা অমনা হকচাংগী খোযগী মপাদা যুংশিল্লি অমসুং ঈশং চাইশিল্লি। অবোইবদা হুইনা যেন্না খোত্তনবা কববগী অকোইবদু ৱাচেৎনা খাজিল্লি। দফন তৌবা লোইবগা মফম অদুদা লৈবা মীশিংনা লৈখিদ্রবা অদুগীদমক শান্তি ফংহনবিনবা মপৃদা হাযজৈ, নিজৈ।

### কুবআন খ্বানী/লীক চৎপাঃ



(তসবিহ)

কুবআন খ্বানী হাযবদি কবআন অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাববু খঙনৈ। মসি শিখ্রবা মীগী মফমদা কখোকপগী থর্বাক্লি। থৌবম অসি অথুবা মতমদা পাঙথোক্লে। মীযাম্না পাবদা নুংঙাইনবা কুবআন্দা যাওবিবা পাডা ৩০ অসি ৩০ থোক্লা খাযদোকই। কুবআন খ্বানীদা হাযবিবা পাডা ৩০ অসি লাক্লিবা মীযামদা পাডা অমমম পীদুনা পাহল্লি।দবকাবগী মতুং ইন্না পাডা ৩০/৩০ থুগাযদুনা মবাং কাযনা থম্মী। পাডা অমা পাবদা পুংখাযদগী তাদনা চঙই। লাক্লিবা মীযাম অদু ফম্ফম শেল্লগা পূন্না পবেং নাইনা ফক থাবগা যমহল্লি। যেল্লকপদা থুংলুবা পাডা অদ তেল্লবস্ শাংলবসু মদু লোইনা পানৈ। লোইবকপদা মৌলবী অমনা লমজিংদুনা হাযজ নিজবগী থবক (দুআ) তৌই।

মণিপুবদাদি থৌবম অসি চাকলেন অমগা লোযননা অযুক্তা পাঙথোক্লে। নুংশিলদা পাঙথোকপসু যাওই। নুংথিন্দা পাঙথোকপা থৌবম অদুদি চাকলেনগী মখু ত্তা চা অমসুং অথুম অহাওনা তিল্লিবা মীযাম্নু সেবা তৌই। অহল ওইববা মীশিংনা কবআন পাবা

মতমদা মযেক শেংনা উদবনা মবম ওইদুনা লীক (তর্সবিহ) ওইনা চৎতুনা অল্লাহবু থাগৎলি। অসাম, ত্রিপুরদা, বাংলাদেশনচিংবা মফমদা খুন্দাবিবা মৈতৈ পাঙলশিংদি কুরআন খ্বানী হায়বদি কুরআন পাবসি তৌনদে। কুরআন খ্বানীদা মী তিনবগুম নুংথিল নৎত্রগা নুমিদাংদা মীযাম পুন্না লীক চৎপগী থৌবম পাঙথোকই। লীক মশিং কল্লা চৎলি। লীক মশিং ১,২৪,০০০ শুররাদ মপুং ফাবে হায়না লৌনৈ। লীক চৎপসি নুমিৎ নীনিদগী তাদনা চৎই। মদু লোইবগা অচা-অথক তৌই, দুআ তৌবগা লোইশিল্লি।

**মঙম তৌবাঃ**

অঙনবা মতমদগী হৌনা হায়বদি নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) শিংসু শিখ্রবা মীওইশিংগী থবায়না ঈংনা চিক্লা লৈবা ঙমজনবা মীযাম্বু পীজ পীথক তৌদুনা সেবা তৌবগী চৎনবী লৈবকই। থৌবম অসিগা লোয়ননা লোইশিনবদা দুআ (হায়জ-নিজবগী থবক) তৌই। অসুম্না মীযাম চাক পীজদুনা সেবা তৌবা অসিবু 'মঙম তৌবা' হায়না মৈতৈ পাঙল সমাজদা খঙনৈ। মঙমগী অর্থদি মথৌ, মশিন হায়বনি। লৈখিদ্রবা মীশক অমগী মফমদা ধর্ম্মগী তৌফম থোকপা মথৌ পাঙথোকপা অদুবুনি। অসিগুম্বা পীজ-পীথক্কী থৌবম অসিদা হৈ বা, অথুম অহাও, চাহি শঙ্গোমসু যাওই। মসিবু 'শিবনী তৌবা' হায়বগসু খঙনৈ। থৌবম অসি মীদুনা শিখিবা নুমিত্তগা পাবগা ৪০ নশুবদা পাঙথোক্লে। নুমিৎ অসিদগী হেন্দোকপা যাদে হায়বগী অবেপ্পা নৎত্রগা অকক্নবা লৈতে। কনা কনানা চহী অমা থেংথনা তৌবসু যাওই। অদগা থৌবম অসি শোয়ফদে হায়বগী অকক্নবা হুকুম লৈতে। থৌওং অসি সুফিশিংনা মখোয়গী গুরু/উসতাদ লৈখিদবা মতমদা নির্ফুনিশুবা নুমিত্তা মহাকপু নীংশিংবা ওইনা মঙম নৎত্রগা শিবনী তৌবগী মওংগা মন্নে হায়বা যাই।

মণিপুরদদি কুরআন খ্বানীগী থৌবমদা চাক যাওশিন্দুনা মঙম তৌবা হায়না তোঙান্না তৌনদ্রে। মণিপুরগী মপান্দদি লীক চৎপা (কুরআন খ্বানী) থৌবমগা মঙম তৌবগী থবক্কা পুনশিন্নদে। মঙম মওং তানা হৌজিকসু পাঙথোক্লবি।

**কবর জিযাবত তৌবা ঃ**

লৈখিদ্রবা মী অমগী থব্রায়না ইংনা-চিক্লা লৈবা ঙমজনবা অমসুং মহাক্লা লংজখিবা মবালশিং কোকপীনবা অল্লাহদা হায়জ নিজবগী থবক তৌই। লৈখিদ্রবা মীগী কবরগী মমাংদা লেপ্লগা হায়জ-নিজবগী থবক অসিবু 'কবর জিযাবত তৌবা' হায়না খঙনৈ। মৈতৈ পাঙলশিং শিগনি হায়বসি কাউদে। কবরদা চত্তুনা লৈখিদ্রবা নুপা নুপী, অঙাং পূম্নমক্কী থবায়না ইংনা চিক্লা লৈজনবা থৌনিবা হায়বসি থাদোকফদবা থবক অমনি।

অশি অনাগী থৌবম অসি যাম্না পাক চাউই। মথক্তা পীবিবা খবা অসিদি যাম্না শম্না মচং ওইবা খবা খক লৌখৎলগা মদু কবম্না থবক ওইনা পাঙথোক্কনি হায়বদু

উৎপতনি। মৈতৈ পাঙলগী পূন্সি মবেল তাঙ্কক অনীথোক্লা খাযদোকপা যাই - তাইবংপানগী পুন্সি মবেল অমসুং শিরবা মতুংগী পুন্সি মবেল। তাইবংপান্দা লৈরিঙৈদা তৌখিবা অফবা, ফত্তবা,হিংচা য়াইতম্বা পূম্নমক্কী হিসাব শিববা মতুংদা মদুগী দণ্ডি মরালগী মতুং ইন্না ফংগনি। মৈতৈ পাঙলগী পুন্সি মরেল শিববা মতুংগী পুন্সিবু চেৎনা থাজবা কাংলূপ্নি। ❑

**গ্লোস্যারী**

সহদা - লাউথোকপা, খঙহনবা

আদম - খ্বাইদগী অহানবা মী

হব্বা - খ্বাইদগী অহানবা নুপী

কাবিল -
হাবিল - } আদম অমসুং হব্বাগী মচা নুপাশিং

কলিমা - ব্রাহৈ

গুনাহ - পাপ

তৌবা - লানখিবা ঙাকপীযু হাযজবা

তলকিন - অনাবদুদা অল্লাহগী মিং হায়বিবা/হায়হনবা

ইহবাম - হজ্জকী ফিজোল

হজ্জ - মক্কাদা তীর্থ চৎপা

উমবা - হজ্জদা তৌবা অদুদগী হন্থবা মওংদা পাঙথোকপা ধর্ম্মগী থৌবমশিং মসিদা কুরবানি তৌনদে।

কবব - মোংফম

বঘলী -
সন্দুকচী - } কবব মখলশিং, মসি অব্রাংনোপোক্তা লৈবশিংনা শিজিন্নদে।

লহদ - অশিবা ফুম্নবা কবব (মোংফম )

মৈয়ৎ - অশিবা মী

জংলাগোব - মোংফমগী শম্বল, মায়কৈ মরিদা ফুট অমমগী চাং পাকথোকশাংদোক্লগা মদুগী এবিযা অদু ইপাক পাক্লা ফুটখায়মুক লুথনা তৌথোক্কনি। হায়রিবা এবিয়া অসিবু জংলাগোর নৎত্রগা কুন্দাগোর কৌই।

কপন - ফিজোল

দফন - অশিবা ফুম্বা

কাই - অশিবা পুনবা দোলাই

জনাজা - অশিবা পোৎলোইবা

কুরআন খানী - কুরআন মপূম শোনবা

মণ্ডম - শিরবা মীগা মরী লৈননা পীজ-পীথকপগী থৌরম

শিরনী - অথুম-অহাওগা লোয়ননা পীজ-পীথকপগী থৌরম

আলিম - খঙহৈরবা মী

কিবলা - মপূ নীংজবগী মায়ওনফম

হদিস - মুহম্মদকী ব্রাখল, ফিজেৎ চাকচেগী ব্রারোন

ইমাম - লমজিংবা

জিয়ারট - ব্যবহারগা লোযননা উনবা

উসতাদ - ওজা, গুরু


**মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং-**

১. **নীংশিং চেফোঙ - মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (প্ল্যাটিনম জুবিলী সেলেব্রেসন্স) ২০১০**

২. **অকিরতকী লম্বীদা (অহানবা শরুক) ১৯৯৮**
অইবা -এম. এম. রহমান

৩। **Indian Muslim Festivals & Customs, 1988**
by - Dr. Majda Asad

৪। **Guide to Namaaz**
by- Rais Ahmed Ansari





**HAJ JOURNEY**

# মণিপুরী মুসলিমগী ফিজেৎ লৈতেং

জাতি অসিগী তোঙান তোপ্পা ফিজেৎ-লৈতেং লৈজে। অঙনবা মতম হায়বদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লাকখিবা মুসলিমশিং অদু মক ওইনা ভারতবর্ষদা চৎনবন্দ্রা মুসলিমগী ফিজেৎ শোযদনা শেৎলমগনি। তোঙান-তোঙানবা ফিজোলশিং পথান, অফগান নৎত্রগা বেঙ্গলদা চৎনবা ফিজোলশিং শেৎলম্বা য়াই। অমবু ওইবে অমবু ওইবে মখোয় ইসলাম ধর্ম্মনা যাবা ফিজেৎশিং শোযদনা শেৎলমগনি মবমদি মখোয ইসলাম ধর্ম্মদা থাজবা, মসিনা মখোযগী লাইনিং ওইবা মবমদগীনি। খাগেম্বগা শোক্লখিবা লানফমদা মুসলিমশিং মাযথিখি। মদুনা মবম ওইবগা মুসলিমশিং ফাজিনখি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফম অমদি মৈদিংঙু খাগেম্বনা ফাববা মীওইশিং অদু মীনাই নাইথাং ওইনা থম্বা, অৱাবা নৎত্রগা ওৎ-নৈবা তৌদনা মুসলিমশিং অদু লমদম অসিগী মী/প্রজা অমা ওইননবা মহাক্কী লৈঙাক্লোন্দা পুশিল্লগা মবম চাবা থবক শিন্নদুনা মবা চেৎনা পাল্লম্মী। মুসলিমশিং মখোযগী পোকফম লমদমদা হলহন্দনা মৈতৈ নুপী পীদুনা চাবোন-শুবোন লৈদুনা ঙসিগী মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) হাযনা খঙনবিবা ফুরুপ অসি ওইখিবনি।

মুসলিম নুপাশিং অদুনা শেল্লক-ইল্লকপা ফিজোল অদুদি মতম কুইনা শিজিন্নবকপা অমসুং মহুৎ শিন্নবা লৈতবা নৎত্রগা অনৌবা অমা তুবা/তাইবা লৈতবনা মখোয মখোয়না লুহোংদুনা লৌরুবা নুপীশিং অদুগী মপাম লমদমগী ফিজেৎ চাকচা খর্বদি অদুম নুপাশিং অদুনা লৌশিনখ্রবনি। খ্বাইদগী মক ওইবা মবম অমদি মতম অদুদা লানফা ওইখিবা মুসলিমশিং অদু মণিপুরগী মপান্দা মতম কুইনা চৎপা-থোকপা অমত্তা যাহল্লমদে। অদুনা মখোযনা শেৎ-ইল্লিবা ফিরোল মখা অমুক চত্থবা ঙর্মাখদবগী মবম অমনি। তপ্প-তপ্পা লমদম অসিগী ফিজোলদগী মওং খবা ওন্থোক-ওনশিন তৌবগা শিজিন্নবা হৌবকখি।

অঙনবা মতমগী মুসলিমশিং অদুদা মৈতৈ নিংথৌশিংনা ধর্ম্ম ওন্নবা হোৎনাখদে। মখোয মখোযনা চৎলিবা ধর্ম্ম অদুদা অদুম চৎচবদা অথিংবা পীবমদে। অদগা মতম অদুগী মুসলিমশিং অদুনা ইসলাম ধর্ম্মবু মীবাইবা তৌখিদে। মদুমক্লা ঙসিস্ মৈতৈ পাঙল হাযনা খঙনবিবা ফুরুপ অসিগী লেংদবা লাইনিং লম্বী ওইদুনা লৈবা ঙন্নিবা অসিনি।

মণিপুরদা লাকখিবা মুসলিমশিং অদুনা শেৎ চাবম্বা ফিজোলশিং অদু জোন জোন লাওবা ভারতবর্ষ অমসুং মসিগী অকোইবদা লৈবা লৈবাকশিংদা মুসলিমশিংনা শিজিন্নবম্বা ফিজোল অদুগা কযা খেন্নবমগদবা মান্দে। মৈতৈ নুপী লৌদুনা/পাদুনা লৈববা মতুংদদি

তপ্প তপ্পা লমদম অসিগী চৎনবী, সভ্যতা, কলচবদা খবমখৈদি ফিজেৎতা, লোনচৎতা লোশিন্দুনা মশাগী ওইবা মওং অমা শেমগৎ শাগৎপা হৌবগখি। মদুমক্লা মবম ওইবগা মৈতৈগী কলচব পাঙলগী কষ্টমদা মমি তাবা ফংলিবসিনি।

মৈতৈগী ফিজেৎ, কলচব মুসলিম নুপাশিং অমসুং নুপীশিং অদুনা লৌশিল্লবসু মশাগী ওইবা নিয়মনিতী মখোয়না লোযনবকপশিং অদু অমত্তা থাদোকপা তৌখিদে। মতম অদুগী মী ওইশিংনা থৱাযগা মান্ননা লৌনবা অমসুং খন্নবা অমদি কুরআন শরিফ অসিনি। মসিবু মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল)শিংনা "লাইবিক অচৌবা" হাযবগা খঙনৈ। ফিজেৎকী মতাংদা কুরআননা তাক্লিবদি হকচাং পূম্নমক কুপশিল্লু হাংদোকপা যাবা মফমশিং নত্তনা হাযবসিনি। মতাং অসিদা কুরআনগী সুবাহ অন-নুর (২৪ঃ৩১) যেংবা যাই

"... অদুনা মখোযনা চিংথজসনু মখোযগী কোক খুম ফিশিং যৌনা মথবাকশিং..." হকচাং কুপশিনগদবা ফিবোলশিং অদুসু অপাবা, যেংবদা হকচাং কযাৎশিং তবং-তবং উবা ঙম্বা অদু ওইবোইদবনি।

ঙল্লিঙৈ মতমদা মৈতৈনা ফিবু নমথাং কৌবম্মী। পাঙলসু ৱাহৈ অসিমক শিজিন্নৈ। খৃঃ ১৬৫২ দগী খৃঃ১৮১৯ ফাওবগী মনুংদা লৈবম্বা মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) শিং অদুসু ফিজেৎ লৈতেংগী মওংসি মৈতৈগা খেন্নবা লৈতে, ইমান মান্নৈ। মসিগী মাঙদদি মখোয মখোযনা লোযনবকখিবা ফিজোলশিং অদুনা ওইবম্মী। মৈতৈনা ফৈজোম শেৎপা হৌখিবসি মৈদিংঙু চলাম্বগী হাক্তক্তগীনি হাযনা T C Hodson না the Meithies দা পীবি। মৈতৈ নুপীনা ইহান হান্না ফুবিৎ লিৎপা হৌদোকখিবসি শকাব্দ ১৭০১ গী হিযাঙ্গৈ থাগী ১১ নি পানবা ইবাই( ১৭৭৯গী নবেম্বর থাগী অবোইবা চযোল ইবাই নুমিৎ তাবা) নুমিৎকী নুমিদাংদা মৈতৈ জগোয বাস ইহান হান্না লাংথবানগী বাসমণ্ডলদা শান্নবা হৌদোকখিবা নুমিত্তুদনি। নুমিৎ অদুদগী জগোয় বাস অদুদা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র/চীঙথংখোম্বগী অহুমশুবী মহাবাণী ঙাংবম চনু খযোযবোন হবিমতী অমসুং মবিশুবী মহাবানী চিঙঙাখম চনু দেবহুতী মখোয অনীনা কুৰ্টাগী মশক মতৌ মানবা নুপী ফুবিৎশিংদু লিৎপা হৌখি। বাসলীলা অসি লোযখ্রবা মতুংদদি নিংথৌগী অঙম-অথৌগী তাল্লোইশিং অমসুং মচা ইবেম্মশিংনা লিৎপা হৌবকপদগী মথং-মথং তম্নবক্তুনা মণিপুরী মুসলিম চনু নিঙোলশিংনসু অনৌবা ফিজোল অসি লৌশিন্দুনা চৎনবা হৌখি।

ভাবতবর্ষদা মুসলিম নিংথৌনা যং যং লাউনা মণ্ডৈ হাযগৎনা পাল্লম্লবসু মণিপুরী মুসলিমশিংনদি মপান লমগী নিংথৌশিং, অঙম-অথৌশিংগা শম্নবা যাম্না ৱাৎখি। মণিপুরী মুসলিম নুপীশিংনা শেৎ-ইল্লিবা অকে অমৌগী থবকশিং অসি মৈতৈ নুপীনা তৌবা

মওং অদুদগী হেন্দোক্তে। মণিপুরী মুসলিমশিংগী হৌবকফম মৰুসি ভারতবর্ষ ওইদুনসু মখোযনা মণিপুর মপান্দা শেৎলি ইল্লিবা ফিজোল ফিজেৎ গাগবা, সলৱাব, পাইজমা, চুনী কুর্টা শাড়ীনচিংবদি শিজিন্নবমদে। মখোযনা শেৎলি ইল্লিবশিং অদু মৈতৈ নিঙোলনা শেৎ ইনবগা মান্নে, খেন্নদে। মখোযসু মৈতৈ নিঙোলগুম্না মশানা শেৎ-ইনগদবা ফিবোল মশানা শেমজৈ, থোঙ্জে।

মৈতৈ নিংথৌ লৈমশিংনা লিৎপা ফুরিবৎ মুসলিম নুপীশিংনসু যাম্না পাম্না লৌনবম্মী। ফুরিবৎ অদগী মওং-মতৌ তম্নগা মখোযসু ভুবা হৌবম্মী। চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না ফিবোল শেৎ ইনবগা মওং অসিসু নোংম নোংমগী অহোংবা লাক্লখি। মৈতৈ পাঙল মশাগী নাটকী ফিজোন মবাং কাযনা লৈজৈ। মসি ঙসি ঙবাংগী ৱা নত্তে। মৈতৈ নিঙোল লৌদুনা/পীদুনা লৈববা মতুংদা তপ্না তপ্না ফুকুপ অসিগী নাটকী ফিজোল লৈবক্লখি। অঙনবা মতমদা মৈতৈ পাঙল নুপীশিংসু ফিজোম শিজিন্নবম্মী। লুঙ্গী পাইজমাদি মমৈদা লাকপনি। পাঙল নুপীশিং ফনেক্কী মথক্তা শেৎপা 'খ্বাংনম' হায়না খঙনবা ফি অমসু শিজিন্নবম্মী। ফিগী পাকপা অমসুং শাংবসি চাউবাক্লা ফুট ৩ অমসুং ৬ তগী কযা তাদে। মসি মী মী


দোলাই ফি

অদুগী হকচাং চাউবা পীকপগী মতুং ইন্না খজিক খেন্নবা লৈগনি। মসিগী নুংগী ওইবা বাযমদি পর্দানি হাযবদি নুপীগী হকচাং শেংদবা, ফজদবা শরুকশিং কুপশিনবনি। হৌজিক মতমদদি মণিপুরদা খ্বাংনম শেৎপসি উবা ফংদ্রে। ফুরিবৎ অচোনবা লিৎপনা মহুৎ শিনবগুম তৌবে। মণিপুর মপান্দদি খ্বাংনম অসি হৌজিকসু কাযদনা শিজিন্নবি।

মণিপুরী মুসলিম (মৈতৈ পাঙল) গী মশাগী শক্তম তাকপা তোঙানবা নাটকী ফিবোল লৈজৈ। মমিং খবা পনবা তাববদি - নিংথৌ ফি, দোলাই ফি, লৈকম, ঙবোং, ফিদা অসিনচিংবনি। ফিশিংসি খ্বাংদা শাবা ঙাক্তনি। মসিদা লৈবোং তোঙান তোঙানবা, ফি অমগা ফি অমগা মান্নদবা ঙাক্তনি। হাযবিবা ফিবোলশিং অসি পাঙলগী হবাও কুম্মৌশিং, ইদ অনী, লুহোংবা, অতৈ ধর্মগী ওইবা থবক থৌবমশিংদা পুথোক্তুনা শিজিন্নে। ফিবোলশিং অসি লৈবাক খঙনা তৌবা অচৌবা ষ্টেটকী থৌবমশিং, হেন্দ লুম

এক্সিবিসন-নচিংবা কযাদা পুথোক্কুনা উৎপা মীযামদা খঙহনবগী থবক অসি কযা তৌদে, মশিং হন্থবি। মখোযখক্তগী ওইবা থবক থৌবমদা পুথোক্কুনা শিজিন্নবা নত্তনা ফি মখল মযাম অসি মীযামনা খঙবা ঙ্গাৎলি।

মণিপুরী মুসলিমগী অচৌবা থৌবমশিং থোকপদা চৌকি, টেবল, সোফা শিজিন্নবগী মহুত্তা পাঙল নুপীনা খ্বাংদা শাবা ফিবোলশিং লৈকম ফি, ফিদা নচিংবা মযেক ফজনা থোকপা ফিশিং অসি হান্না ফক থাবগা মদুগী মথক্তা থাদুনা মদুদা ফমহল্লি। মসি অঙনবা মতমদগী চৎনবকপা অদু ঙসিসু কাযদনা চৎলি। লুহোংবা, থৌ-ঙমদা, ফক্কী-মথক্তা ফিদা থাদুনা ফমহল্লগা মদুদা পীজ পাথক তৌই।

মৈতৈ নুপীনা শিজিন্নাববা ফনেক, ইন্নফি, অতৈ মখলগী ফিবোলশিং পাঙল নুপীশিংসু শিজিন্নৈ। পাঙল নুপীশিং ইসলাম ধর্ম্মগী মনুংদা লৈবা মবম্না মকোক খুম্মী, ইন্নফি ইল্লি। ধর্ম্মগা ওইবা নিযমনিতী, সত্তব ঔবটকী ঙ্গাফম অদুদি কাযদে, মাঙহন্দনা চৎলি।

অতোপ্পা অমনা পাঙল নুপীশিং অকে-অমৌ যাম্না পাম্মী। লৈতেংগী পোৎলমশিং শিজিংবা যানবা না অমসুং নাতোন হুৎপা অঙনবা মতমদগী চৎনবকই। মসি নুপাদদি তৌদে, না হুৎপা চৎনদে। মতম অদুগী মীওইশিংনা তৌবম্না চৎনবম্না অদু মতুং তাবকপদা লাকখিবা মীবোলনা লৌশিন্দুনা চৎনবকই অমসুং চৎনবি। নাতোনগী ওই অমসুং যেৎ অনীমক হুৎপা মণিপুরদদি চৎনদে। ওইথংবা নাতোন মথক্তা হুৎলগা মদুদা লৈতেংগী পোৎ শেল্লগা হাপ্পী। মসিবু 'নাসিকা' হাযনা খঙনৈ। মণিপুর মপাল লমদদি নাতোন ওই অমসুং যেৎ মথক হুৎপসি চৎনৈ। মসি লৈমিন্নাববা ফুরুপশিংগী মওং মতৌ লৌবা ওইবম্না যাই। হৌজিক্কী মতমদদি নাতোন হুৎপসি তৌনদবসু যাওবে।

ঙক্তা শিবা লৈতেং, লীক, নাগী নাচোম, পূম্নমক অসি মৈতৈ নুপীনা শিজিন্নাববা অসিগা খেন্নবা লৈতে। ইমান মান্নৈ। ❑

**মতেং লৌখিবা লাইবিকশিংঃ**


১। **খৃঃ ১৮৯১ গী মমাঙদা লৈরম্বা মৈতৈ পাঙল (মণিপুরী মুসলিম) গী ফিভম, ২০১০** অইবা- বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা

২। **মীতৈ ফিজেৎ- লৈতেং, ১৯৭৪** অইবা ফুবাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা

৩। **The Meitheis, 2003** by - T C Hodson

৪। মুহম্মদ অব্দুর রহমানগা তানজকবা।

